নাটকী কেত

# ঈগী লমন

খাইরাকপম ইবোমচা সিংহ

# "EGEE LAMAN"

## (Short Stories)

Written by :- Kh. Ibomcha Singh
Sagoltongba, Imphal West

ফোঙজবী :- খাইবাকপম ওংবী অপাবী দেবী, শগোলতোংবা

অহানবা ফোঙবা :- ২০১৩

লাইবিক মশিং : ৫০১

মমল :- লুপা ১৩০.০০/- (মখুম অপাবা)
লুপা ১৫০.০০/ (মখুম অথাবা, লাইব্রেরি ইদিসন)

ফংফম থোকপা অইবা।

সিটি প্রেস, সগোলতোংবদা টাইপসেট তৌবগা
মাইবিরেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উবিপোক খাই ব্রহ্মপুর,
বীর তিকেন্দ্রজিৎ লৈকঙথোং মনাক, ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১ (মণিপুর)দা নম্বা।

# ৱাহৈ খরদং

সরকারগী এদজুকেসন ডিপার্টমেন্টকী মখাদা হায স্কুলগী ওজা অমা ওইনা থবক তৌজবন্মী। ঐগী ইনিংবগী অপাম্বসি মতম অদুদগী হৌনা লাকখি। অদুবু পাঙথোকপা ঙমদনা লৈবকখি। থবক্তগী পোত্থাববা মতুংসিদা ইনিংবগী ৱাখল হেন্না পোক্লকখি। অহাংবা মতম হেক ফংবদা ইবা হৌজখি। অহানবদা উপন্যাস অমা পুথোকচববা মতুংদা অনীশুবা ওইনা ৱারীমচাগী লাইবিক 'ঈগী লমন' অসি পুথোকচবি। ইজবিবা ৱারীমচাশিংসি কনাগুম্বা/কনাগুম্বী অমগী মরমদা ইজবা নৎচদে। করিগুম্বা মান্নবা যাওবম্লবসু ভাবনা শাবা ৱারীনি খন্দুনা ঙাকপীগনি। ইজবিবা ৱাহৈ ৱাতা ওন্নবা, বানান লানবা যাওবরসু হৈত হৈত ইজবনি খনবীদুনা ঙাকপীগনি। লোযননা অরান-অহুই পুম্নমক তাকপীবকপা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি। লাইবিক অসি পুথোক্লুবা হোৎনবদা তেংবাংবীরকপশিংবু থাগৎচবি।

অইবা

# কচ্চবা

পাক্লবা তাইবং মালেমসিদা,
পুন্সি লম্বী লমশাং চৎনবা,
লৌশিংগী লম্বী তাকপীদুনা,
মহৈগী মঙাল পীবীবম্বা,
তাইবংপাল থাদোকপীখ্রবা,
ইপা ইবুংঙো নুংশিবা,
˘ শিতোলগী নফমদা,
হৈত-হৈত ইজবা,
ব্রাবী মচাগী লাইবিক,
“ঈগী লমন” কচ্চবি নচানা,
লৎনদনা লৌশিনবীযু

অইবা

## য়াওরিবা য়ারীমচাশিং

# ঈগী লমন

নোংমগী তায়ুক্তি পুং ৮ শুম্না তাবম্বা যাই। কোম্হোংনি, গেট ময়ানি বিল্ডিংসি ওংহোক্লা ব্রাংখ্রেদা। কানগানো মাঙীসিবো অসুক ব্রাংনা শাশম্লিববু। মণিপুবসি আর্থ ক্কেক জোনদা লৈ হাযবসি খংদবজাৎলনে। গেটসিনা মবোল অমা ব্রাংনা পাক্লা শাবিবা" ইচেতোন মকুম মুকুম শোল্লদুনা গেট মযাদুদা লেপতুনা যেংদুনা লৈ।

মনুংলোমদগী ইয়ুনিফোর্ম শেৎপা, খুৎলাই পাযবা পুলিস অমা থোক্লকই। সেক্যুবিটিগী গেটতা কাখৎখি। লাওবকই।

হায কনানো? নুপী, কবিগীনো নঙনা যেংদুনা লৈবিবদুবো? কনা উনগে হায়বনো, ভিক্ষানিবীবো? নত্রগা ব্রানোম্বা লাকপা মীবো?

"কবি ঐবু ভিক্ষা নিবা, ব্রানোম্বা মী, ঐগী ফিজোলসিবো যাম্না মোৎলব্রনে, ভিক্ষানিবা মাল্লব্রনে ঐবু, মসিগী সিফাইসি ওংহোক্লা মচিন কনখ্রে, ইনে ইন্দোন, ইচে কাইনা হাযদে, হে নুপী হনুবী কাইনা লুতোন্দা হেক লাকপসিবো।

অমুকসু হায নুপী ঐনা হাযবাসবো তাদ্রববা? নঙবু কনা উনবা লাকপনো? সিদা যাম্না কুইনা লৈবা যাদে। কবিগীনো ঐঙোন্দা হাযযু।"

ইবুংঙো, ঐ মী অমা উন্নগে তৌবনি।

কনানো নঙনা উন্ননিংলিবা?

ইবুংঙো, এস. পি. সাহেব লৈতববো? মাগা অমুক্তা উন্নগে তৌবনি। (নোক্লদুনা) আই! আই! এস. পি. উন্নগে কাযনা, হায নুপী নঙনা এস পি উন্নবা যাবোই। অসুক চাউখ্রবা এস পিসিবো নঙনা উন্নবা যাবা নত্তে। নঙগী নফি-নবোলদুনা, নত্তে নঙবু অঙাওবীবো? কনানো? যেংবদা মওং ইতা তাদেনে।

ইচেতোন খল্লি। মান' হার্যাববসি ঐগী ফিজোলসি অঙাওবীগুম মাল্লজাৎনি। কমদৌনি লৈতি লৈতে। কোনুংগুম্বা মাগী যুমসিদা চংবদি কদাযদগী অমোৎ অকায শেৎপা মীনদি য়াগদগে? অচৌ-অশাং নত্তনদি মা উন্নবা যাবোই। ঐগী ইপ্পাসি যাম্না চাউববা জাৎ ওইবে। সিননিনে, সহর্বসিদা এস পি. চাওবা হাযনা ফাওবিবসে।

'কবিনো নুপী অমুক মুকম মুকম শোন্দুনা লৈবর্বদি, সিদা কুইনা লোপা যাদ্রে, মনুংদগী মপালদা মী লৈহনগন্‌ হাযবকঅর্বনি।'

"র্বনি ইবুংঙো, থানা বাবু" অদু ইনে ব্রা অমত্তা হাযজগেবা।

র্কবি ব্রানো হেক্ত হাযবো।

এস পিবু লৈব্রা?

লৈনে, লৈবদুনবু মপান্দা মী লৈহনগনু হাযবকইসিনি। উন্নবসু যাদ্রবদি ইবুংঙো মী অমদা অমুক্তা ইচেতোন লাকই, অমুক্তা উন্নিংই হার্যবীযুবা।

"র্কবি ইচেতোন হাযবা"

যাবোই, যাবোই, মবি-মতাগী মী অমত্তা উন্নবসু যাদে, ওফিসকী মী নত্তনা লৈকাইগী মী, মবি-মতা অমত্তা উন্নদবনে, মবি-মতা অমত্তা উন্নহন্দবনি। লৈকাইগী মীসু, মবি-মতাগী মীসু অমত্তা উন্নহন্দ্রবদি মাদ কনাগা উন্নদুনা লেল্লিবা? নুংশিদা ঐগী ইপ্পাসে অঙাং ওইর্বিঙৈদদি মবুক যাম্না ফনা মীনি অদুগা অচৌবা থানা ওইবদগী মীকা অমত্তা উন্নবা যাদ্রবা মানা খল্লি। অদু ইবুংঙো অমুক্তংদি হাযদা হাযবীযু। র্কবিনো যাবোই হাযবগা ঐনা হাযকনি ঐগে ন্দা খোল্হি ঙাংলক্কনি, চৎলো, চৎলো নঙনা হাযধু হাযনগা ঐ হোবেল তাঞ্জা' চাবা যেংলগা মেম সাহেবতা হাযবমগে, নঙ নোংমা লাকউ। ঐনা হার্যনিসে নঙ ইমাগুম্বনি হাযদুনা হাযববনি।

অদু ইবুংঙো.. ।

অদু-আদা মখা তাবনু, নিপাকা ওইববদি ঙসাইনা ফুদুনা তাল্লনি। নত্তে, সাহেবকী মচল-মচে অমত্তা লৈ তাদে, ঐখোযদসু হাযদে, ঐনা সিদা লৈবকইসে চহি মঙা তরুকতি হেল্লে। নত্তে সাহেবকী মবি-মতা শাশিন্নবা মাল্লি, নত্তে নঙবু সিঙ্গাইদিবো কবি পাউ লৌবা লাকপনো, কনানা থাবকপনো?

এ! ৱাতাসিদি!

ঐ সুম চিংনবে নঙ চৎলু যাদ্রবদি নুপী থানা কৌথোক্লগা ফাহল্লগে।

ইবুংঙো চৎলগে, চৎলগে মীনা উন্নবা যাদ্রে হাযবর্বনিনা ঐ সিদা সুম লৈবসে কান্নদ্রে। ঐগী ফিভমসিদা নহাক চীংনবম্না যাই। থানা হাযবাসসু যাম্না কন্না ঙাংনবা মবৈ শংদা তৌনবা যাবজাৎ নত্তে। নোংমা তাঞ্জা চাবা যেংলগা নাক্লগে খন্ন খন্না চৎলগে ইবুংঙো হাযবম্নগা বাংলবা যুমদা যেংনা যেংনা মমায লথোক্লুনা চৎপা হৌবম্মী।

যুমদগী আশা চাওনা লাকচর্বনি। ইচানুপী পবিক্ষা ঙম্বগী পাউসু তমগে মীং চন্নবা পৈশাসু খবা হাযগে হাযদুনা। ইচা নুপীনদি ইমা চৎখিনু কবিসু কান্নবোই হাযহৌবনি। ইচানা হাযধা হেক চুমলেদা। ইপ্পাসি মচে ঐনা চাউনবা যোক্লকপনিকো। মানা চহি অনী অহুম হাযবকপদা ইমা লৈখিদ্রে। ঐনা ইনগন্দা পোদুনা পমদুনা পীজ পীথক তৌদুনা ওম্থোক্লা বানা যোক্লকপনি। পাজিনা লৌ শিং, ইংখোল, শম্বল শুদুনা অদুম লৈখি। পাজিদো ইমোতোন অমা থিযু হাযবসু যাখিদে। মানা ক্লাস নাইন/টেন তম্লকপদা ঐ যুম পানখ্রে। পাজি মানা যানংদবা নপাদা যুম পাল্লি হাযদুনা ইম্থোক্লম্বদুদা মানসু ঐবু ইম্থোক্লিবজাৎলনে। পাজিদি কোন্নহংদা যাবীখ্রে। মানা ইম্ফালদা মাম্মা অহলগীদা লাইবিক তম্লিঙৈদা ঐগীদা যাম্না তোযনা লাক্লম্মী। চহিগী নিংঙোল চাক্লৌবসু ইম্ফলদনা মাম্মা অহলনা কৌবী, খুঙ্গংদনা মামতোন্না কৌবী। মাসু অদুম যাওই। অদুগা মানা ঙসি ইম্ফাল নিংঙোল লৌদুনা মযুম পানখ্রে, খূলগী হান্নগী পাজিগী ইংখোলসু মানা লোযনা যোম্থোক্লুনা ইম্ফাল লৈকাইসিদা মযুম শাখ্রে। ইংখোলদুসু ঐগী শকক খনা শাকপিবম্মা যাবনি অদুসু তৌদে, ঐনসু হাযহৌদে। মযুম পাল্লবা মতুং মচৌবা থানা অমা ওইখিবদগী, মা মচেতোন ঐবুস কাওথোক্লে, খুঙ্গংদুসু কাওথোক্লে, খুঙ্গংদা পোকপনি হাযবসু নিংশিংদ্রে। পুম্নমক সহবগী লাখলদা, মাগী নুপী, ইমৌদুগী বাখলগী অপাম্বদা লোযনা চৎখ্রে, নুপী মযুম্না হাযবর্বদি লোইবে হাযদুনা অসুম লৈখ্রেদনা সিদি। ইচেতোন খন্ন-খন্না অসুম লাবপনা লম্বী অচৌবা গাডী তোংদুনা লাকপা যুম যৌবে।

মচানুপী (মলাযাদি) যুমদা লৈবমদে। অযুক্কী চাক লোইবমলে। চাক

চাথোক্লে। কবিনো ঙসিদি ইচেতোন পুক্লিং্সি ইনৌ নৌ। পাজিগী ইংখোল যেংনিংলম্মী, চৎলি, খুলগী অৱাংথংবদা লৈবনি, মীগীদি ওইখ্রে। অদুবু ইচেতোন কবিগীনো নঙনা নঙগী খোইবি নাওফম তাবকপা পাজিগী ইংখোল যেংনিংলি। নিংঙোলগী অশেংবা যুমদি মপাম লমদম নত্তে, মাগী মপুবোইবগী ইংখোলদু নিংঙোলশিংগী অশেংবা মযুমনি। ইচেতোন্না খঙ্লৱ, চুম্মী অদুগা ঙসি ঐনা শীশক পিক্লিৱৈদগী শান্নজবকপা পাজিগী ইংখোল, যুম, শঙ্গোয যেংনিংলিব কবিগীনো। অদুগা ঐনা অঙাং ওইবিদুৈ শান্নজবম্বা কোম্বোংগী লম্পাক মচা, পুখ্রি মপালদা হৌহৌবা লৈহাও পাম্বী, তখেল্লৈ পাম্বী অমত্তা হৌবমদ্রে। ইংখোল অশেম্মা লৈখিবনি। হান্নগী যুম ইংখোলগী খুদম অমত্তা উবা ফংদ্রে। কুইরেদা ইচেতোন, ইচেতোন্না চহি ১৮/১৯ হাযবকপদা যুম পানখিবনি, হৌজিক্কান্না চহি ৬০ দি হেল্লেদো, চহি ৩০/৪০ বোমগী মমাঙগী ৱানি। ইচেতোন থৱায়দি যাম্মা নুংঙাইতে। অদুবু কবি উপায তৌগনি। পাজিগী ইংখোলদু মীগী ওইখ্রবনিনা। তৌবদি চাওবনা ইম্ফালদা লাইবিক তমদুনা ইম্ফাল নিংঙোল লৌবমদ্রবদি, যুম ইংখোল যোল্লমদবসু যাই। হান্নগী হায়ববু পুখ্রিদুদা ঙাইবে। নুংশিদা, চহি খুদিংগী মেবা থানা লাকপদা পুখ্রি-মপালসিদা সনাবৈনা পুমঙাং ঙাংনা শাৎপদো। চহিগী মেবা পুর্ণিমা বাখিনবা নুমিৎ অদুদা পাজিনা ঐগীনি হাযদুনা লৈকাইগী ইমান্নবী লৈশাবী মযামগা পুন্না লৈ লেংমিন্নদুনা ছত্র যুংজখিবনি। ইচেতোন মযামগী ইচেনি হাযদুনা মযাম্মা ইচেতোন কৌবী। অশেংবা মমা মপানা কৌবা মীংদি শখিতোম্বী কৌই।

ঐগা মাগতা পোকপনি। পাজি লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐনা যুম পানখিবদগী অঙাংসি মাঙবা তাবে হাযনা মাম্মা অহলনা ইম্ফালদুদা ইপ্পাসি লাইবিক তমহনখি। মাম্মা অহলনা পুবা শেম্বীখি। তৌবদি মহাক খুঙ্গংসিদা অদুম লৈবল্লবদি লাইবিকসু তল্লবোয। লৌউ-শিংউ ঙাক তৌদুনা পুন্সি লেল্লমগনি। সবকাবগী অচৌবা থবক তৌরুবগা, সহৱদা লৈরুবগা খুঙ্গংগী পুন্সি কাউখ্রে। কাউবা য়াবা পুম্নমক কাউখ্রবা মচেতোন ঐবুদি কাউফম থোক্তেদা। ইচেতোন ইংখোলদুগী মমাঙথংবা লৈপন্দা ফনা কুইনা লেপরুববা মতুংদা মমিত্তগী মপি চদুম চদুম শিন্থদুনা হা পাজি, ইমা হায়না হন্না হন্না কৌদুনা কপ্পা কপ্পা থেক্লক্লম্মী।

মলায়া ইচেতোনগী মচানুপী সিমত্তং পোকচৈ। লাইবিক যাম্না তমদ্রে। পীশক পীক্লিঁডেদা শান্নবা খোংনবা যাম্না পামজে। মমান্নবী নুপী মচাশিংগা তিন্নৌ য়াদে। নুপামচাশিংগা শান্নমীন্নে কোযমীন্নে। তিন্নগনু হাযবসু যাদে। মলযা অপোকপা পাজি লৈখিদ্রবসু মমানা নিংথিনা যোকপিবকপিনি। মানসু মীঙোন্দা লাম্দা।, মীনা মঙেন্দা অবাম্বা তৌপ গাদ স্কুল তম্লিঁডেদা নুপামচা অমনা লক্লবকপগী ফুবম্বগী নাথোক অমা লৈঁই। লাইঁগাপ, খুল্লোংডবী, লাইথ শান্নবগী মহুত্রা বোল, কাংজৈনচিংবনা হেন্না পামজৈ। মাগী মওং চাদবা অমনা নাওবি কাম্লীসিনি। লৈকাইদুদা হাযনৈ মলযাগী নাওবিনা পাল্লবদি উচেক অমা শিদবা হৌনদে। লৈকাইদা, স্কুলদা শিনবা স্পোর্ট খবা খবা যাওবদগী চপ-চানা শার্মানিংবদগী লৈকাইগী মবুং অমনা শিনবদগী সাইদা মিং চন্দুনা বোক্সিং শান্নবা হৌগৎলকখি। থোইনা হেন্না চান্নবা শিনফম হাযবদুবা কবিনো মলাযা মলাযা চনু বোক্সব হাযদুনা মমিং চৎপা হৌবক্লে। মলযা শাওং শাদা যাম্না ফজে, চীং লেন্মী, কুলৈ কুচুনি, মবেপ ব্রাংই, মশম মনা ফৈ, স্পোর্ট এবেনাদা থোক্লকপদা মযাম্না মলযা মলযা হাযদুনা পুমলাং লাংই ষ্টেট লেভেল, নেসনেল লেভেলদা অযাম্বা মায পাকই, গোল্ড যাম্না লৌই। লৈকাইগী ক্লবকী শান্নবোয ওইবম্বদগী ষ্টেটকী শান্নবোই ওইখ্রে। নোর্ট ইষ্টর্ন ষ্টেটশিংদা মযলা চনুগী মিং তাদবা লৈত্রে।

মলযা হন্দক এসিযান গেমস যাওগদবনি। দিল্লিদা থা মঙাগী কোচিং যাওগদবনি। ইন্দিযা ওলেম্পিক এসোসিযেসন নোর্ট ইষ্টর্ন ষ্টেটকী নুপীমচা মঙা খনবা মানা অহানবনি। গেমস অসিদা গোল্ড লৌবা ঙমলবদি ভাবতকী এসোসিযেসন্না খল্লিবসু অসিনি, মণিপুবগী মহুৎ শিন্দুনা মলযানা চৎপসিদা মায পাকপা ওইবসনু অসিগা মীযামগী অপাম্বা।

মলাযা থোইদোক্লা মপুক্লিংদা লাংতক্লবা তৌদে। শোযদনা মায পার্কনি সিনি। শেলদি যাম্না চংগনি। শেলদি লৈতে। মীযাম্না দোনেস্ন পীবীবকপা, লৈকাইনা, ক্লবশিংনা, এসোসিযেসনশিংনা পীবীবকপা শেলসি নত্তনা অতোপ্পা শেল পুথোক্লিংঙায লৈতে।

ইচেতোন মচাগী চঙগদবা শেলসি খবা মতেঙ পাংবীগদ্রা হাযদুনা মৌপ্বা এস পিগীদা চৎলুর্বনি। অদুবু অবেম্বদা তাখি। মা নত্তনা অতোপ্পা

হাযনিঙাই লৈতে। মলযা মমাদা হুংই। মাগী মাম্মা এস. পি. গী পাও তাবদা যাম্না নিংবা কাইবম্মী। মমাগী নুংঙাইতবদু উবদা মমাদা ইমা কবিসু খল্লুরগনু হাযদি হায হাযববু থম্মোযদদি খল্লি, ঐনা ঐগী শান্নবসিদা মায পাক্লবদি মাম্মা নঙ অমুক্তংদি ইমাদা খুকমহনগেকো। সানজদবা ইমাসি নঙনা কবিগীনো অদুক নুংশি হৈতবা মীৎযেং যেংলিবা মলযা চনু লৈবি হাযবসি খংবীযু মামতোন, অসুম্না খন্ন-খন্না মলযা মমাব থেমবিবদ । মশ ন চুহি অনী মহুমদা হুন্দোক্লর্স্নি। অঙাং ওইরিবৈঙ্গুদা নোংমা নিংঙাই কন্না তৌখি, মপানা কন্না ফুখি, মপানা ফুবগী চৈনাদু যাম্না ব্রানা খাংখি, মথ্বায নুংঙাইতবদগী মাগী মপাগী মনাক্তা থা অমা হেন্না মনাক্তা চংলমদে। মপানা ইকাইবদুনা অসুম্না হাযবম্মী। পিক্লিবা অঙাং মানা অসুক যাম্না মবিংজেল খাববদি হযেং চাওববা কান্দদি যাম্না জাৎ থিবা ওইগনি। মানা নিংথ্রবা হনবা লৈতনা মী হাযবদু শোযদনা ওইগনি। অচুম্বনি, অঙাংদি নিংথাদা খংই হাযবদুনি, মলযা মানা নিংথ্রবদি হনবা লৈতে। অচুম্বনি খল্লবদি নিংহন্নবা লৈতে। বাখল আসননি, ঙসি কনানসু হন্না যেংবীদ্রবা, শাগৈ নাতৈসু কযা চাওজদ্রবা, লুখ্রাবী মচাসিনা ঙসি বোক্সিং লমদা মণিপুবদা নত্তনা ভাবত শিননা মিংচৎ পুবক্লিবসি।

থা মঙা-তকক হৌখ্রে। ইচেতোন মথন্ত যুমদা লৈহৌই। মলযানদি হাযবম্মী। ইমা ঐ পৈশাসি খবদি ব্রাৎপা যাই। গভর্নমেন্ট মতেং খর্বদি পীনকপা যাই পীবক্রুবদি ইমানা থোকপা খবা থিবিযু। অদুগা ইমা ইংখোলগী মনা-মশিংসি নিংথিনা থাউকো। অসি খব খবা যোল্লগা ইমাগী চান থক্লবা পুনৌ। অদুগা পাবনা থম্বীবম্বা ইংখোলসিদি যোনবা যাদেকো মচানা হাযবম্বা ব্রাশিংসি ইচেতোন যাম্না লুনা খল্লি। মানা অঙাং ওইতবৰসু ঙাংলর্ম্মীবা বাসিদি অহলগী ব্রাঙাংনি। মপানা থম্বীবম্বা ইংখোলসি নত্তনা অতোপ্পা লৌফম লৈতে। কবিগী যোনগনি। ইচাগীদমক মপানা পীবম্বা অশেংবা লল্লি। ইচাগীনি, ইচানা হযেং অচৌবা মী ওইনবা কান্দা যাম্না চাওবা, ফজখ্রবা যুম অর্মদি শোযদনা শাহনগনি। এস. পি. নংগী যুমদুদগী হেন্না ব্রাংবা যুম অর্মদি ঐখোযসু শোযদনা শাগনি। অসুম্না ইচেতোন মচাগী ব্রাখলদা নুংঙাইবা ব্রাখলদা কযাদা চাওথোকচর্বিবা, অশেংবনি মীওইবনা মচা চাওবগা নুংঙাইগনি, অহল ওইববা কান্দা মচাগী

মহয চাগনি হাযবসি মীওইবগী রাখলনি। চৎনবীনি। মমা মপানা মচা চাওবা ঙাইনবিবসি নুংঙাইবা পুক্নি লেন্নবনি।

ইচেতোন মচা হল্লকপা ঙাইবি। মচানুপীনা শান্নবা লোয়বা ঙাইবি। ঙাইনা, ঙাইনা যুমগী থবকসু শুই, লৈকাইগী কৈথেলদা নুংতিগী ইংখোলদা হৌবা মনা-মশিং যোল্লি।

ইম্ফালগী কৈথেল অংকপ'। মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়নানা কৈথেলদা মনা-মশিং যোল্বা মীশিংগী মাশিংসু হেনগৎলে অবাপ্পদগী খুঙ্গংদগী মৌ-নহাশিং, অহলশিং মাগী মাগী হিংননবা নোংমগী কৈথেলদগী হিংননবা শেল তাল্লিবনি। নোংমগী কৈথেল কাহৌদ্রবদি চাকখুম মৈ মুৎলিবনি। কৈথেলদা এঙ্গাং-নাপী যোন্দুনা নোংমগী চবা তাল্লিবসি মী ওন্থোক্লা যামখ্রে। অবাপ্পদগী নহাশিং, মীযাই চল্লবীশিং, অহল ওইবিরীশিং কৈথেলদা এঙ্গাং নাপী খবা যোল্লগা ইমুং পুবিবনি, মচা মশুশিং থাক্লিবনি। কৈথেলনি ফমফম লৈতবনিনা, লম্বীগী নতোইদা, অহাংবা থিবগা মহৈ মহৈ ফম্লবি নোংমগী লুপা মঙাদং, তবাদং শিংলবসু হাযদুনা পবপ, পবপ যোল্লবি। যোল্বা যাদে হাযদুনা পুলিসনা কোযতান তাখাযবী। ফুবিবসু যাওই, লম তেল্লি হাযদুনা পোৎ চখাযবীবসু যাওই। উপায লৈত্রবী নুপীশিংদু পোৎ যোল্লম্বদগী পুলিস লাকপদা কোযচেন চেন্নবি। নোংমদি ইচেতোনসু ইংখোলদগী মনা মশিং খবা পুবকপদু মযম চাদনা ফমলুবদগী নুপী পুলিস অমনা পোৎ-চৈশিংদু চখাইবীখ্রে, ইচেতোনসু শাওনিংদুনা নুপী পুলিস নদগা খবা থিনা ঙাংলুবে, মান অদুদি নঙ কনানো ঐ মশক খংব্রা হাযদুনা ইচেতোনদ গাডী কাখৎহল্লম্মী। পুলিস ষ্টেসনদা পুগদবনি হায পুবম্মী। অতোপ্পা নাপী খবসু যাওই

ইচেতোন ওন্থেকপানি। পাঙ্গল থোক্লা খৎনবসু যাদে। কবি মতৌনোসিকো। নুপী মযাম্না পুন্না কপমান্নবম্মী। নোংম চবা তম্লবা লৈত লাইব থিজবা লাকচবনিকো, ঐখোয মীগী মপোৎ হুবানবদৌনা কবিগী ঐখোযবু ফাবীবিবনো অসিনি নুপীশিংদুগী ব্রাকৎ। ব্রাকৎ অদু কনানসু তাবীদে। পুলিস ষ্টেসন যৌবে। গাডীদগী কুমথহল্লম্মী। নুপী পুলিস অদু অচৌবা সিতিগী ও. সিদা নুপীশিংদু মথং মথং তাকসম্মী। নুপীশিংদে মথং মথং কৌশিল্লকপদা হন্দক্তি

ইচেতোন কৌশিল্লম্মী।

ওম্থোকপনি, ইচেতোন নোং মংদনা ব্রজ তারম্মী। ও. সি. সাহেব ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা ইচেতোন খংকৌ কৌরক্লম্মী। খংপ্রেক খংই, ইকাইবনা হান্না মকোক খুল্লম্বনি, মকোক্তগী ফীদু লৌথোক্লম্মী। খুল্লম্মী।

চাওবা ঐনিনে, ইচেতোন্নি।

"হায় এস. আই. কনা কনা বজারদা ডিযুতি তাই, কনানা ফাবকই, নুপীশিংসি কনানা ফাবকইনো।"

'সাব," নুপী পুলিসতুনা খুম্মী।

"এস. আই নংনা ফাবকপা!" হোৎচিল্লগা খুৎপাক্লা থাগে তৌই, থাদি থাদ্রে।

মখোয়সি হৌজিকমক থাদোকখো হৌজকমক চৎলু য়াম্না থুনা

ইচেতোন, নঙনা তৌরিবসি করিগীনো, ঐ হান্না হায়খ্রে। ঐগা মরি-মতা অমত্তা লৈতে, ঐ নঙ মশক খংদে, চৎখ্রো চৎলু, হন্দক অমুক ফারবদি জেলদা থমগনি খংঙু।"

"চাওবা।"

"মীনা লম্বীদা পোৎ য়োনবা য়াবোই হায়বগা নুংতিগী সুম যোল্লি, ঐগী ওডব কবিগী ইন্দে, লম্বীদা, লম্বীগী মতাইদা পোৎ যোনবা য়াদে হাযর্বসি ঐগী ওডব্নি, খংঙু। চৎলো নযুমদা চৎখ্রো, চৎলো, এস. আই. মখোযসি কৈথেলদা থম্মুচো" হাযবল্লগা যাম্না শাওনা কাদুদগী মপাল থোকখ্রে। নুপী মযামদু কৈথেলদা পুলিসকী গাডীনা অমুক থিল্লকএ। নুমিৎ অদু কৈথেল পুমলাং লাংলম্মী। নুপী মযামদুসু ইঙক ঙকলম্মী। ইচেতোন্দা মুন্না মুন্না যেংলম্মী। গাডীদগী কুমথবদুদা নুপী পুলিসতুদি হংহৌই।

"ইনে নংবু কনানো, সারগী কনানো?"

"ইবেম্মা! ঐ খংদে," য়াম্না নুংঙাইতনা খুম্মী। খল্লি থম্মোয়দা চাওবা নংগী থম্মোযসি ওম্থোক্লা কনখ্রেদা, ইচেতোনবু অদুক থিনা মীযাম মমাংদা হায়বকো, ওম্থোক্লা ইকাইখ্রেদা।

নুমিৎ অদু হৌখিবা ফনা কুইবে। নুমিৎ অদুদগী হৌবদুনা ইচেতোন

কৈথেলদা এঙ্গাং নাপী যোনবা চৎখিদবে। খুলগী মচিন্দা লৈবা কৈথেল মচা অমদা নুংতিগী খব খবা যোন্দুনা নোংমগী চবা তম্লবি।

মলাযাগী পাওসু তাদবা যাম্না কুইবেদা থা মঙা তককতি হাযবক্কদৌবে। পৈশা খবা পুখিবদু লোইববা, লৈবিব্রা, লৈত্রববা হাযবসু খংদে। এসিযান গেমস যাওনবা কোচিং যাওখ্রবনি, দিল্লিদনি, লৈকাইগী মমান্নবা শান্নবোইশিংনা ক্লবকী মীওইশিংনা পীবিবকপা শেল খবা পুবগা চৎখবনি। হচেতোন যাম্না ব্রানা হিংলি। নুৎলি মুৎলিবা থাওমৈনা ঙানবগুর্স্বনি, ইচেতোন মচানুপী মলযা কবম্না কান্দা শান্নবা মায পাক্নুনা মীযাম্না ব্যবহাব তৌগদগে সিনি। মচানুপী হল্লক্তি ফাওবনি নাবা যাদে, ইংখোলগী মনা-মশিং খবসি যোল্লগা নোংমগী পুন্সি হিংবা হাযবদুনি। মচাগী আশা, মলাযাগী আশা, আশাসিদা ইচেতোন হিংলি।

ব্রাববা কান্দা মীওইবা ঈশ্বরদা চংজে, ঈশ্বরদা হাযজবা নভনা অতোপ্পা উপায লৈতে। হবে কৃষ্ণ, শ্রীগোবিন্দ ননাইগী উপায তৌবীযু, ঈশ্বরগী মিং শোঞ্জবা, হৈ-লৈ কৎচবা ইচেতোনগী নুংতিগী তৌগদবা মথৌ ওইবস্মী।

রেডিও খববদা, পাও লোযনা তানৈ, এসিযান গেমস হৌগদৌবে থা অমখক্তা ঙাইবে। মণিপুবদগী যাওখিবা শান্নবোইশিং নুংতিগী খববদা ইবি, লাওনবি, মতিক মগুণ শোন্নবি। মযুম মযুমদা মী পোং হংবা লাক্লবি। মলযাগীসু হংবা, মাগী মযুমদা মমা মথন্ত লৈবনা ক্লবকী সেক্রিটবিনা ক্লবতা ওইনা পাও লৌফম, পীফম ওইবে। ক্লবনা লোইনা তৌবাখ্রে।

নোংমদি ক্লবকী সেক্রিটবিদা পাও লাকই মলযানা হাযবকপনি, পৈশা খন্দং বাৎপা তাবে লুপা লিশিং ১০ দং থাবীবকউ। মযাম্না মমাদা তম্মী। হান্নগী অচংবা শেল অযাম্বা ক্লবকী মেম্বব অযাম্বনা পুথোকপীবনি হন্দকসু মখোযনা কোযচেনা চৌল্লি। অদুবু ইনেন মচানুপীগীনি লুপা লিশিং মঙাদং হাপ্পু হাযবস্মী। ইচেতোন কবিগী হাপর্তনি এঙ্গাং নাপী যোনবগী লুপা লিশিং অমদি থম্মগে মসিন্দগী অব্রাৎপা লুপা লিশিং অহুমসিদি মীঙোন্দগী থিবগে, কোম্না এঙ্গাং নাপী যোল্লগা শিংলগে। ঐ কনাদগী পুকসিগে ইচেতোন সুম খল্লি।

নোংমা মৌপ্পা ও.সি. চাওবা উন্নবা চৎলুবদা উনবা ফংদনা হল্লকখি। হন্দক্তি হেক্তা চংলগে পৈশা খিত্তং হাপ্পীয হাযর্কখিগে, ইচাগী মতেং ওইনবা,

ইচাগী ৱারিসু তম্নুগে, মাসু তারমগনিদা, মলয়া চনুনা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা বোক্লিং থিনগদৌরি।

নুমিৎ অদুসু অয়ুক্লি। পুং ৭ কুম্না তারম্না যাই। ইচেতোন ঙসিদি মফী খবা নান্না শেৎলম্মী। উচিন নাচিন্না গেট ঙাক্লিবা থানাবাবুদা হাযজদুনা চংলম্মী, শুমাং যৌবে। কনামত্তা লৈবা উদে। শুমাং মযাইদা লেপলম্মী। কোইয়েং যেংলম্মী। ইমুংদা যেংলম্মী। কনামগু লৈতবা উবদুদা কৌবম্মী।

'চাওবা চাওবা ইচেতোন লাকই, চাওবা অমুক্তা থোকলকউ।'

নুপা অমা থোক্লকলম্মী। পুলিসনি।

কনানো নংবু, করিগীনো? কনা উন্নগে হায়বনো?

ইবুংঙো ও. সি. বাবু লৈত্রবরা?

লৈ, কবিগীনো?

অমুক্তা উন্নজগে?

ও! ও. সি. উন্নগে হায়বা, নংবু কনানো, কনানি হায়য়ু হায়বনো?

ঐ মাগী মচেনি, ইচেতোন লাকই হেক্তা হাযবীযু।

ও! ইচেতোন হায়গে হায়গে। ঙাইহাক ঙাইবম্মু (পুলিসতু ইমুংদা চংখিবম্মী) ইচেতোন পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওবম্মী। ঙসিদি ইপ্পা চাওবা উন্নবা তাবেদো, নুংঙাইখ্রেদা, ইচাগী অৱাবা কোকঅনি, ইচাগী পৈশা ফংলনি, ইপ্পাগী যুর্মসি ওন্থোক্লা ৱাংখ্রেদা, ফজখ্রেদা কোইযেং যেংদুনা লৈবম্মী।

ও.সি. সাহেব ইমুংদগী থোক্লক্লম্মী। মচেতোন উবদা শাওনিংলম্মী, থোযনা হেন্না নুংশিবগী ৱাখল পোকলমদে। চাওবা খুঙ্গংদুদগী ইম্ফালদা লাকখিবনি, কুইবে। চুম্মী। মচেতোনগা মখোযনিদা পোকই। মমানা পীশক পীক্লা হুন্দোক্লম্মী। মচেতোন মাবু য়োকপিবকপনি, মচেতোনগী নঙ্গন্দা চাওজবকপনি। মচেতোনগী ইবেমখাক্লা পোকপনি। নুংশিবর্বী মচেনি, মমাগুম্বনি। অদুবু মচেতোন নুংশিদ্রে। যেংনিংদ্রে, মাগী মযুমদা চংহন্দ্রে, খুঙ্গংদসু চত্তে, মবমদি মাগী পাজিনা মচেতোন্না ইন্থোকলম্মী পাজিনা যাদবা নুপাদা মযুম পাল্লি, মাগী নুপাদু হুবানবা শঙ্গ তৌবা, হুবানবসু যাওই, খুলগী, লৈকাইগী পোৎ-চৈ, মকুওইনা শা-ষণ হুবানবা যাওবা মীনি। খুলগী হুবানবা

*নুপাদা লৈ হাযদুনা পাজিনা ইম্থোকপনি, পাজিনা ইচানুপী লৈতে, শিখ্রে সি ফাওবা হাযখি, খাযদোক্লনবা হোৎনখি, যাখিদে, মপানা ইম্থোক্লম্বদুনা চাওবা মচেবু ইম্থেকখ্রে, পুন্সি চুপ্পগী ওইনা ইম্থোকখ্রবনি, নোংমত্তা মচে লৈ হাযদুনা খনখিদ্রবনি, ও.সি. চাওবা মচেবু উবদা শাওনিংলম্মী, হাযবম্মী কবিনো ইচেতোন নঙ ঐগীদা লাক্কনু হাযবগা লাকইসিবো?*

চাওবা, *ঐ লাকইনে, নচেতোন লাকইসিনি*

*লাক্কনু হাযর্বনি, ঐনা হন্না হন্না হাযখ্রবা নত্রা!* (চাওবা ইমুংদা চংগে তৌই।)

অদু চাওবা...! (চাওবা লেপ্লী তুং হন্না যেংথোকলকই।)

কবিনো হেক্তা হাযবো!

মালযাদু শান্নবা চৎখিবনি, পৈশা খবদং ব্রাৎলে নং যাববদি লুপা লিশিং অহুমখক্তং হাপ্লীযো হাযগে লাকপনি।

পৈশা? মালযাগী শান্নবগী পৈশা?

নমৌদো থা ৫গী কোচিং লোযবগা এসিযান গেম্‌সসিদা শরুক যাগদবনি, পৈশাসু খবা পুখি, মযাম্না খাযনবনি, ঐসু লুপা লিশিং মঙাদং শাগৎচর্বনি, লিশিং অনির্দি লৈবে, অহুমদং ব্রাৎলি, ইবুংঙো খিত্তং হাপ্লীযু, নচেদা মদুদদি উপায খবা তৌবিযু। (চাওবা ইমুংদা চংখিদবে, ইচেতোনগী মনাক্তা চংশিলম্মী হাযনম্মী)

ইচেতোন।

চাওবা।

মালযা শান্নবা চৎলি ঐসু তাই।

চাওবা।

ইচেতোন ওইবোই, মলযা শান্নবা ওইবোই। শান্নবা হাযবসি পৈশা যাম্না চংবা জাৎনি, ইনাক কৈবাক খুনবা, পৈশা যাম্না পাযবা ইমুংগী মচা-মশুশিংনা তৌগদবনি। ইচেতোনগী থাক্লা ঙম্মোয। কৈদৌনা তৌবিনো, কনানা ইনশিল্লিনো, কবিগীনো মীনা ইনশিনবা যাবিবনো মীনা ইনশিনবা যাববদি নশাদু ব্রাজবা তাবনি।

চাওবা।

নংনা ইংখোলগী মনা মশিং খবা যোল্লগা, অদুগী শেলদুনা নচানা শান্নবা ওইথোক্লোই। ইচেতোন ওইথোক্লোই। স্পোর্ট শান্নবা পৈশা যাম্মা চংই, চাবা থকপদা পৈশা যাম্মা থাদগদবনি, শঙ্গোম, লফোই, যেকম, ঙা, শা, মযার্মসি লোযনা পীজগদর্বান অদুগা নংগীদি কদায, ইংখোলদগী ফংবা মনা মশিং খবদুনা নচাবু থাকপা, এ। ওইথোক্কবনি। মীঙোন্দা হাযদোক্লনু মীনা নোক্লখিনি।

চাওবা।

পৃথিবী অফাওবা শান্নবিবশিং পৈশা যাম্মা পাযবা মীশিংনিনে। ইচেতোনগুম্বগী থাক্লা ঙম্বা পোং নত্তে, খল্লনু ওইবোয। অদুগী মহুত্তা নচাদু কৌথোকউ, নখোযগী ইমুংদগা চান্নদেকো। ওম্লোক ওম্লোকপা, কবম্বা কমিটিনা খল্লিবনো, কবম্বা অপাওবা কাংবুনোনে, মথোং চাবা মীশিংদি ওইবমলোয। ইচেতোন তুমিন লৈ, বাখল খল্লি। মীনা হাযবা ব্রাদা যেৎলুবা যাদে খল্লি, হাযবকই অদু ইবুংঙো অমবু ওইবে, অমবু ওইবে তৌকববনিনা হৌজিক কৈদৌনি, তোকপদি ফজদ্রে, মীগী মমাংসিদা নঙগী লুপা লিশিং অহুমদুর্দি হাপ্পীযুবা ইবুংঙো।

ইচেতোন ঐ পৈশা লৈতে, ঐ পৈশা চিল্লি। তম্বাইফদনা খবা যেংঙনে চাওবা, ইচেতোন শিংলক্কে ফবে ফবে লুপা লিশিং অহুমসি লৌবো, মতুংদা অমুক হাযবক্কনু (ফবিংখাওদগী বেগ লৌথোক্লগ পৈশা থিবগা ইচেতোন্দা পীগে তৌবদা কদোমদগী লাকপনো মাগী লুপী বিনোনা

কবিগী পৈশানো, কনাদা পীগদৌবিবনো, সে ঐঙোন্দা পীবকউ। (পৈশাদু লাকখবে।)

বিনো!! চাওবনা হায। পৈশাদে ইচেতোনদা পীগে তৌবনি। মচাগী শান্নবগীনিনে।

কবিগী মচাগী শান্নবগী ' কনাগী ইচেতোন্নো, নংগী নচেতোন লৈসু লৈতনা, (ইচোতোন্না ওল্লি) হায লুপী কনানো নংবু, নশক খংদে। ও. সি. সাহেবকীদি মচেস লৈতে, মচলসু লৈতে, কনামত্তা লৈতে, কদোমদগীনো

নংনা ইচেতোন্নিকা হার্যবিবসিবো, চৎখ্রো চৎলো নশক খংদে।

বিনো।

নংগী নচেতোন শাবী নুপীসে, মচানুপী মালযা শান্নবা চৎলি কাযনা, বোক্সিং শান্নবোয মলযা চনু এ' নোকতুম নোকচনিংই। ইংখোলগী অহৌবা মনা মশিং, হঙ্গাম, কোবী, পেরুক খবা চাবগা শান্নবা হেক্তা যাব্রনে, মীগী ইনাক-কৈবাক খুনবগী মতৌ তম্‌্‌গা শান্নবা ওইথোক্তর্বনি, তৌশিন্নবনি, মচিন থিবিবনি, পৈশা নিবা যানবা ..।

বিনো। (ইচেতোন যাম্না থাজদনা যেংদুনা লৈ।)

মৈতৈ নুপী অমা ওইবগী মশা মশাগা চানবা শিনফম ফী শাবা, লৌ শিং উবা, ইংখোল শম্বল কোইবা তম্বীগেদি হাযদ্রদনা, মীগী মতৌ তমদুনা নুপীনা শান্নবা অদুসু বোক্সিং, নুপী মান্না, ইনম্মা নঙগী নচানুপীদুবু নুপীবা নত্রগা নুপাবা? নোংমত্তা নুপীগী ফিজোল শেৎপা উদে, নুপী মচা অমা ওইবগী হৌন লোনচৎ চৎপসু উদে, খোংগ্রাও খবা শেৎশিল্লগা নুপা মচাশিংগা গা: গা. হে তুরুৎচৈ যেংনিংদে।

বিনো।

ইচেতোন শিগ্রবনি, পাজিনসু যাবমদে। হুবানবগী ইমুংদা যুম পাল্লি হাযদুনা ইনম্মাবু পাজিনা ইন্থোকখ্রবা নত্রা? ঐখোযনসু ইন্থোক্লর্বনি, ঐখোযগীদ লাকপীনু হাযবগা হেক্তা লাকই, নোংমসু লাকলম্মী, ঐনা চংহন্দবনি, যেংঙু যুর্মসে অচৌবা থানা বাবু অমগী যুর্মনি। থানাগী যুমদা মবুকচেল শেংদবা হুবান চিন্থি তৌবা মীনা চংবা যাবা নত্তে, ইনম্মা নঙগী নবুক শেংদবা হুবানবগী থবক মতৌ, হুবানবগী মচাদুসু হুবানবগী শাজৎ চৎলমগনি।

বিনো' (ইচেতোন খবা কন্না খুমলম্মী।)

ইচাগী তিযুসনগী পৈশা ফাওবা পীদ্রি, অদুগা নঙগী পৈশা। অদুদি পীবিখ্রো বিনো অঙাংগী কোম্না পীবগে।

যাবোই, ঐ চংঙে, ইনম্মা চৎখ্রো, হাযবল্লগা থাম্না শাওনা ইমুংদা চংখ্রে।

চাওবা। (ইচেতোম্না কৌই।)

ইচেতোন উপায লৈতে, নঙ চৎখ্রো।

চৎখ্রগে চাওবা, পাজিনা ঐবু হুবানবগী ইমুংদা যুম পাল্লি হাযদুনা ইন্থোক্লবসু নংনা ইন্থোকফম থোক্তবনি অদুগা লাই ওইখিবা নবাইদো হুবানবা নত্তে, মা মীগী মপোৎ হুবান্দে, মীনা হাযজিনবনি।

ইচেতোন।

অদুগা চাওবা ইমানা নংবু পীশক পীক্লা হুংদোক্লম্বনিদো। পাজিনা কোযনা থবক চৎলি, ঐগী ইনঙ্গন্দা নংশে পোদুনা চাকথোং-ফৌসু হোৎনদুনা চাওবকখিবনি। যম্মা ৱাবকখি, য়ুমগী চাকথোং-ফৌসু হোৎনবদা ইমান্নবীশিংগী মবক তিন্দুনা লৈশাবী অমা ওইবগী হবাও, কুম্মৈ যাওদুনা নুংঙাইবা ফংলকখিদে। নংতবু চাওববদি হাযদুনা ঐ যাম্না ৱানা লেল্লকখি। অদু নঙ চাওবে, ইম্ফালদা লৈবে, থানাগী অচৌবা ওইবে অদুগা নচেতোন ঐবুনা...

ইচেতোন।

ঐগী ইবেমখাক্লি অদুসু তোক্লো। পাজি লৈতবগী ইমা লৈতবগী নোংম লাইদা লাইরুক অমা, লৈ মনা, হৈ অমা ফাওবা কত্তে। পাজিসু ইমাসু নহাক কাউবে। নংসে পাজিনা পোকপনি' ইবানি ইমা ইপা অমত্তগী মচানি, নঙ পুন্সিযু। নুংঙাইনা পাল্লু, ইচেতোন ঙসি নঙোন্দগী পৈশা নিবা লাকপনি, ইচাগীদমক অদু ঐ পৈশা পামদ্রে, অমুক ইচেতোন নংগীসিদা লাক্লবোই। পুন্সিগী ওইনসু উন্নববোই অমুক হন্না ঙসি উন্নবির্বসিনা অবোযবা ওইবা যাই। অদুগা নঙগী শাগৈ কদাযদনো থিযু।

ইচেতোন।

অদুগা চাওবা, ইচেতোন লাযববী নুপী অমসু ওইববসু ইমাগী মফমদা নংবু চাওনবা যোক্লক্কনি হাযবদো, বাশক ঙাক্লে, ঐগী ইমাগী মফমদা ৱাশক ঙাক্লে, ঐ নুংঙাইবে। অদুগা মসিমসু খংঙু নংগী পুন্সিগীদমক ইচেতোন হিংলি, মফম মতম চাববদি ইপ্পাগী নচেতোন পুন্সি কথোকপা ঙমগনি, ঙসি নচেতোন পৈশা পামদ্রে, ৱাফমসি কবম্না কান্দা অমুক্তং হাযগদগে খনবনি যাম্না কুইবে ঙসি শ্রীগোবিন্দনা চানবীবে পুন্সিযু, নুংঙাইযু নচেতোন চৎলে।

ইচেতোন নংসে ওন্থোকপনিদা' (ইচেতোন কপ্না কপ্না ফিজিনা মপী

*তৈথোক্লদুনা মমায ওম্থেক্লদুনা মখোং থাংবা হৌবম্মী।) অবোইবগী ওইনা অমুক্তং চাওববু যেংলম্লগা কোম্থোং বাংমা লাল্লম্মী। চাওবা থোইনা খল্লুদে, ইচেতোন্না চৎখিবদুদি মুন্না যেংদুনা লৈহৌবম্মী।*

থা মবি মখা হৌখ্রে। মলযাগী পৈশাসু মযাম চংদুনা থাখ্রে। এসিযান গেমস হৌখ্রে। হাপতাসিগী অবোইবা নুমিৎ নোংমাইজিং নুমিৎ অসি মলযাগী শন্নবা নুমিৎ। ভাবতকী মতমদা নুমিদাং পুং ৭ তাবদা তাই। লৈবাক পুমলাং লাংই, সহব, খুঙ্গং, লৈকাই, লৈকাই ওফিস, ক্লব, স্কুল শঙ পুম্নমক মলযাগী শান্নবা ঙইদুনা লৈবম্মী। মীযাম্না হাযজবদগী ইলেক্ট্রিসিটিসু মৈ নিংথিনা পীনবা শেম শাবম্মী।

লৈকাইগী ক্লবকী লম্পাক্তা মযাম পুল্লপ পুন্না যেংনবা শেম শাবম্মী। মৈ লাক্ত্রবসু যেংবা যানবা জেনেবেটব অমা তযাবি তৌবম্মী। লৈকাইগী মীশিংনা ইচেতোনগী ফমফম তোংঙান্না থাবীদুনা মচাগী শান্নবা যেংনবা তযাবি তৌবম্মী। ঙসিদি কৈথেল কাবনু হাযদুনা কাহন্দ্রর্বনি। অদুবু ঙসিদি ইচেতোন কৈথেল যাম্না কানিংলম্মী। কবিগীনো, মচাগী শান্নবা যেংবনা ইবাং লাংবনে, ব্রাখলসি চবাংনবম্মী হোযদা, শান্নবদি নুমিদাং পুং ৭ তাবদনি, অসুক ঙৎল্লবসিবো নংনবা পবপ পবপ হেক লাক্লগা লোইবে। খামেন বাবমাশিকাশিংসে যোম্থোকহৌদ্রর্বদি লিশনখ্রগনি, মসি খিত্তা যোল্লুখিগে অফংবা পৈশাদুনা মযামগী চা চিনি লৈবদা হাপকে খন্দুনা কনাদসু হাযবমদনা কৈথেল লোন্না কাবম্মী।

ঙসিদি খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলসি কবিনো। মীশিংসে চবাং খোইবাংনি, পোৎ যোনবীশিং পুমলাং লাংনৈ, হংনৈ খুমনৈ।

হো মলযাগী শান্নবদুবু পুং কযাদনো?

নুমিদাংগী পুং ৭ নি পুং ৭।

চৎশি, চৎশি পোৎ চৈসি খবা ঙন্না লোইশিনসি।

শান্নবা যেংবা নংহৌবোইকো।

ইচেতোনসু তাই, খল্লি, মখোয মযাম্না ঙাংনবিবসি ঐগী ইচাগী শান্নবা যেংনবনি। ঐসু কুইনা লৈবা যাদে, খামেনশিংসে পবপ পবপ অমুক্তং যোনখিগে।

ইচেতোন ফমফম লৈতে। মীবক নাবক যেংই। কৈথেলগী মমাংথংবা নাকন্দা লম্বীদি যৌদনা ফমলে, পোৎ-চৈশিংদু প্লাষ্টিক অমা থাদুনা থমলম্মী।

বজাবসি পুলিস যাম্না লৈ। কমান্দোগী গাডিসু খাম্বা মাল্লি ইবাংদি লৈতে, ইবাং থোক্কদৌবগী মওংদৌনা তৌই। লম্বী চৎপশিংদি মাগী মাগী লম্বীশিংদা পংচত্তা চৎনৈ, কনানসু যেংনদে। ওই যেৎ খংনদে পংচত্তা চৎনৈ. ইচেতোনগী পোৎ থাবিবদুগী মমাং পুলিস গাডি অমা থাদে, অমুক থৌদোকই, অমুক থাম্মী। গাডীদুদা অচৌবা পুলিস ওফিসাব অমা যাওবা মাল্লি, গাডীদো খুৎলায পাযবা পুলিসশিংনা নাকল নাকলদা ঙাক শেল্লি।

নোংমৈ কাপনবে কদোমদগী কাপ্পনো খংদে। মীযাম কোযচেন চেন্নবে। গাডীগী নাকলদা চৎলম্বা পুলিসশিং খবনা পাকথৈ, খবনা নোংমৈ কাপ-কাপ্পুনা চেল্লি, গাডিদা তোংলম্বা পুলিসশিংদু চোংথোকলক্লুনা নোংমৈ কাপ্পবম্মী, অবাং পাংনা কাপ্পী অবাংদগী কাপ্পকপা ওইবমাল্লে, ইচেতোন্না ফম্মীবা জগাদুমক্তনি, ইচেতোন মতৌ অমনি, পাখৎখ্রদুনা পোৎ পবপ পবপ যোমশিল্লি, খংহৌদে গাডিগী পুলিস অমা নোংমৈনা পাল্লে, ইচেতোন্না পোৎ লোইশিল্লিবদুদা দোম লাওনা তুথবকলম্মী। নোংমৈনা পাল্লে, ঈনা বা বা, জ্ঞান যাওদে, চেনবা ঙমদবে, তুপীদু লৈমাইদা তাখ্রে। খংলে ইচেতোন চাওবনি, পোৎ লোইশিন্দ্রে, চাওবা (ইপা পাখৎনা) চাওবা ইচেতোন চাওবা কোনশিল্লম্মী সিফাই অমসু নোংমৈনা পাল্লবনি। গাডি মনুংদা তুথখ্রে। শিবা মাল্লি, মীনিৎ মঙা-তরুক লেপতনা নোংমৈ কাপনৈ, কৈথেলগী মী লোযনা চেন্নখ্রে। কৈথেল কাইবে, চেন্নবদসু মীসু শোক্লবে। পুলিসকী গাডি মযাম সাইবেনা খোং খোংদুনা পাইশিন্নলম্মী। ইম্ফালগী ও সি. গাডিনি। ও সি. নোংমৈনা পাল্লে, পুলিসকী ম আন শিবে। পুলিসকী গাড থৌজিল্লকু। চাওবনু গাডিদা হ্ৎলকৎলম্মী। মৌপ্পাবু কোন্দুনা কপলম্মী। ইচেতোন পুলিসনা মাবু ইন্থোক্লম্লগা চাওবগী হকচাংদু পুলিসনা ডাওবদা পুখ্রে। কৈথেলদু মী ইথাক তাকখ্রে। ইচেতোন নওনা কনামজা লৈখ্রে।

হায কৈদৌবিনো, নুপী মী লোযনা চেন্নখ্রগা নং লৈহৌবিবা কনবগীনো? চৎলো চৎলো। ইচেতোন কপ্পা কপ্পা মফম অদু থাদোক্লম্মী। পোৎ-চৈশিংদু

লোযনা হুন্দোক্লমলে। খল্লি ইচেতোন, যুমদা হনবসু গাড়ি ফংলোয। ঐ ডাক্তবদা চৎলগে, চাওবগী ফিভম য়েংলুবগে।

হোস্পিতালনি। ওপবেসন থিযেটবনি। ডক্তবদসু অনাবা ময়ামসু তুমিন তুমিন লৈনবা মাল্লি, ওপবেসন থিযেটবসূ পুলিস নত্তনা কনামক্তা লৈবা, পুলিসকী পুলিস ঙাইহাক্তুং ইচেতোন খোংন হাথু-হাথু লাকপনা ওপবেসন ে‌ৈফম যৌবে। অনাবা সেবাগী মী ওইববোই নিংদুনা চংবদি থিংদে, তৌবদি অনাবগী সেবা মীসু খবদি চৎথোক চৎশিন তৌই, ইচেতোন ওপবেসন কাদুদগী খা লাপতক্লা তুমিন্না ফমদুনা মযাম্না তৌবদু যেংলম্মী।

ডাক্তবশিং, নর্সশিং কোযচেন চেন্নবম্মী। কা অমদগী অমদা, ওক্সিজেন, হিদাক-লাংথক পুদুনা কোইচেন চেন্নবম্মী। ইমর্জেন্সিনি। ব্লদ কাপ্পা তাবম্মী। ব্লদ বেঙ্কতগী ব্লদ লৌবা হৌবে। লৈত্রে। মী লৌদুনা কাপ্পা তাবম্মী। বোটল তবা কাপকদবনি, মঙান্দি শুবে, হৌজিক মীদগী লৌবা তাবম্মী। ডাক্তবনা পুলিসশিংদা ঈ পীনবা হাযবম্মী। পুলিস অচৌবনা কোন্সটেবলশিংদুদা ফোল্লিন তৌহল্লম্মী। ঈ গী সেম্পল চান্নব্রা যেংলম্মী। চান্নবা অমত্তা যাওদ্রে। ডাক্তবনা হাযবম্মী। ঈ কাপত্রবদি অশোকপসিগী ফিভম লুনা লৌই। হৌজিক ওপবেসন তৌগদৌবির্বনি, নোংমৈ মক পানখিবা অদু লৌথোকদবনি। ওপবেসন তৌগদৌবসি অনাবা অহুমনি, পুলিস ঙাইহাক্তনি পুলিসশিং ঈ: ঈ: হাযদুনা কোযচেন চেন্নবম্মী। ইচেতোন যেংদুনা লৈ, মনাক্তা লেপ্লিবা পুলিস অদুনা পাও পীবম্মী। কমদৌনি ইচেতোন মৌপ্পা মথ্বায কন্নিংখ্রেদা। মমানা পীশক পীক্লা হুন্দোকপীবন্দ্ব' ইপ্পান, ইমাগী মফমদা বশকখি ইপ্পাসি চাওনবা যোক্লক্কনি। যোক্লে, চাওবে, হৌজিক শিব চংবা খংদবে। নোংমৈনা পাল্লে। পুলিস মযামদু তুমিন তুমিন লেপ্পুনা লৈনবম্মী। উপায লৈতবগী মওংনি, ইচেতোন পুলিসতুদা হাযবম্মী।

ইবুংঙো।

কবিনো ইনে?

ঈ ফংদ্রে হাযবিবসিবো, ঈ পীবীনবা মী অমতা লৈত্রববা?

লৈত্রে, লৈবিবা পুলিসশিংসে ঈ অমতা চান্নদ্রে।

অর্দদি ইবুংঙো পুলিস নত্রবদি ঈ পিবা যাদববা?

কবিগী যাদনি, মী লৈত্রা? ঐখোযগী সাবগী পুন্সি অমুক্তা কনগে, কদাযনোনে, মী পীযুনে, পৈশাসু যান্না পীনিনে,

অর্দদি নং মী অমা ঈ পীগে যাগদ্রা? অমুক্তা হংবীযু।

কদাযনো মাদবু কৌকবো যাদু' থা।

ইবুংঙো, অতে নত্তে, এনিনে, [illegible]।

ঈ চান্নববদি ঐ নখোযগী সাবগী ঈ পিগে।

পুজসতন। ডাক্তবদা চংদুনা ঙাংনকবে। ঈগী সেম্পল চান্নবে। ইচেতোন ঈ পীবে। মৌপ্পাবু কনগে খনখ্রে। ও সি চাওবা ইচেতোনবু মাগী মচে নত্তে, মাগী কনামত্তা লেতে নোংম মযুমদগী তানথোকপীখ্রবা ইচেতোন্দি মৌপ্পাবু মৌপ্পানি হাযদুনা ঈ পীবে। যেংঙু! পুলিস এবা কুনমুদ ঈগী সেম্পল লৌবদা চান্নদ্রদনা ঈ ফংদ্রে ইচেতোনগী ইবেম খাক্লা পোকপা চাওবা মচেনী ঈগা সেম্পল চান্নদনা ঈ কাপলে, খুদোংথিবদগী কনবা ঙম্বগী আশা লৈবে। ডাক্তবনা নুপীসিদি চাকনিবীগুম্বনি শিখ্রবসু যাই, মাগী পেশ মতিক চানা পাঙ্গ্রা লোইবে। লৈবাক্কী অচৌবা পুলিস ওফিসারসিংদি কন্দনা যাদর্বনি। লৌবা নবা চাংদগী হেন্না ইচেতোন্দগী ঈ চিংথোক্লম্মী।

ঈ পীবা লোইবে। ইচেতোন মৌপ্পা চাওবব মযা যেংলবি। অংঙা নং যবোকো, শ্রীগোবিন্দনা কৃপা তৌবীবসনু ইচেতোন চংনগেবো

ডাক্তবনা এনভেলপ অমদা কৈনো অমা হাপ্পী। মানবা অমা পীবম্মী।

নুপী সি লৌশিল্লু।

কবিনো সিবো ইবুংঙো!

নত্রগী ঈগী মমলনি, সবকাবনা পাবনি, [illegible] ঈ শিবমদবদি [illegible]।

ঐনা ঈগী মমল সাবকাযনা পীবা।

মান্ন অদু পুবগা চংখ্রো।

ডাক্তব বাবু চংলগে, অদুগা পৈশাসিদি পুবোই, ঐগা ঈগী মমল লৌবোই

কবিগীনো, মসিদা ঈ যোল্লবা মী খুদিংমক পৈশা লৌখিবা ঙাক্তনি, নঙ অমুক্তা হোস্পিটালসিদা ঈ পীখিদববা?

পীখিদবি, অদুগা ঐদি ঈ যোনবা মী নত্তে।

অদুদি নঙ কমদৌনা ঈ পীবিবা?

ঐনা পীজগে পীজবনি।

কবিগী?

এমানি মচাগা থবায কনদন কবিগী পৈশা। ইবুংঙো অশোকপসি ঐগা ইচানি, ইচাগী থব্রায কনগে তৌবান।

কবি অশোকপসি নঙগী নচা?

মান্নি, ঐগী ইচানি অদুগা ডাক্তব বাবু ব্রা অমত্তা হাযজগে, যাবীগদ্র?

যাগনি হায়যু।

মমা অমনা অশোকপসিদা ঈ পীবন্মী হাযবসি মাগী মবি মতা, মাগী নপীদা হায়দোকপীগনু।

অদদি কবিগী?

মবমদু সিনি, অশোকপসিনা পুবা ফমদুনা চৎপা ৬মলবা কান্দা ডাক্তবনা নোংমা হাযবীযু।

কবি বা!

"হচেতোনর্নাদি ঙবু ইম্লোক্তে। ঙসি ইচেতোন্না নংগী ঈ পীবর্স্নি, নঙ ফবা ওইগবা। ইচেতোন্দি লৈত্রে, নচেতোন অমুক থিবল্লগনু। অমুক হন্না উনবা ফংলবোয। অদুগা চাওবা নচেতোন্না লৈত্রবা কান্দা শ্রীগোবিন্দগী নাম শোঞ্জবগা নচেতোনগী নফমদা লৈ মনা অমতং কৎপ ঙমজবদি নচেতোনগী ইবেমখাক্কী ঈগী লমন শিংবা ওইজবো।"

পৈশাদু ডাক্তবদুদা পীথোক্লল্লগা ইচেতোন থোক্লকএ। পুলিসকী গাডী অমনা যুম তান্না থীনবীবল্লন্মী। লৈকাইদু পুমলাং লাংলন্মী। কনাগী থাবল চোংবা, ধোল থিনবা, লাওবা খোংবা পুমনিল লম্বী শোবোক, কৈথেল, কোম্লোং, কোযা, ঐখোযনা জয ওইবে, ঐখোযনা ঙল্লে, মলযানা ঙল্লে মলযা চনু মলযা চনু মলযানা থিন্দৎলে, পুমলাং সিনি নুমিদাংদু ইচেতোন লম্বীদগী

পাও তারে। ক্লবকী লম্পাক য়ৌরে কোম্ব্বোংনি, ইচেতোন লাকপদা ময়াম্মা মলয়াগী জয়, মলয়াগী জয় লাওদুনা চেনশিন্নরক্লম্মী। নুপী ময়াম্মা ইচেতোন কদায়দা চৎলুগে নচাগী শান্নবা য়েংহৌদ্রিদি হায়রম্মী। য়েংইদা খুম্মী। তশেংবদি ইচেতোন নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে, মানা উহৌদ্রবসু মীয়াম্মা য়েংবীহৌবা ঐনা উবগা চপ মান্নে। মীয়ামগী পাওদমদুদা ঐ চপ চানা ইচানা শান্নবদু য়েংলবনি খল্লি। করিগুম্বা ঐনা ঙসি কৈথেল কারমদ্রবা, ঐনা চাওবদা ঈ পীরমদ্রবা চাওবা অমুক হিংলমদবা য়াই। ঐ ইচানা শান্নবদি নোংমসু য়েংই, অদুগা অশিবদগী কনবা ঙমহৌদবা যাই, ইচেতোন খন্না মশা নুংঙাইতে হায়দুনা ইংখোলগী মৌ অমনা খুৎ শমদুনা  পুবগা ইমুংদা ফমুংদা পোত্থাদুনা লৈবম্মী।

থা অনী ফাবে। শোমদদি মলয়া লাকপা ঙাইনবি। মাবু ওক্লবা ষ্টেটনা শেম শাবা লোইবে। ষ্টেট গভর্নমেন্টনা লুপা লাক্ষ ৫০ গী এৱার্ডকীদমক শেম শাবা লোযনখ্রে, লুপা লাক্ষ ১০, ২০, ৩০, ৫০ নচিংবা পীনবা শেম শাবা লোইনবে। মলাযা হৌজিক দিল্লদা লৈবি। মযুম ষ্টেটতা হল্লকপা যাদ্রি, ভারত সরকার, দিপার্টমেন্ট কযা কযানা মহাকপু ওক্লবগী, এৱার্ড পীনবগী প্রোগ্রামশিং মথং মথং শেম শাদুনা লৈখ্রে। প্রোগ্রামশিংসি লোইবমদনা ইম্ফালদা লাকপা যাদে। মাদসু নত্তে, গোমসাসিদা গোল্ড সিলভরনচিংবা লৌবক্রপা শান্নবোই খুদিংমকসুনি। ইবোই লোইবদা ভারতকী রাসত্রপতি, প্রধান মন্ত্রীনা বিসিপসনা তৌবা অমসুং এৱার্ড পীবরা মতুংদা পোক্লক্রদবান। পুম্নমক্কী পাওশিং লৈকাই ক্লবগী সেক্রিটবিন, পাও ফাওনে, হান্না লুপা লাক্ষ যমগুম্বাদি মলযা মমাদা থারকখ্রে। মী ময়াম লাকপাদা মুমদা এম্বা যানবা অমসুং কোম্ব্বোং কোযা শেম্মু হায়দুনা ইংখোল নুংদা অমসুং লৈবাক্কী ক্লবগী উপাদা থাবকখ্রবনি।

ইচেতোন [illegible] হকাচা, ঙমদদুনা মপাল পোকলক্তবা। হৌজিক্তি এপ্রোচ নাপা যেনবদা মতমস নত্তে। লৈকাইগী মী লাক্কুনা যুমগী থবক শুবীবদে। ইচেতোন নাবদা মীযাম্মা মতেং পাংবাদুনা যুমগী অরাং অপা য়েংশিননবে।

মান [illegible] মতম অমসুং ঈ পীবগা পাও অমম্ত্রা মচানুপীদা পীখিদে। মযাম্মা পীখিসি হাযদগ্ মানা যাদে। মীযামদা হায়দা হায়দোকপীগনু, যাম্না কন্না

নাবা নত্তে হাযদুনা মচাদা পাও পীবা য়াবমদে। মচাগী মথায় নুংঙাইবোইসিনি। ইচেতোন মচাবু কয়া নুংশি। য়ুমগী ইংখোলগী মনা-মশিং চাদুনা লেল্লবসু মচাগী নিংবসিদদি থুংহনম্লগে সিনি, মানা খঞ্জবিবা। ইচেতোন নাবে। ডাক্তবনা থবক শুবসু য়াদ্রে। খ্বাংদা খ্বাংচেৎ শেত্তুনা খা ব্রাং, মমাং-মনিং মপুবোইবনা থম্বীবম্বা ইংখোলদা মনা-মশিং থাদুনা থবক শুজবা, ইংখোল কোইজবা অমুক হন্না ফংগদৌবা মাদ্রে। ইংখোলদা হৌনা মনা-মশিং যোল্লগা যোকচবকপা মচা মলযা ঙম্বি পৃথিবী শিনবা থুংনা সাওবে। খবতা মলযা খংদবা যাওদ্রে। পেল্লে, মচা পোকচবগী মহৈ যাল্লে। মলায়াগী মপা শামুসি নহা ওইবিঙৈদা খবা লৈকাইসিদা জাৎ থিবম্মী। অচুম্বগীদি কিখিবা লৈতে, হুবানবা শঙ্গ তৌই হাযদুনা লৈকাইনা য়াদবনি, ইচেতোন পাজিনসু অসিনি, অদুগা তৌবদি শামু কবিগুম্বদা মীগী মপোৎ হুবানখিবা লৈতে, দশা ফত্তবা হাযবদুনি, চীংনবদগী খুলগী মীশিংনা ষণ পোম্মা শিখিবগী ব্রাথোক্তা ফুখি। মদুদগী লাইনা ওইদুনা নাদুনা শিখিনি। মানা শিদ্রিঙৈ হাযবম্মী ইচেতোন নংগী নচানুপীসি নোংমদি শোযদনা মীযাম্না খংনব মীশক অমা শোযদনা ওইগনি। মাদি কবম্না খংবনো খংদে, তৌবদি অঙাংদি নিংথাদা খংই হাযবদুনি, মচাগী ফিঙম কনানা খংগনি, মমানা মপানা খংবা হোবান। মশানা হাযবম্বা অদুমক ঙসি মলযা থোক্ক, সিনি ইচেতোন খঞ্জবিবা

মহৌ শাকপা ঙাইহাব, ইংখোলগী মৌশিংনা মাগা সেবা হৌরোন। বাবিশিংসু নবনেই খন্দনা পুক্লুংদ অসুম ফুমদুংনা থম্লান। ঈ পীখনা নুমিৎসুদ্রগী মাগী থাক ওইরা। হৌখিবনি কোক থাম্না তোংনা ঙ ওই, থাম্না তোযনা বাম্থে মবমাদ থবক কয় শুখিবনা থাম্ল, মদু ওইগদবা মান্দে ইচেতোন অসুম তসুম চানবম্মা। চন্দক মবকাস মঙ হ যাম্না নুংঙাইতে, মপুবোইবা শামু মাগী থামা মপা থাম্না তোযনা উই।

চীংনবা হাযব সসু লাইনা অমান। নোংমাদ মৌ অতোম্বী তুমিন কৌবম্মী। চিখি অমা ইবম্মী এনভেলপতা হাপ্তুনা থম্মী। অদুগা মৌদুদা হযেং মলযানা লাক্লগ। পাযর্সিন মৌদনা মনেংগী নিবা থুংনবান হাযদনা। হায হাযদুনা লৌশিল্লগা থমাজল্লি।

ঙসি তাং ৫ নি। মলযা চনু ইম্ফালদা লাক্লগনি। দিল্লিগী প্রোগ্রাম লোইবে। খববদা, রেডিওদা, টিভিদা মহাক লাকপগী পাও লোযনা শন্দাক্লম্মী। অযুক্কী পুং ৯ দা তুলিহল এযারপোর্টতা থুংলগদবনি। লম্বীদা মাবু ওক্লবা গেট পবেং পবেং শান্নখ্রে। নুপীগী সংস্থানশিং, নুপাগী সংস্থানশিং মথং মথং সবকাবগী মাইকৈদগী হোম মিনিষ্টর, স্পোর্ট মিনিষ্টর, এম এল.এ শিং লোযনা প্রোগ্রাম শেম্লখ্রে। ইবাং থোক্লকপা যাই খনবদগী হোম দিপার্টমেন্টনা চেকশিন থৌবাং লৌখৎলম্মী। মা হেক থ'লবগা এযারপোর্টতগী মীযামগী ৺বল্ল অমগা লাকমীন্নবগা চিফ মিনিষ্টরগীদা সংবা অবোযবদা খূমন লম্পাক্তা ওকপা সিনি।

হযেং লোঙল্লগা, মঁচা লাক্লনি তাবদা ইচেতোন কযাম নুংঙাই, কুইনা মংলুববা মঙ অমা মঙফাওনবদা ইচেতোন হবাওবগী ঙমখৈ লৈবমদে। মৌ অতোম্বীদু মাগী কাদা তুম্লনি, লৈকাই মৌ অমসু নুংঙিগী লেকপী। চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইবে, হিদাকসু খবা চাবে। অহিংদা শুকতুম তুমবা যাখিদে। ইচা হযেং লাক্লগনি, ঐ মাগা উন্নবনি, কযাদা নুংঙাইববা অদুগা চাওবদু ফবমলগদ্রা? নুমিৎ অদুগী নোংমৈশিংদো ওন্থেক্লা যাম্না কাপখ্রেদা। কবম্বা নহাবোলগী পার্টিনো নখোযবু। কবিগীনো নখোযনা ঐগী ইপ্পা চাওবা হাৎকে তৌবিবা, কবিগীনো মঙেন্দা নোংমৈনা কার্পালবা, মাগী মবাল কবিনো, ঐনা পীশক পীক্লিকৈঙেদগী ইনর্মসিদা মাবু চাওনবা যোকচনবনি, মা চাওবে, থানাগী অচৌবা ওইবে, অদুগা নখোযন মাবু হাৎকে খল্লিবা ওইবো, নখোযনা চাওবা হাৎপা ঙমলোয, নখোযনা নোংমৈনা ফনা যাম্না কাপ্লবসু মচেতোন ঐ লৈবির্বসিদি। মচেতোনগী মমাংদা ইপ্পা চাওবা হাৎপা ওইথোক্লোই, ঐ নুমিৎ অদু কৈথেদা চৎলমদ্রবদি চাওবা নঙ কনবা ঙমলমলোযকো। কবি ঐগী ইমাংদা, ঐগী হেক ইমাংদা ঐগী পোৎফমদুদা নহাক নোংমৈনা পান্দুনা দোম তুথবকপা উই৷ "চাওবা চাওবা ইচেমগী ইবুংঙো" খংলাও লাওবম্মী।

মাগী কাদুদা মযাম হোর্থচিন্নবম্মী। ইচেতোন, ইচেতোন, ইচেতোন কবিনো তৌবে, মযাম কোইচেল চেন্নৈ, ডাক্তবদা পুসি, ডাক্তবদা পুসি, গাডিদা হাপকৎলো, ডাক্তব যৌবে, ইমর্জেন্সি রুমদা পুশিল্লি। ডাক্তব লাক্লম্মী। নর্স মযাম কোইচেন চেল্লম্মী। ওক্সিজেন কাপ্পী। ইচেতোন কৌবা খুন্না তাদ্রে, মশাদু

লেংদ্রে, মমিৎ উইশিনখ্রে। ডাক্তর অচৌবদু লাক্লম্মী। যুৎলায থাদুনা যেংলম্মী। ডাক্তর কবিগীনো ইচেতোনদা মুন্না যেংলিবব্। নিংশিংলম্মী। "ও গোড, হাপলেস" হাযবল্লগা মাগী কাদা চৎখ্রে। মযাম কপনবম্মী। ফি অঙৌবদুনা শা পম্বা কুপশিনবীবে। সি ওইবদি কৈদৌর্কনি হাযদুনা ডিসচার্জ সার্বতিফিকেট ীদনা যৃমদা পুখবে।

নোংঙাল্লে ইচেতোন লৈভবগী পাওদি ১থং মথং শন্দোক্লম্মী। যুমদসু কবকী লম্পাক্তসু মীনা ফিঙৌ কৌখ্রে নপী অচাং, নহা অহল মীনা ক্রিক-ক্রিক হন্নবম্মী। মযাম মলযাদদি পাও পীবশুমসি, হৌজিক পং ৯ দা লাক্কদৌরবান দ মথৌ মওমসিদি মচানুপী লাক্লগা পাংথোক্লাস। মযাম যানবে। লৈকাই ব্রাহ্মণ ঈশৈ শকপর্নচিংবা লাক্তনা ধম্মগী চৎনবী থৌবর্মাসিদি অদুম পাংথোক্লম্মী। শ্রী মশাি নাম শোন্দনা লৈখিদ্রবীগী আত্মা শান্তি থৌনিজবম্মী।

দুদ মতম যৌবে। ইন্দিগো এয়ারইটতা লাক্কদৌরনি। মিনিষ্টর্বশিং যাওনা যামসু লোযনা এযারপোর্টতা থুংলবে। এরোপ্লেন তাখ্রে, এযারপোর্টতগী যাম্না যেংনৈ, মলযা চন জিন্দাবাদ মলযা চনু জিন্দাবাদ।

মলযা যাম্না চীংনা লেম্না বোক্সিং শান্নবদা শেৎখিবা ফুরিং অদুদি লিংলি, খাংগ্রাও অঙৌবা অমদি শেৎলি, মঙকশমদা দিল্লিদগী হুকপিবকপা লৈ পবেং যামদুদি লৌথোকে, মখুৎ অনি হাযব হাযবদুনা এরোপ্লেন্দগী কুমথবক্লম্মী। পুলিসশিংনা মাগী সেক্যুবিটি ওইবম্মী। কনট্রোল রুমদগী হেক থোক্লকপগা স্পোর্ট মিনিষ্টবনা ওকলম্মী। অতৈ অতৈসু ওক্লম্মী। মযাম লাওনবম্মী মলযা ন, মৈতৈ চনু, লিংজেল থোইবী জিন্দাবাদ, পুলিসনা হান্না তযাবি তৌবা জর্পাস বোদি অহাংবদুদা মলযা তোংলম্মী। লেপখৎলম্মী মীযামদা মখুৎ যবম্মী। নোকলম্মী। মযাম খুবাক খুনবম্মী। ধোল মখোল, ঈশৈগী খোঞ্জেলনা শম্বা লমশাং পুমনিল নিলম্মী।

ফজেদা, হে মৈতৈ নুপী, বাশি শুগ চৎখোল্লিবা, পীক্লবা চীংলৈবাক সিদগী থোক্তনা এসিযাগী লৈবাক অতৈশিংগা নংনা লপ্না তৌরবা, নংনা ওম ফিবাল ফংদুনা ঙসি নবৈবাক চীংলৈবাকসিদা অমুক হল্লক্লেদো। মৈতৈ নপীশিং মগুণ, মৈতৈ ঈগী থৌনা লিংজেল থাগৎনিংঙাই, নিংশিংঙ্ঙ ইতিহাসকী

লমায ফাক্কৎলু, অদুঙৈ লিপ্পোইঙম্বী, মোইরাং থোইবী পোকপা লমনি। ইমা পাম্মোইবীনা শায়োনবী লমনি। ঙসি মৈতৈ চনু পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা থাগৎনরিবা, ভারতকী লৈমায়দা সমুদ্রগী ইমায়গুম শন্দোখ্রে, নহাক্কী নমিং মৈতৈ চনু, মলয়া চনু, মলয়া চনু, মৈতৈ নুপী, খংদবা তাদবা উদবা লৈত্রে।

হান্নগী প্রোগ্রামশিংদু লোয়না লোংদোক্লে, এয়ারপোর্টতগী ইম্ফাল সহব ফাওবগা শগোলবন্দ লম্বী ফাওদুনা পোক্লফম লমদম, পীক্লবা খুঙ্গং, শগোলতোংবা য়ৌরে। ক্লব লম্পাক্তা মী য়াম্মা তিল্লম্মী। লৈকাইগী ইমা-ইবেনশিং, লৈশাবী অমসুং মমান্নবশিং, নহারোল লোয়না তুমিন তুমিন লৈনবম্মী। ক্লবকী লম্পাক্তা গাড়ি থাদুনা কুমথরে। মলয়া ময়াম্মু খুরম্মী। ক্লবকী সেক্রিটবিদা হংই, কৈদৌরে, তা বিরেন, মীয়ামসি ঐ উরগা তুমিন তুমিন লৈনবিসিবো!

মলয়া।

নঙসু তুমিন্না লৈ, কৈদৌরগে?

মলয়া ঙরাং অহিংদু ইনে লৈখিদ্রে।

কবি ইমাবু? (য়ুমলোমদা ওনশিল্লি।)

ঙরাং তুম্লিঙৈদা লাওরকখি। ময়াম চংশিন্দুনা য়েংবদা ইনেদো জ্ঞান যাওরমদ্রে, ডাক্তবদা পুবদসু উপায় লৈখিদ্রে, ইমা ঙরাং শিবে, মলয়া।

ইমা, ইমা, নচা লাকএ (লৈ পরেং ময়ামদু থদৎতুনা হন্দোকখ্রগা কোম্মোংলোমদা চনখিরম্মী) ফমেন্দা ফি অঙৌবনা কুপ্তুনা থল্লিবী মমাদু ফিদু চীংথোকখিদুনা ইমা! ঐ লাকএ! ইমা ইমা নঙনা তৌবিবা মতৌসি করিনো, মমাবু কোন্দুনা কপলম্মী। মাগী মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা ময়ামসু তুমিন তুমিন লৈনবম্মী, কপনবম্মী।

ইমা নুংশিবী, নচা হল্লকপা ঙাইরমগনি হায়বদায়, ঐনা মনা ফংলকপদা, ইমা নঙনা হেক হেক হরাওবদু ঙসিদি কৈদৌরে, ইমা! ঐ মনা ফংলকএ, ঐ মানা ফংলকএ। (মমাবু কোন্দুনা কপলম্মী।) ফী হাংদোকপদি ফত্তে হায়দুনা ময়াম্মা ফি কুপশিল্লম্মী। মনম্মনা ইমুংদা পুশিন্দুনা মফি হোংদোকহল্লম্মী। খুডাতোন্না ইবেম্মা! ইমাগী মরাইবক্তা ঈশ্বরনা তমখ্রবনি,

নহাক কপলগনু ইমাগী মথৌ মঙম পাংথোক্লবা তৌসি।

লৈবাক্কী অচৌ-অশাং লোযনা পুল্লে। ক্লবকী কম্মিটিনা ফমফম শিন্দুনা মযামদু ফমনরম্মী। মযামদু উপায় লৈনদ্রবনিনা তুমিন তুমিন লৈনবম্মী, মলায়া কপ্পা য়াবা কপলে, মযাম্না মথৌ মঙম পাংথোক্লবা শিননবা ফবনি হাযবদগী মাসু যাদে, মানা হাযজৈ খুডাতোন ইমাগী পোৎলোয়ফম শাবনসিগী মচিন অমদা তৌবীবো। মযামসু যানরে। মযাম থবক শিনবা হৌনবে। ব্রহ্মণ, লৈকাইগী ওজা নাম শোনবশিং ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ঈশ্বরগী সেবা হৌবম্মী। মনম্মনা অমুক্তা লাও হায়দুনা ইমুংদা কৌশিনখি অদুগা চিঠিদু পীরম্মী। চিঠি পারে, মবোলদি,

ইমাগী ইবেম্মা মলয়া,

নঙ হল্লকলে, ইমা নুংঙাইবে, নংনা লানফমদা মাই পাক্লা হল্লকপা ইমা যাম্না নুংঙাই। ইচাসিদি ৰাগনু শ্রী গোবিন্দবু তত্তনা শোঞ্জৌ, নঙগী পাবুংগী নাম শোনবা কাওগনু, ইমাবু অদুম নিংশিংঙু, নমান্নবা কযাগা লাম্থেংনবা, মপাবুংগী নাম শোল্লু , ইচা মাইথিবোই, শ্রী গোবিন্দসু খুবম্মু। নঙগী পাবুংনা নোংমা হাযবম্বা ইচাসি নোংমদি মীযাম্না শক থংবীগনি, ঙসিদি নহাক মীনা শকথং মাইখংবা হাযবদু ওইবেদো, নপাবুংগী ৰাদু চুল্লে, ইমা নঙবু ঙইবম্বনি, অদু উয়দ্রে ইমা নঙগী পাবুংগী নাক্তা চৎলবনি, ইচাগী পাও তমলুগনি। স্বর্গদগী নঙগী পাবুংগা ঐগা পুন্না ইচাগী নুংঙাইবদো যেংলগে. ইমা চৎলে, নঙ ৰাবৌনু ইমাগী মলযা"

চিঠিদুগী অতোপ্পা নাকল অমদা ইবম্মী "ইমা ইচাগী মবি মতা যাম্না লৈ, নঙগী খুড়াতোনশিং নচিন নৌপ্পাশিং লোযনা লৈবিদুদি। অদুগা নঙগী মামতোন ও.সি. চাওবদি নঙগী মাম্মনি। অদুবু মাগা ঐগা মরি তৎনখ্রে। পাজিনা ঐবু ইম্থোকখি, অদুগা মানসু ঐবু ইম্থোকখি, ঐগী ইবেমখাক্লা পোকপনি, মা কাওখি, ইমা লৈত্রবদা ঐগী ইনংগন্দা চাওবকপনি মা কাওখ্রে, মীওইবগী অচৌ-অশাং ওইরবা কান্দা অতোল অতাশিং কাওই হাযবসি চুম্মী। নঙ শাওরুনু, মীওইবগী লোনচৎনি। অদুগা মানা ঐগী মীংদা শ্রীশ্রী গোবিন্দদা লৈ মনা অমতং, চেং থোইদিং অমতং কৎচগে হাযববদি কৎচসনু, মদুনা ইমাগী ঈগী লমন শিংবা শকচবসনু, ইমাগী দেব কর্ম্ম নংনা অদুম তৌজৌ। অদুগা

নঙনা অচৌবা ওইরবা কান্দা লৈত-লাইর, অতোল-অতাশিংবুদি লুনা তৌবীয়ু। ইমাগী ইবেম্মা, ইমা চৎলে, চিঠিসি ঐনা ননম্মা অতোম্বীবু ইহনবনি অদুগা অতৈদি মঙোন্দা ৱাবী লীরম্বনি,

জয় শ্রী গোবিন্দ, অচুম্বা চৎপা ঙাকপী হৈবনা অথোইবা গুণনি, কাওগনুকো ইমাগী মলয়া।

নহাক্কী ইমা

ইচেতোন / শখিতোম্বী

চিঠিগী মরোলসি ময়ামসু লোয়না তারম্মী। মনম্মা অতোম্বীদগী ৱাবীশিংসু লোয়না তারম্মী। খল্লি ওম্ছোকপনিদা ইমা নংগী নশাগী য়েংদনা মীগীদা অসুক য়াম্না খল্লিবসিবো করিগীনো ইমা।

ঙসি অয়ুকসি ও. সি. চাওবা মাঙ্গোলদা ফমদুনা কবিগুম্বা ৱাখল অমা খনবগুম তৌরম্মী। খংহৌদনা কদোমদগীনো ডাক্তব সুরেশ লাক্লম্মী। ও.সি. লৈব্রা হায়দুনা চংলকলগা মাগা পূন্না ফম্মিন্নবম্মী। ৱাবী শাবম্মী। হকচাং কমদৌবিগে হংলম্মী।

সার খরা ফবকএদা।

ফবকঅগনি, ফবকঅগনি।

অদু ঐ ৱাফম অমত্তংদি ও.সি. সাহেবতা হায়নিংখ্রেদা।

হায়বিয়ু ডাক্তব।

নুমিৎ অদু অশোকপা মী মঙানি. ও.সি. সাহেবকী পুলিস ঙাক্তনি, ওপবেসন্দুনা অনি শিখ্রে, কনবা ঙমহৌদ্রে, ব্লদ বেঙ্কতগী ব্লদ বোটলশিং শিজিন্নবা কোন্নদ্রে। ও.সি. সাহেবনা ইকোল কোল্লি, ঈ বোটল অনিদগী হেন্না লৈত্রে, বোটল মঙাগুম্বা কাপদবনি। ও. সি. অকবা ফিভমদা লৈখি, পুকতগী নোংমৈ মক অনি লৌথোকখিবনি, ঈ পীনবা মী লৈত্রে, সিফাইশিংদুসু সেম্পল চান্নবা অমত্তা য়াওদ্রে, উপায় লৈখিদে, ও. সি. শিবা তাখি, তাঞ্জাদুদা...

ডাক্তর তাঞ্জাদুদা...!

তাবীয়ু ও. সি.।

নুপীদু ঈ পীগে হায়খি, সেম্পল য়েংলে। চান্নরে, ঈ লৌবা হৌরে। ঐ

অহানবদা খল্লি, ঈ য়োনবীনি, অসিগুম্বা ইচম চম্বা মী অমা লৈখিদবদি কায়দে, লৈবাক্কী সেবা তৌরিবা , মীনা মশক খংবা ও. সি.গী পুন্সি কনবনা ফগদ্রা খন্দুনা নুপীদুদগী ঈ কা হেন্না চংখি, ও. সি. হিংলে নুপীদুদি তপ্না তপ্না শিখিদুনা ঙসি শিরে।

ডাক্তব নুপীদু কনানো?

ঐসু মমিং মথা লৌহৌদে, কোন্না খংলকপনি, ঐনা ঈগী মমল পীবদা লৌ হায়বা যাদে, কবিগী লৌর্কান, মমানা মচাগী থৱায় কনববু, মানা মথন্তা মুকম মৃকম শোল্লি, ঐনা পবপ পবপ ঐগী ডাইবিদা ইহৌবনি সিনি।

ঐ পাবক্কে।

ডাক্তব।

চাওবা নঙনা নচেতোনবু লৈত্রে হায়না ইম্বোক্লবসু, নচেতোন্নদি ইম্বেক্কে, ঙসি নচেতোন্না নঙগী ঈ পীবম্বনি। শ্রী গোবিন্দনা কৃপা তৌবীসনু নঙ নাবা ফবা ওইয়ু। অদুগা নচেতোন্দি লৈত্রে, নচেতোনবু অমুক থিরক্লগনু, নচেতোন উবা ফংলবোই।”

‘ইচেতোন!’ (ও.সি. ফল্লম্বদগী ফুৎ হৌগৎলম্মী।)

ঙসি ইচেতোন শিবে, হিংদ্রে, ঙবাং অহিং পুবকলম্মী। উপায় লৈখিদ্রব, ঐ নোংঙাল্লকপদা খংবনি মলযাগী মমানি, মচাবু হল্লকপা ঙাইবম্বনি, ঐ যাম্ন নিংঙমহৌদ্রে ও.সি. মলযাগী মমা ইচেতোন, নহাক্কী নচেতোন ঐনা হৃৎপনি, ও. সি. গী পুন্সি কন্নবা হোৎনবদা। ও! নঙ মলযাগী মমানি হাযনা হন্না খংলম্লবদি ঈদু হেন্না চীংলমলোয। ও. সি. সাহেব ঐ চৎলে, এক্সক্যাস মী (ডাক্তর চৎখ্রে) চাওবা ফৈজোম ফৈজোম লাওদুনা মপান্দা চেম্বোকলম্মী, সিফাইশিং কোযচেন চেন্নে। ইচেতোনগী য়ুমদা লাকই। কোম্বোং য়ৌবে। চৈদু হুন্দোক্লমদুনা ইচেতোন, ঐ লাকএ ইচেতোন ঐ লাকএ, কোম্বোংলোমদগী নুপীদুনা মখুৎ শমদুনা শুমাং তান্না চংশিল্লকই। খাঙেনফমদা হিপলিবী মচেতোনবু খুরুমগে তৌবদা খংহৌদে মলয়ানা,

“ঙাইখো,” নঙ ঐগী ইমা শোকপা য়াবোই।

নঙ কনানো, নঙগী নচেতোন সিদা লৈতে, চৎখ্রো, চৎলো। নঙ

নশক খংদে।

মলয়া, ঐনিনে, নং ঐবু কাওরবা। ঐগী ইচেতোনগী মৌপ্পা কাওরবরা।

ঐগী ইমাগী মৌপ্পা লৈতে, ইচেতোনগী মৌপ্পা লৈতে। ইমা শোক্বনু, চৎথ্রো, (মাগী নুপীদা ওনশিন্দুনা) হায় নুপী নংগী নিপাসি পুখো চৎলো। মফমসি খুঙ্গংনি, সহব নত্তে, চৎখ্রো চৎলো।

মযাম ইঙক ঙক্লা যেংনবম্মী। কবি কবিনো কবি মতৌনো সিবো, মযাম মলযাবু খামলম্মী। হোম মিনিষ্টব লাকপনি। চৌক্রিদা ফম্মী, ক্বিভমদু যেংলম্মী মলাযা।

"নঙনা ইমাবু ইস্তোকপা অদুগা ইমানদি মৌপ্পানি হাযদুনা য়শাগী ঈ পীবা, ইমাসি নঙনা হাৎপনি, হঙ্গাম, কোবী চাদুনা হিংবা ইমাগী পুক্সিনা নঙনা ইমাদগী ঈ খুজোক থক্তুনা নংনা ঙসি হিংলি, অদুগা ইমানা শিবে। ঐগী শান্নবগী লুপা লিশি অহুমদং হাপ্লীয়ু হাযবদা, নঙগী নুপীনা নঙোন্দগী মুন্দুনা পীখিদে, অদুগা ঐবুসু হুবানবগী মচানি হুবানবীনি কাযনা। মনা-মশিং চাদুনা কম:দীনা বোক্সিং শান্নগনি থিনা ঙাংবা। যেংঙু ঐগী হকচাং মনা-মশিং চাবনি, ঐগী হকচাং শা-ঙা চাবা নঙ হৌজিক থিনদৎকনি নমাই নমিৎ লোইনা থুগইগে। (ফুগে তৌই মযাম খাম্মি।)

মলাযা। (কপ্পা কপ্পা)

অদুগা ইমাবুস্ন হুবানবীগী নুপীনি হাযদুনা থানাগী যুমদা লাকপা যাদে হাযদুনা চংহন্দবা, অদুগা হৌজিক্লা ইমাগী নাক্তা ইচেতোন, ইচেতোন চৎথ্রো চৎলো ইচেতোন লৈত্রে, নঙ ইচেতোন অমুক হন্না ফংলরোই (ই! ই: ইয়া মলযা কপ্পী)

"ইবেম্মা মলযা ইপা লাকই, নঙগী ব্রাবিসি ইপা খংলে। ঙসি নংগী ওকপগী প্রোগ্রাম লোযনা কেন্সেল তৌবে। ইমাগী অষ্টি লোইবগা তৌরনি। অদু নংগী ইমাগী অনাবা হংবা লাকপনি, সিনি মীওইবগী পুন্সি, অমুক চৎখিনি, অমুক লাক্কনি," মিনিষ্টরনা হায।

সার খুবম্মী।

ওসি ইংখোলগী মনা-মশিং য়োন্দুনা মচাবু শেমজবকপা ইচেতোনগী মচা মলায়া চনু এসিয়ানগী বোক্সরনা ব্রান ওইরেদো। ইংখোলদা হৌবা মনা-মশি চাবা মলয়া চনু ইরমদম মণিপুরগী ঈজৎ সনমান লোয়না কল্লেদো। মৈতে নুপী মৈতে চনু অশেংবনি নহকসে, ইমা ভাবতকী লেমজনিংঙাইহিনি।

সার।

ইমাগী মথৌ মঙম পাংথোক্লো। সে: সে: য়েংঙুসে, (এনবেলব অমা পী) নঙগী এপোইন্টমেন্ট ওডরনি। নহাক পুলিস ডির্টমেন্টতা ইন্সপেক্টব থাক্তা এপোইন্ট তৌববনি, হযেংমক জোইন্ট তৌবো।

সাব। (সলাম কোৎলি।)

অদুগা ও. সি. চাওবা নহাক্লা নহাক্কী পুলিসতা সেক্যুরিটিগী থবক চেকশিনবা ব্রাংহৌবদগী নুমিৎ অদুগী বাজাবগী ঈবাং থোকখিবনি, মেজিসত্রেত ইক্কাবিগী বিপোর্ট ফংলে। নহাক নশাসু ঙমদ্রে, নঙনা হেক পোকমিন্নবা নচেতোন, মলযাগী মমাবু কবিগী মীবাইবিবনো, নঙ থবক্তগী পোত্থাবো, নহাক ফোর্স রিতায়মেন্ট পীববনি। ওর্ডবসি রিসিপ্ত তৌ (ডি আই জি ওর্ডব) পী।

যেস সাব। (ডি আই জি ওর্ডব পি, বিসিপ্ত তৌহল্লি।)

নংবুনা ফোর্স বিতাযমেন্ট অদুগা মলয়াবুনা ইন্সপেক্টব এপোইন্টমেন্ট ঙসিমক ওর্ডবসি এফেক তৌগদবনি।

যেস সাব।

মলাযা ইন্সপেক্টবগী মমা শিবদি সবকাবনা সেলুট পীগনি, বেসপেক্ট উৎকনি, কমান্দেন্ট, সেলুট পিখি।

শুমাংদুদা মযামদু পবেং পবেং লেপলম্মী মণিপুব বাইফলগী বেন্দ পার্টিনা সেলুট পীববা মতুংদা বাইফল তবেৎখক কাপলম্মী হোম মিনিষ্টব লৈ কৎলম্মী। (লৈকৎপা লোইরগা মিনিষ্টবশিং, মীয়াম অযাম্বা হন্নখ্রে) চাওবদি লৈ কৎতনা ইচেতোন ইচেতোন কৌদুনা চৎখিবদু মাম্মা অহলনা খান্নম্মী। মলযাসু য়াবে। ইমাগী অবোইবা নুমিৎসিদা লৈ মনা অমত্তং কৎচবদুনা ইচেতোন ঈগী লমন শিংবা ওইজৌ হায়না মমানা হাযবম্বদুদা মলয়া করিসু হাযদ্রে। মাম্মা

অহলনা শিন্দুনা চাওবা অরোইবা ওইনা ইচেতোন হায়না কৌজদুনা শ্রী গোবিন্দ শোঞ্জদুনা লৈ মনা অমদি কৎচরম্মী। ভিক্ষানচিংবা হাপলম্মী। মচেতোনগী মফমদা শ্রী গোবিন্দদা খুরুমজবগা লৈ মনা কচ্চদুনা ঈগী লমন শিংলম্মী। অরোইবা ওইনা মচেতোন খুকমলগা চাওবা হন্না হন্না য়েংদুনা চৎখ্রে। ধম্মগী চৎনবী মতুং ইন্না সংস্কারসু লোইরে। তৌফম থোকপা ধম্মগী থবকসু লোইখ্রে। মলযাগী ওকপগী থৌরমসু লোইশিল্লক্লে। মলযা মমা লৈত্রবদুদা মথন্তা লৈনিংদ্রদুনা মখুড়াদা যুমদু শিন্নবল্লগা সবকাবগী শান্নবুংদা লৈখ্রে।

শান্ননা ঐগী পুন্সিনি, ইমানা তাকপীবন্না নপাবুংবু খুবম্মু, ইমাগী যাথং ইন্দুনা শান্নবা পুন্সিগী থৌদাং ওইবগে খন্দুনা শান্নবা শেম শাবা হৌখ্রে। *মলয়া, মলয়া, মৈতৈ চনু, মৈতৈ চনু। মৈতৈ চনু মলযা।*

# লাষ্ট টিকেট হাউস ফুল

সমাজসিদা শেল তানবগী লশ্বীসি যাম্না যামখ্রে, কনানা লল্লোনগনি, কনানা খূৎ-শা হৈবগী পোখোক পুথোক্কনি, কনানা থিকা তৌগনি, কনানা ওফিসকী থবক তৌগনি, লল্লোনবগী হিবমসি য়ামখ্রে। খূদম ওইনা হাযরবদা দুকান ফম্বা মীৎনা হেক উবা প্রমাননি। মী ব্রাৎতে, অবৈবা, অযোনবা তাইবংসি অচৌবা কৈথেল অমনি, খবা হৈ-শিংবদুনা শেন্দোং যাম্না ফংদুনা ইনাক-কৈবাক খুনবা হাযবদু ওই, কাববাব হৈতবা মীনা শেল্লেপ মাংদুনা লাইব-অনং ওইনবি। শেল তানবসু আইন্না যাবা য়াদবা হাযবা লৈনরি। ব্লেক মার্কেট আইন্না যাদবা শেন্দাল লশ্বীনি। অদুবু ইনাক য়াম্না থুনা খুন্নবা কাববাবনি। থিকা তৌবা আইন্না যাবা অফোংবা কাববাবনি। থবক শুদনা বিল শাদুনা পৈশা লৌথোকপা আইন্না যাদে, অদুবু থিংবা ঙমদে, মীযাম মমাংদা ফোংনা লোন্না ইখিবিনি। জ্বার শান্নদুনা শেল তানবা আইন্না যাদে। আইন্না য়াদবা পোৎ যোনবা আইন্না যাদে। হাওসি লোট্টবি আইন্না য়াদবা শেন্দাল লশ্বীনি, অদুবু আইন্না যাই, সবকাবগী পার্মিসন পীবর্বদি, হাওসি শান্নবা যাই, লোট্টরি শান্নবা যাই।

লাইবিক হৈবা নহাবোল ঙাক্তনি। হাওসি, লোট্টবি শান্নবিবা। লোট্টরি ক্লবকী নমাদা, স্পোর্টকী নমাদা লেপ্পা লৈতে হাওসি, লোট্টবি, লৈকাই লৈকাই, খুঙ্গং খুঙ্গং এ! ওন্থোক্লা যামখ্রে। ইমা মণিপুব সনা লৈবাক, নহাক্কী নতম্বাকসিদা হিংলিবা ইমাগী নচাশিং ওন্থোক্লা য়ামখ্রে। মাগী শিনফম, ব্রাখল, চাকচা, লোনচৎ অমত্তা মান্নদে। মাগী মাগী চৎনবী, হৈনবী, ঈশৈ-নোংমাই, মখল খুদিংগী লোইনা লৈ। চহিসিগী মনুংদা ওন্থোক্লা য়ামখ্রে কুম্মৈ-ফিয়োংসে য়াওশং থাবলদগী হৌবগা শজিবু চৈবাওবা, কালেন লাই

হবাওবা, ইঙাগী কাংচিংবা, কৃষ্ণ জন্ম, মেরা বাখিনবা, নিংঙোল চাক্কৌবা, দুর্গা পুজা এ' অমত্তা লেপ্পা যাদে। ধর্ম্মগী মীংদা পাংথোকপ' কুম্মৈশিং অমত্তা লেপতে। দুর্গা পুজা মনুংসিনা হাওসি লাওবা খ্বাইদগী হেল্লি। অহিং তুম্না যাদে, নেকস আই পিক ওপ ইযোব লক্কি নঃ, নেকস আই পিক অপ ইযোব লক্কি নঃ সিনি মাইকৈ খুদিং পুমনিল

ঐ নোংমতা হাওসি থ ওদে। টিকেট যোনবা লকই ঐ লৌদে। অদুগা ঐনা টিকেট ককতনা হাওসি শান্নবা যেংনিংলিবসিনা কবিগীনো? হাওসিবু শান্নববা ঐ যেংবা হেক্তা চৎলি, যেংববু হৈববদি কুম্মৈগী কুম্মৈ গুক্তনি হাযবদু চুম্মী। ঐ হাওসিগী কুম্মৈ যেংবা অদুম লেপতনা চৎলি।

ঙসি তাং ১৫ নি। ক্লবকী নহাবোলশিংনা হাওসি লাউনি হাযদুনা লাউবিবসে যাম্না কুইবে। টিকেট যোনবসু যাম্না কুইবে। টিকেট মমল লুপা ৫০০ নি। প্রাইজসু যাম্না ফজে। হাওস ফুল কাব অমা লাইনশিং পৈশা ওইনা লুপা লিশিং ২০/২০ নি। ফন্দ খোমলিবনি হায। মণিপুব পুম্বগী ওইবা হাওসিনি। ওল মণিপুব দিসএবল এসোসিযেসন কৌব সংস্থান অমগী ফন্দ খোম্বনি। দিসএবল পার্সনশিংগী যাইফনবগীদমক ফন্দ খোম্নবা তৌবা হওসিনি। যাম্ন' ফজৈ, ত'বদা নুংঙাই, নুংশিনীংঙাইনি শাইনাইনা মীওইশিংগীদমক শোইনাইদবা মীওইশিংদা ফন্দ খোমগৎপীনা মশেংবা শেংদ্রববা হাযবদুদি খঙদে, এসোসিযেসন্দা পৈশা পীবীগদৌবিবা হাযদুস খংদে। অসিনি লাইবিক হৈবা নহাবোলশিংগী শেন্দাল লম্বী, ঐনা নোংমসু তাখি মখোযগী লৈকাইদা লৈবা মোহেন্দ্র মযুম যাম্না থুনা শাগৎলি, মথোল অহুম শুবে। সবকাবগী থবক তৌবসু নত্তে, থিকা তৌবসু নত্তে, কমদৌনা মযুম শাবিবজাৎনো কদোমদগী কবম্না তানবা শেলনোনে? লৈকোইনা ঙাংনবা চুমগনি, মোহোনগী মী অহুমগী পার্টি অমা লৈ, হাওসি পার্টিনি, হান্না কাংজৈবুংদা হাওসি মঙাবক লাউবদু মখোযনি, পিপলস ক্লব হায, কদাযদা লৈবজাৎনো হাযবসু খংদে। কনামত্তা থিগৎনদে, হংনদে, নহাক্লসু হুন্দাই কম্পেনিগী ইন্দাই গাডি অহুম লাউই। মযাম্না যেংনবিসি হাওস ফুলগী হুন্দাইগী গাডিদুদনি। হাওসি অমুক লাউবদা লুপা লাক্ষ অহুম অহুম লেম্মী

হায়, মঙারক লাওরবদি লুপা লাক্ষ তরাদি হেন্না লেম্মী। কয়াদা নুংঙাইখ্রবা শেন্দাল লম্বীনো, মোহেন য়াম্না শিংই, মীয়ামগী সেবা তৌবা য়াম্না হৈ, মীযাম্নসু যাম্না নুংশি, হাওসিগী কারবারশিং নত্তনা করি করবার তৌগনি মোহেন'?

কম্মুনিটি হোলনি। মীনা কুক কুক ইন্নখ্রে। লৈশাবী মচা, মৌ নহা, মচা, নহা, অহল লোইনা শুবে। কবিনো ঙসিগী হাওসিসিবো, ইমা-ইবেলশিংসি কৈথেল অমত্ত কায়দে নুপী অহলশিংসু যাম্না যাওবা উই।

নিপা অহলশিংসুনি লাইবি লাইশু তাবসু নত্তে, নহাবোলগী ঃবকসিদা অসুক যাম্না থরায যাওবিবসিবো? মযম মযুমদা থবক অমত্তা শুনদবা মাল্লিনে। ঐনা কুমসিগী যেংখিবা হাওসিশিংদগী ঙসিগীসিন, খ্বাইদগী মী যাম্বা মাল্লি।

ক্লবকী সেক্রিটরিবি লাউবা যাম্না হৈ, লৈতোল য়াম্না শেংই, লৈশি-লৈথোনবা যাম্না হৈ, মণিপুর দিসএবল পার্সনশিংগী মবমদা ঙাঙবা ওন্থোক্লা হৈখ্রেদা, কপতুম কপনীংই। হে তাইবং মীওইবা, কবিগীনো হে ঈশ্বর, চপ মান্নবা তাইবং মীওইবসিবো, কবিগীনো অমুক মান্নহন্দ্রিবা। কনানা মনা পংই, কনানা মবোল থোক্তে।

অমনা মখোঙ শোযনা পোকই কনা অমনা মমীৎ অনী উহন্দে, কনা অমনা মখুৎ নাম্মা কোল্লি, কনা অমনা মখুৎ অনী লোংবা যাওই, কনা অমনা মঙক পৈবা যাওই। এা যেংহৈদে, হাযহৈদে, পনগনু হাযনৈ মচা মশু চুকংনি হাযনৈ। মখোযসু মীনি, মখাযগী কবিগী হক্বব মীংযেংনা যেংবীবিবনো, মখোযগীদমক ঐখোয তৌফম থোকপা ঃবা তৌবা তারনি, মযাম মখোযব তেংবাংবীয়ু, টিকেট অমমম্তং লৈবাদুনা মখোযগী মতেং পাংবীয়ু, হুন্দাই কাব অহনবসিগী মপু ওইবীখো, মসিনি মখোযনা লাউবিবা, মীযামগী পুক্লিং চংশিল্লি, মীযাম ফজনা তিল্লি, তৌবদি প্লেটফোর্ম মথক্তা দিসএবল মীওই অহুমদি উই অতৈদি থোইদোকপা উদে।

ঐ চঙশিন্দুনা চৌক্রিদা ফম্মে। লাকুবিবা মীশিংসি লুপা চামঙা পীবা টকেট লৈবগা লুপা লাক্ষ অহুম হেন্না পীবা হুন্দাই কাব অহনবসি লৌগনি সিনি। পাখংলা নৎত্রগা ময়ুম পাল্লবা খঙদে, সবকাবগী থবক তৌবসু মাল্লি,

মখোয়না ঙাঙনৈ, ঐনা তাই। ঐগী মাঙদা।

ভাই নহানগীদু হাওসফুল তাগদৌবা নম্বব অমখক্তং ব্বাৎলি। সিঙ্গল নম্বর সেভেনদু ঙাইবনি লাকখিদে।

ভাই ঐসুনিনে, পেয়ার নম্বর ১১ (এলবেন) ঙাইবনিনে।

অতোপ্পা অমনা,

ভাই ঐদি নুমিত্তো দাও যাদেদা নম্বব অহুমরোম ব্বাৎলিদা।

ভাই ঐসে ঙসিদি দাও যাগদৌবা মাল্লি, মঙদা ঙা অঙৌবা য়াম্না ফারম্মী।

অওইব্রো ভাই?

অওইবনিনে।

অদুদি হোবেলদি চাকলেন অচৌবা অমদি লৈবেদনা।

কবিনোনে মখোযনা ঙাঙনবিবসিবো। ফাওদ ফাওবদৌনা এ! মখোযসি হাওসি যাম্না তোযনা যাওবজাৎনি।

প্লেটফোর্মদুদা ক্লবকী সেক্রিটবিনা লাউবি, হৌজিক টিকেট তবামঙা খক্তং ঙাযবে। তিনবীবিবা পুকচেল চাউববা ইচিন-ইনাওশিংনা টিকেট অমমমদং লৌবীয়ু। হুন্দাই কাবগী মপু ওইবীয়ু। মণিপুব দিসএবল পার্সনশিংবু নুংশিবীয়ু। দিসএবলশিংগী যাঙফনবা লাউজবা হাওসিনি। টিকেটসি হেক লেঙবগা ঐখোয নম্পব হাওসিসি লাউজগনি। থেঙ্ক ইয়ু। সিনি মখোযগী ব্বাবোল দিসএবল পার্সনশিংগী মতেং ফন্দ, ও! নুংশিদা।

কদোমদগীনো ভাই হুমফু হুমদ্রাবোম মথক্কী ওইবা মীওই অহুম চঙলক্কম্মী। অমনা টিকেট কাউন্টবদা চঙশিনখিদুনা টিকেট মাপল, মখোয অমমম্গী অহুম/অহুম পূন্না টিকেট মাপল লৌবম্মী। মখোয ঐগী মাঙ ওইবপ্না ফম্মী। অমনা হায,

বোন্ধু টিকেট অহুম/অহুম নিসে, নম্ববসু সেরিযেলনি।

ঙসিদি দাও য়েংথোকসি।

বোন্ধু যেংবা তাবনি।

বোন্ধু সি ঙাযদা, ঙবাং বিল লুপা লাক্ষ তরা ফংববু খরসু মীঙোন্দা

পীথোকপা তাবনি।

বোক্সু মখোযগীসি মণিপুর দিসএবল পার্সন এসোসিযেসন থাইনে. দিসএবল পার্সনশিংগী ফন্দ খোম্বগী ওইবমাল্লে।

বোক্সু মান্নি, আদা অসোমদা মখোঙ তেকপা, মখুং তেকপবা কবিনো মী অনি অহুমদি উইনে।

বোক্সু, লৈবাক চাউই, মমীং তাঙবা, মখোঙ তেকপা, মনা তাদবা য়াম্না লৈবজাৎনি। মখোযগী যাইফনবা খোম্মীবা ফন্দনি।

অদুগা বোক্সু, ময়ামসিদগী খোমগৎলিবা ফন্দদু, মখোয়গী ওইবিব্রা, মখোয়দা পীব্রা পীদবরা অদুদি খঙবা জাৎ নত্তেদা।

বোক্সু, মৈতৈ মচাশিংসে যাম্না হৈনরবনি, ক্লবকী মিংদা শান্ন-খোৎনবগী নমাদা নহাবোলশিং পৈশা যাম্না পাযনবে। ক্লব যাওবা, শান্নবা যাওবা, লোট্টরি তৌবা পৈশা যাম্না থুনা পায়নে কৈনো।

বোক্সু নখোয ঐখোযনা থিকা তৌবদি ফনদি কুইবে, ইহাই হাইগৎপা যাদেনা কৈনো, হন্দক্কী অকাশ বিলসিদি কান্নহায বোক্সু।

অসুম্না অনী অহুমদং বিল শাবা ঙল্লবদি, থিকা তৌদ্রবসু নুংঙাযনা যুমদা ফমদুনা লৈথোকপা যাবে বোক্সু।

বোক্সু!

ও! ঐনা খল্লি,মখোযনা ব্লাবী শাবিবসি চুম্মী। ক্লবকী কাঙবুসিনা দিসএবলশিংগীনি হাযদুনা খোমলিবা পৈশাশিংসে মখোয়দা পীগদ্রা পীরোইদ্র থঙদে। মখোয়গী ওইবসু যাই। অদুগা থিকাদাবশিংদসু থবক্তি শুদনা বিল লৌথোকপা, ইস অঙাকপনিহে।

হৌজিক টিকেট মঙাখল্লুং ঙাযবে। পুকচেল চাউরবা চাউনবী হাঁচিন-ইনাওশিংনা দিসএবলশিংগী যেংবীদুনা টিকেট মঙাসদং লৌখিসা। টিকেটসি লোইবগা ঐখোয় শুংশোয শোযদনা বম্পর হাওসি শান্নজবগী। সেক্রিটরিনা লাওই।

হাওসি হৌরনি, হাওসি হৌবনি, নুংথিলগী পুং ২ তাগদৌরে। কবিনো পুং ২ দা হাওসি লাউনি হাযরগা হৌজিক ফাওবা লাউদ্রিববা হাযদুনা

নহাবোল খরনা লাউশিল্লক্লম্মী। কবিগীনো? নখোয ঘড়ি শিদ্রা য়েংঙু পুং কযা তাবগে হাযদুনা।

অশেংবদি নুংথিলগী পুং ২ চপ চানা লাউবা হৌনি হাযদুনা লাউথিবনি। সেড্রাল টাইম হাযবদি পুং ২ হাযবনি। অদুবু কৈদৌকনি, হাওসিসিদা নত্তে, অচৌ অচৌবা মীটিং, কনফরেন্স, মতম চানা হৌনদে। পুং সমা হাযবগা অনী। নৎত্রগা অহুমদা হৌগালে, পুং মরি হাযবগা মঙা ওফকে হৌগল্লি। মাসবু মৈতৈ পুং কৌই।

কদোমদগীনো মৌনহা অনীখক পবপ পবপ চঙলম্মী। ক্লবকী সেক্রিটবিদু খঙনবোই লাকপোই তৌই, মৌ অনীদু অঙাং মাদ্দে, যামদ্রবদা মচানুপা/নুপী লৈশাবী মচা, পাখং মচা ফারমগদবা মাল্লি। প্লেটফোর্ম মযাইদুদা মীযামকাদু থোযনা যেংবাদে, মীযামদুগী মমাঙদা কবিগুম্বা ঈকাইবা অমত্তা লৈতবা মাল্লি, ফুবিৎ মচা অমা লীৎ, খুদবা, ইনফিবা কবিনো মঙকশমদা যেৎশিল্লি, ভুংদা খবা মাঙদা খবা নাকল নাকলদ থাদৈ প্লেটফোর্মদা চঙশিল্লি।

ইবুংঙো টিকেট লৌবিরা?

লৌবি হচে।

কযা লৌবগে?

মঙা লৈবি।

অদদি মঙা লৌর্দদি খবা ফনক তাইসে, ঐখোযনিনা অনী/অনী পাযবা, লুপা ৫০০/৫০০ টিকেট মবিগী লুপা লিশিং অনি, এা যাম্না যম্মপোৎ নত্তেসে, ইবেযাইমা টিকেট মবিনি লৌশিল্লসি। মখোযনী ঙাঙনৈ।

টিকেট মবি লৌই লুপা লিশিং অনী পীশিল্লি।

ইবুংঙো টিকেট সেবিয়েল থুগাযবক্কনুকো।

টিকেট পীবকই, লৌই, মখোযনিদো ফমফম কোযথি থি, নুপী মযামগী মবক্তসু ফমদে। এগী মনীংদা চৌক্রি অনিখক থাই, মদুদ ফম্মী। মখোযনানা ঙাঙনবদু ঐ তাই।

ইবেযাইমা গুসিগী পোৎতু ওম্ব্রোক্লা যোনবা নুংঙাইখ্রেদা।

নুংঙাই বিনো।

নঙ পৈশাদু হায়ফেৎতি থিব্রা? কযাদি ওইবমগদৌবা মাল্লি।

পুন্না লুপা লাক্ষ অনিবোমদি তাবমগনি। ঐগী লেগসিদা যাওবিসিনি।

অদু পোত্তুবু মশিং শুবমগদ্রা?

হো মশিংদি শুপোত্তে, অল্লদো এস পি কুনমা পেকেট শাইদনা।

শাইনে।

অদুগা পেকেট ৫০ ওইগদৌবা, পেকেট ৪০ নি. পুলিস লাকপদুদা ঐনা শুরবনিসে হায়দুনা পুল্লপ হেক্তা মাগী বোক্সতুদা হৈথরম্বনিনে।

হৈহে, ইবেম্মা নঙসিদি।

শুগেরা শুরোইরা ঐখোযগীদি শুনবা পীবল্লে, কোন্না কোন্নগী রানা অমনি।

অদুগা ইবানিগী শেম্দোংদি কযাদি ওইবমগনি। মতাজোনগী লুপা লাক্ষ অমা পীখ্রো। ইবানীগী লুপা লাক্ষ অমদি লৈরে কৈনো।

যাবে ইবেম্মা, নুমিৎ মঙানিসিদা লুপা লাক্ষ তাল্লবাদ ঐখোযানি য়াবে, অদো হন্দক্তি হাপ্তামুক্তি লেপখিসি ইংখোলগী মনা-মশিং শিংং থাখিগে।

ঐ খুনি ইবেম্মা।

টিকেটসিনা নঙ ককচরো. ঐ ঙবাং অহীং তুমদে ঙাইহাক্তং উইখিগে।"

নুপী অমদুনা নুপী অমদুদা টিকেট পী।

ও' ঐ খঙলে, নুপী অনিদি মোরে কাবহান তৌবনি। ড্রগ লল্লোনবনি. পুলিস কিবদগী মীযাম মবকসিদা চঙশিল্লগা শোংলবনি। ঐখোয় মখোয়নীসি পুলিস তাক্লুসিবা। হুম তাকপা যাদে। মখোয়নীসিরো হুবানবীসিং ব্লেক মারকেটররা নৎত্রগা কবি. অমবু ওইরো, অমবু ওইবো পুম্নমক চপ মান্নে, থবক শুদনা বীল শাদুনা কায়বিবা মসিদি আইন্না যাবা মীবা নত্তদি হুরানবা নৎত্রবরা অদুগা কবি দিসএবল এসোসিযেসন্দা হাওসি লাউবিবা নখোয়দি আইন্না য়াবা মীরা, অশেংবরা. শেংদবরা অমত্তা খঙবা ঙম্মা বদ্রে।

সনা শাবা মহাজোনশিং সনা লেপ্পদসু সনা শাবিবা মীদুদা মানা লেপচরকপা মমলদগী হেন্না অমুকসু লৌশিল্লি, অদুদগী সনাদু শাবা লোইবগা অকুম্বসু হন্থনা পীবা, অদুবু সনা শাব অমওবু হুবানবনি হায়না থানানা ফাবগী পাউদি লৈতে। নুপী অনিদুনা পীবম্বা টেল্লেট যোনবা দুকান্দা যাম্লা তোযনা দ্রগ টেল্লোট লৌবমগনি, যোল্লমগনি, শেন্দাং য় ম্লা ৩ল্লমগনি, অদুন কনানা মাগী যামখ্রবা ফাবমাসি তুকান্দগী চিদাকশিংদুদ শেংক শেংদে ঙাইনা যাবা হীদাক যেল্লি যোন্দে থিগৎপীগনি, হীদাক্কা লোযননা দ্রগকী হীদাকসু অসুম যোল্লি। ঐনা খল্লি।

লাষ্ট টিকেট অমখক্তা ডাযবে। মসি হেক যোনবগা হাওসি লাউবা হৌজবগে, পুকচেল চাউববা জেন্টলমেন অমত্তং চঙবীবক্তুনা লাষ্টসিমত্তং লৌবীযু।” সেক্রেটবিনা লাউই।

কনাসু চঙলক্লে। মদুগী মহুত্তা হাওসি লাউবো, হাওসি লাউবো পুং অনী হাযবদগী হৌজিক পুং ৪ ডাবে। হৌবো হৌবো মযাম লাউশিন্নবম্মী হৌজিক থুনা লাউদ্রবদি ঐখোয নুংনা থাজিল্লক্লনি অঙাওবা নহা মবি/মঙা মযামগী মমাঙদা থোক্লক্তুনা ক্লবকী কাঙবুদা লাউশিল্লম্মী।

ক্লব সেক্রেটবি যাম্না হৈ শিংই, মীযামদু মানা নীংথিনা কন্ট্রোল তৌই। লাউবকই,

এটেন্সন প্লিজ! হৌজিক মীযাম্না তাকপীবা মতুং ইন্না হাওসি লাউবা হৌজবগে, বোর্ড টেবলদা থাঙ্গৎচবে। মক শেমজবে, মতম কুইনা হোৎনজদুনা মণিপুর দিসএবল পার্সন এসাসিযেসনগী পাঙথোকর্চাববা হাওসি অসিদা লেঙবীবক্লিবা হাচনা ইনাওশিং, অহল লমনশিং ডাস দিসএবল পার্সনশিংবু নুংশিবীদুনা 'টিকেট লৌবাদুনা। দিসএবলশিংবু মতেং পাংবীনগীদমক মণিপুর দিসএবল পার্সন এসোসিযেসনগী মাযকৈদগী হন্না হন্না থাগৎচাব। হৌজিক লাউবা হৌনবা শেম শাজবে। লোযন-লোযননা ঙসিগী হাওসিগী লাষ্ট টিকেট অমখক্তং লৌবীযু। মসিবু অমুক্তং লৌবীযু। লাষ্ট টিকেট, লাষ্ট টিকেট হন্না লাউই, কনাসু লৌনদ্রে, মীযাম্না খল্লিবদি হাওসিগী টিকেট অশেংবদি হান্না থাখ্রর্লশিংদুনি, হৌজিক থাবিবা টিকেটশিংসিদি

শেংদবনি শাশিন্নবনি।

লাষ্ট টিকেট লাষ্ট টিকেট হন্না হন্না লাউই। কদোমদগীনো খঙদেনে। কালু মাগী চৈসু অদুনা কাক কাক শুরদুনা প্লেটফোর্ম ময়াদুদা চঙখিবন্মী। জয গোবিন্দ (গোবিন্দ শোল্লি) লাষ্ট টিকেটতু ঐঙোন্দা পীরো, সে লুপা ৫০০/-পী। সেক্রেটরিনা লৌই, রিসিপ্ত করুই, করি মিংনো হংলকই।

কালু, কালু গোবিন্দ?

কবিনোনে, কালু, কালু গোবিন্দসু অনীমক করম্বা চুমদৌরিবনো?

অনীমক চুম্বনি, কালু গোবিন্দ ইবীয়ু, অদুগা ঐগী মীংদি টিকেটসু থাবীয়ু। হোয় হোয়। সেক্রেটবিনা মানা পাম্বদুনা তৌবীরে। কালু টিকেট লৌই, মীয়ামগী মমাংদা মচিন্না চুপ্পী টিকেট মীযামগী মমাংদা ফ্রর ফ্রর হায়দুনা লাষ্ট টিকেট কালুনালৌরে লাষ্ট টিকত কালু গোবিন্দনা লৌবে। মীযামগী মমাংদা টিকেটসু পাযবগা মখুৎ হাযবকই। চংখিবন্মী কদোমদা চংখিবনো খংদে।

ঙসাই হাওসি হৌদে হাযদুনা নিল খোংলম্বা মীযামদু তুমিন তুমিন লেনবন্মী অসুক য়ামখ্রবা মীযামদুগী মীৎ মযামদু কালুদা লোইনা য়েংলন্মী। কালুবু খংবা মীশিংনা কালু, কালু, হল্লো হুইশেলবু খোংজিন্নবগা। ও! পুন্নাং লাঙলন্মী। অহলশিংদুগী মবক্তা কোনুং গোবিন্দ তোযনা খুবম্বসু য়াওবন্মী। কালু খংলদুনা কৌবকই।

কাল্লু।

খুডা ইবুংঙো (কুমথবক্লবা খুবন্মী)। শোল্লি জয শ্রী গোবিন্দ।

নংবু কমদৌনা?

খুডা ইবুংঙো গোবিন্দ সেবা ঙইহাক ঙনবসিদা।

হায়, ফৈ, ফৈ।

খুডা ইবুংঙো নহারোলগী থবকসিদা ইথা থজদেনা?

কালু মীঙোন্দা হাযদোকলুনু দাও যেংগে ইবো।

অসুম্না অহল অহুম মরিদো নোক্লগা মাগী মাগী ফমফমদা ফল্লন্মী। ঐসু অঙকপনি নহাবোলগী কুম্মৈনি, জার মখল অমনি, অদুগা মচা-মশু

লৈরবা অহলশিংসিনা হাওসিসিদা করিগীনো? ও! তৌবদি ঙার শান্নবা, কুম্মৈ য়েংবা লম্বী চৎপা কৈথেলদা কোইবা, চহীগী খেন্নবা লৈতে, চহী বার লৈতে। নহা অহল লোইনমক চপ মান্নে।

ঙসি ঙসাইদগী সুম য়েংবনি। হোলসিগী সেট ময়াসিদা মখোয় নহা অহুম/মরিদি য়াম্না চীং লেম্না, জ্ঞান তানা ফম্মী। মফি মরোলসু য়াম্না নাল্লি, লাইবক য়াম্না হৈবা সরকারগী থবক অতৌবা তৌবা মাল্লি। মখোয় মরি পুল্লপ ফম্মী মখোযদুগী মনুংদা অমদি টিকেট পাই। মমীৎ মনা কোয়রে লৈদুনা অদুম য়েংদুনা লৈ. ময়ামগা ইমান মান্নদ্রে। ময়ামদি চুম্না হাওসি লাওফম অদোমদা য়েংই।

কালু লৈজোম মনতক তৌবা খুরুউ ফাওবা তাখৎতুনা শেৎলি, ফুবিৎ পুময়াৎ হাপ, মন্তক তৌবা অমা লীৎলি, ফি অঙাংবা অমা মঙকশমদা য়েংশিল্ল, মশম মাঙদগী তুংলোমদা গাইগৎতুনা হাৎলি, চন্দোল থিল্লি, সিন্দুব নম্মী।

এসু কালুসি মশক খঙই। ইম্ফাল লৈকাইদগীনি। মহাক মেত্রিক পাস তৌববনি। মতম অমদা মণিপুর ষ্টেং বোড ট্রান্সপোর্ট কোরপোরেসনগী বস কন্দক্টব ওইরম্মী। মহাক দিসফিগর ওইবমদে, মখোঙ শোক্লমদে। নোংমা গুৱাহাতি চেনবা বস অমা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মখোঙ শোকখিবনি, শিবমক্তি শিরৌদে। মখোঙ নাম্মা ককখ্রে; হৌজিক দিসএবল পার্সন হাযবদু ওইরে। ভকেন্দা কইনা লৈকববা মতমদা মথুমদা চল্লক্লগা ময়ুম ইংখোল যোম্থোক্লগা কোনুংদা শ্রী গোবিন্দগী সেবা তৌদুনা লৈখ্রবনি। শ্রী গোবিন্দ খুরুম্বা ভক্তশিংনা কালু খঙদবা লৈতে। লৈকাই মীয়াম্না কালু কালু কৌরম্বদগী কালু গোবিন্দ হায়না খঙনখ্রবনি, যামদ্রবা মশাগী চহী ৫০ দি শুবম্বা য়ারে।

হৌজিক ময়ামগী মফমদা অবোইবা ওইনা হায়জরি, মীয়ামগী মাঙসিদা লাষ্ট টিকেট পুকচেল চাউববা ঐখোয়গী ইয়াম্বা কালু গোবিন্দনা লৌবীখিদুনা ঙসি হাওসিগী টিকেট লোইরে। লাষ্ট টিকেটসিদি মিং থাবীয়ু হায়দুনা তাকপীবদগী লাষ্ট টিকেট কালু গোবিন্দ হায়না মীয়ামদা লাউথোকচরি, লোযন-লোয়ননা ঙসি অসিগুম্বা দিসএবল এসোসিয়েসনগী

হাওসি অসিবু মপুং ফাহনবীবিবা ইচিন ইনাওশিং অহল লমনশিং অমসুং লাষ্ট টিকেট ককপীবা তামো কালু গোবিন্দবুনচিংবা হন্না হন্না থাগৎচবগা লোযননা টিকেটতা মায় ওনসিনবিবো হাওসি লাউবা হৌজবগে।

নেক্স আই পিক অপ ইযোব লক্কি নম্বব, নেক্স আই পিক অপ ইযোব লক্কি নম্বব। লাওবা হৌবম্মী।

যাম্না শেংনা লাউই, ক্লবকী সেক্রিটবিসি ওম্বোক্লা হৈগ্রেদা, কদাযদা ট্রেনিং চৎলুবনোনে, লিটল নম্বব ২ ৫েকি ষ্টিক নম্বব ৭ লেদি ফেট নম্বব ৮ লাবজেষ্ট সিঙ্গল নম্বব ৯ লাইন নম্বব ১ উলত্রা পুত্তা নম্বব ৬-৯ অসিনচিংবা এ! তাবা ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রে, যেংববু হৈববদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তা তাববু হৈববদি ঈশৈগী ঈশৈ ঙাক্তা অসিনি ঐনা খল্লিবনি ৱাখলসিগী মহাওসিদনা ঐনা হাওসি লাউফম খুদিংগী কোযনা চৎলিবা।

মথং মথং সুম লাউখিবসিনা প্রাইজ ফনা যাম্না চৎখ্রে, অবোইবগী হাউস ফুলগী মনা হুন্দাই কাবসিদা ঙাযবে। মযাম লাঙলম্বদু তুমিন তুমিন মাগী মাগী টিকেট পাযদুনা লৈনৈ। ঙসাইগী মাংগী অহলশিংদি তুমিন তুমিন ফম্মী, ৱা লাল কযা ঙাঙনদে, অদুগা নহাশিংদুদি ভাই অনীখক্তা ঙাযবে, হাউস ফুল তাগদবা এ! ভাই লাঙগুমসি লাঙগুমসি যাম্না চেকশিন্না লাউবা তাবম্মী। অদুগা ঐনা তুং হন্না যেংথোকলুবদদি নুপী অনীদুদি যাম্না কন্না চৌক্রিদুদা উইদুনা লৈবম্মী।

নেক্স আই পিক অপ ইযোব হাউস ফুল নম্বব ৫ নেক্স আই পিক অপ ইযোব হাউস ফুল হাওস ফুলগী নম্বব লৌখৎতুনা লাউবা হৌবম্মী। মী পুম্নমক উন ৱাই মুক চীক্লম্মী। নহা খবদি লাউবম্মী, মখোযনা পাম্বা নম্ববদু, মযামসি কনা ফাওবা কনাদা ফাওবা, গাড়ীসিগী মপু কনানা ওইৎবগবা, মসিনি হৌজিক মযাম্না মাগী মাগী থম্মোযদা খন্নবিবা।

হাউস ফুলগী মতম যৌবক্লমাল্লে। নহাবোলশিং ফম্বা যাদ্রে। নেক্স আই পিক অপ হেক লাউবগা মানা অপাম্বা নম্ববদু লাউনবম্মী। ইকোন কোনবসিদি কালু ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী। কবিগীনো খঙদে নেক্স আই পিক অপ ইয়োব হাউস ফুল নম্বব হেক লাউবগা কালুনা লেপখত্তুনা সিঙ্গল নম্বব

নাইন, সিঙ্গল নম্বর নাইন য়েস সিঙ্গল নম্বর নাইন হেক লাউবগা হাউস ফুল হাউস ফুল কালু মাগী চৈদু হুন্দোক্লমলগা প্লেটফোর্মদা কাখৎতুনা মখোঙ নাম্মতা লেপ্লগা জগোই শারম্মী। অমুকসু ঙসাইগী দিসএবল ফল্লিবশিংদুগা পূল্লপ জগোই শারম্মী। মীয়াম পুমলাং লাওনরম্মী। লাউ-খোংলম্মী।

হাউস ফুলগী ক্লেমসি কালুনা তৌরে। মসি চুম্রা অমুক্তা য়েংখিগে, অদুগা মযাম কাযবীখিনু হাওসি অসি হেক লোইবগা ময়াগী কুম্মে থমজবি, বোক্সিং, ঈশৈ, জগোই দিসএবলশিংনা উৎপীগনি, মযাম মীৎয়েং তাবীয়ু।

কালুগী টিকেট অদু ফেন্দ করেক হায়দুনা লাউথোক্লে, কালুবু মানা অসি ক্লবকী প্রসিদেন্টতগী লৌবীনবা নিংশিংজরি, মথক্তা কাখৎপীবক্লো তা কালু, কালু গোবিন্দ অনিরক কৌরম্মী।

কালু মথক্তা কাখৎলম্মী, মাগী চৈশু কারদুগী মমায়দুদা কাক লাউনা য়ৈরম্মী। ময়াম ইঙক ঙকই, মিংশেল কায়রমগনি অদুগা অমুক মরায়বক কত্তুনা খুরম্মী। মাগী মতৌদুনা ময়াম তুমিন তুমিন লৈদুনা মানা প্রাইজ লৌবা য়েংলম্মী।

কালুনা মথক্তা সেক্রেটরিদুনা করিনো করিনো খরা হায়বা মাল্লি, মখুত্তা কলমসু পায, ইবসু মাল্লি সেক্রেটরিনা কালুগী মিং কৌবা লোয়ননা ঙসাই মযাইদা দিসএবল মী মরিদসু কৌথোক্লম্মী। অমনা জোন, মমীৎ নাম্মা উদে, অমনা তোম্বী মখোঙ নাম্মা যাওদে, অমনা থোয়বা মখুৎ নাম্মা পান্দে, অমনা লৈশাবী মনা অনী পানদ্রে। মরিমক পরেং শাংনা লেপ্পী কালুনা মখোয়গী নাকন্দা লেপ্পী কালুগী মিং কৌবগা মাঙদা চঙশিল্লম্মী। প্রসিদেন্টনা কারগী শো শিন্নরম্মী। ময়াম খুবাক খুনরম্মী। হুইশেল খোংজিন্নরম্মী। তাঞ্জাসি সেক্রেটবিদুদা কালুনা মাইক্রফোন পায়দুনা ময়াম পুম্নমক ৱাফম অমত্তা হায়বদা ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনবম্মী।

ঐ ময়ামদা করিগুম্বা অমতা হায়জগে।

হায়য়ু হায়য়ু করিনো!

জয় শ্রী গোবিন্দ ঙসি ক্লবকী ইচিন ইনাওশিন শীনবীদুনা পাঙথোকপীবিবা হাওসিসি মণিপুব দিসএবল পার্সন ৱেলফিয়ারগীদমক্লি।

মযাম্না দিসএবল পার্সনশিংবু নুংশিবীদুনা হাওসিগী টিকেট অমমম লৌবীদুনা ফন্দ হাপ্পীবা যাম্না নুংঙাইজে, তাইবংপানসিদা ঐখোয মযামসি ঈশ্বরনা চপ মান্ননা শেম্বীবকপসিদা খেৎনবা খবা লৈববসু দিসএবলগী মীওইশিংবু নুংশিবীযু, সমাজদা চম মান্ননা লৈনবগীদমক মখোযদা মীনংশি থম্বীযু। অসিগুম্বা দিসএবল মীওইশিংগীদমক কালু গোবিন্দগী লাষ্ট টিকেট হাওস ফুলগী মনা শুন্দাই কার্বসি দিসএবল এসাসিযেসনদা দান তৌজবে, কৎথোকচবে, জয শ্রী গোবীন্দ ঐ গাডিগী শো শিন্নজবে। হন্না হন্না লাউবম্মী।

মযাম ইঙক ঙক্লবম্মী। লুপা ৫০০/- না লুপা লাক্ষ অহুম হেনবা কাবসি লৌনি হাযদুনা আশা চাউনা চাউনা লাক্লবনি। আশা কাযনবে। মদু পুম্নমক লোইনা শোযনবে। অদুগা মখোঙ নাম্মা যাওদবা কালুনা লাষ্ট টিকেটকী হাউস ফুল লেম্না দিসএবল এসোসিযেসনদা কৎথোক্লম্মী। শো শিন্নবম্মগা মাগী চৈদুনা মযামগী মাঙদা চৈ ফ্রব ফ্রব হাইদুনা চৈশুদুনা মযামবু অমুক হন্না যেংলমদনা  কাক কাক লাউনা শুদুনা চৎখিবম্মী।

পুলিস টিম অমা লাকই, সিটিগী ও. সি. নি কালুবু উবদা হায,

কালু নঙদি কৈদৌবম্মীনো?

জয শ্রী গোবিন্দ। (খুবম্মী) সাব ননাই ঐ গোবিন্দগী সেবা ঙাইহাক ঙনবসিদা হাওসি অমত্তং। পুলিসনা লাকপদা ঐ ইঙক ঙক্লম্মী। পুলিস লাকপগী মবম হংনবম্মী। নুপী অনীখক থিবকপনি হায। ঐনা তুং হন্না যেংলুবদা নুপী অনীদু লৈবমদ্রে। মখোযদি হান্না চেনখ্রে, পুলিসনা তান্নবকপনি। মাঙদা ফম্বা থিকাদাবশিংদুসু লৈবমদ্রে, ঙসাইগী মশা যাম্না নানবা নহাশিংদুসু লৈবমদ্রে। মপালদগী থিকা অহুমদো মথৱাই যাম্না নুংঙাইতনা পুলিসকী মনাক্তা চঙলম্মী।

সাব ঐখোযগী গাডি লৈবমদবে।

কবি গাডি।

ঙবাং বিল ফংবদা লৈজবনি, ইওন নি, লুপা লাক্ষ অহুম মখায পীবনি। নম্বরনা লৌদ্রি ঙবাংখত্তা লৌবনি। সেক্রেটবিনা মাইকতা লাউথোকলম্মী।

পুলিসনা মশা য়াম্না নানবা নহা মবি লাক্লম্ববা? হংই।

অমতা খুমদে, খঙদে লোইনা হায।

ঐদি খংই, মখোযবু খঙই, অদুবু ঐ খঙই হায়কবা য়াদে, ও, মখোয় গাডি হুবানবা মীওইশিংনি, থিকাদাবসিনা অকাস বিল লৌদুনা লৈবিবা ইওন কাব অহনবদু মপুনা লৌগ্রে, থিকাদাব নখোয অশেংবা মপু নত্তে।

পোৎ খুদিংমক অশেংবা মপু লৈগনি, গাড়ি লৌখিবদুনা অশেংবা মপুনি, হাওসিগী কাবদুগী মপুনা মযামদা অমত্তা যাওদে, লাষ্ট টিকেট পায়বা কালুসু নত্তে, মানা দিসএবলশিংদা কৎথোকলম্বনি। ঙসিগী হাওসি দিসএবলশিংগীনি দিসএবলশিংনা হাউস ফুল কাবদুগীসু মপুনি মপু মপুনা মাগী মাগী মপোৎ পুনখ্রে, অঙকপনি ঙসিগী হাওসিগী লাষ্ট টিকেটকী হাউস ফুল হুন্দাই কাব।

হাওসি লোইবে, লাষ্ট টিকেত্তা হাওস ফুল মীয়াম কাযনখ্রে, মীয়ামগী মাংদুদা কালু মাগী চৈশু শুদুনা মীযামগী মাঙ থাদুনা চেল্লি, শ্রী গোবিন্দ সেবা থেঙখ্রে। ঐসু মীযামদু য়েংদুনা যুমদা হল্লে।

# নোংদম্বগী নোংদম

নুংথিলনি, নুমিদাংৱাইরম হায়বদুদি ওইদ্রি। গোবিন্দগী মন্দিবসিদা অহল-লমন, নুপী অহলশিং, করিগুম্বদা মৌ নহাশিং, লৈশাবীশিং ফাওবা লাই খুরম্নবা লাক্লে। তৌবদি শ্রী শ্রী গোবিন্দগী মন্দিরসি অয়ুক হায়বা লৈতে, নুমিদাংৱাইরম হায়বা লৈতে, অদুম নোংমগী মীশিং তত্তনা লাই খুরুম্বা লেপতে। শ্রী শ্রী গোবিন্দগী ভক্তশিং মশিং থীবা লোইবা নত্তে, থিবু থিহৈদে হায়নৈ, লাকপা, চৎখিবা লোইবা নাইবা নত্তে।

শ্রী শ্রী গোবিন্দগী অচৌবা মান্দোপনি। ফজখ্রে, নীংথিখ্রে, চাউখ্রে, য়েংবগী পেনবা নাইদে। শ্রী শ্রী গোবিন্দগী সেবা লেপ্পা লৈতে, মান্দোপসিদা অহল-লমনশিং ফকশাং থাদুনা অৱা পোত্থানৈ, গোবিন্দ খুরম্লে, চাউখ্রবা মান্দোপসি নুংতিগী ভক্ত চা কযানা নুংতিগী ফমদুনা অৱা পোত্থানরি। মান্দোপ ময়াইদা বাস লীলা শান্নফমসু লৈ, হায়নৈ মেরাগী পূর্ণিমাদা মান্দোপসিদা বাস লীলা কৎলি হায়না, লাইগী নুমিৎশিং কুপ্পে মখল কয়ানি, চহিগী রথ যাত্রা নুমিৎ অদুদি কনাগী নুপা পালা, নুপী পালা, মাগী মাগী গ্রুপ গ্রুপ মান্দোপসি পীক থল্লি। ভক্তশিংনা ক্রিক ক্রিক ইন্নে।

পুং, কোরতান, মোইবুং মখোলনা পুমনিল নিল্লি। অঙকপনি হে ভগবান নঙগী লীলা, নঙগী শায়োন শ্রী শ্রী গোবিন্দসি শ্রী কৃষ্ণনি, কৃষ্ণসি শ্রী শ্রী গোবিন্দনি হায়না অহল-লমনশিংনা হায়নৈ।

হপ্তা অমগী মনুংসিদা নোংমা নৎত্রগা নীনিদি ঐ কোনুংসিদা লাকই। নুমিদাংৱাইরমগী মতমসিদা ঐ আরতি কৎপা য়াওজে, গোবিন্দগী শরিক খিংজে, ওফিসতা থবক ৱানা ৱানা ৱানা শুরুবদু ঐ ঙাইহাক গোবিন্দবু খুরুমজদুনা পোত্থাজে। লাই খুরুমদ্রিঙৈদা মান্দোপকী মমাংথংবা অৱাংবা

ফমফমসিদা হেক হেক ফম্মী। মান্দোপ ময়াইদা অহল-লমনশিংগী মমাংদা ফম্বসু ইকাই। ঐ ইথন্ত ফম্বসি নুংঙাইতদুনা তাদা অমগা হেক হেক ফম্মীন্নে। তাদদু ঐঙোন্দগী চহি ফন য়াম্না হনবজাৎনি, লাইরিক হায়বগী শিনফম তৌই হায়। মশক মতৌ য়াম্না ফজে, চীং লেম্মী, ব্রাং-চাওই, যাম্না ইং তপ্পী। ব্রাসু য়াম্না ঙাংদে, মরক মরক্তা ফাগীসু খবা খবা তৌই, তাবদা য়াম্না নুংঙাই, ঐনা ঙক্লিবদি মানা ঙাংবদা যাম্না নুংঙাইনসিনি, যা[illegible] লংই, মীৎসু ওম্থোক্লা নুংশিখ্রে। ঙাংবদা ওম্থোক্লা বাসি লৈখ্রে। শ্রী গোবিন্দা খুরুম্বদা মাগা উন্নহৌদ্রবা, ব্রাবী ব্রাতাই অমা শাহৌদ্রবদি ঐ পুক্লিংসি লৈতাদবগুম তৌই। ব্রাখলসি ইনুং নুংঙাইতে, পুক্লিংসি ইবাং লাংবগুম তৌই, নুপীসু নত্তে, করিগীনো ঐ খঙদে। ঙরাংসু নহানসু উন্নদে, ঙসিসু উন্নবোইদৌবা জাৎলনে, করি লমদগীনো, মমিংনা কবি কৌই হাযবসু খঙদে, শুম গোবিন্দগী মন্দিবসিদা উন্নবনি, ফম্মীন্নবনি, ব্রাবী শান্নমীন্নবনি।

উন্ননিংখ্রেদা, ঐ পুক্লিংদা ব্রাখল মওল মওল খন্দুনা লৈবম্মী। ঐদি গোবিন্দদা মায ওন্দুনা ফম্বনি, কদোমদগীনো খঙহৌদে, তাদসে লাকএ, "জয শ্রী গোবিন্দ।"(ঐগী নাক্তা হেক ফমই, কোইবকই।)

"কযাম কুইবে ইনাও ইবুংঙো।"

"কুইদ্রি তাদা।" ঐনা তহা তহা খুম্মী।

"ইনাও ইবুংঙো থবকসিনা কবিনো, পংচিন্দা চিল্লি।"

"তাদা।"

"ইনাও ইবুংঙো, ঐ গোবিন্দ খুরুম্বা লাক্তবসি ঙসিগা নুমিৎ মঙানি শুবে। ব্রাখলসি যাম্না নুংঙাইতে, নঙসু উন্নদবদুদা ঙসিদি হেক লাক্লবনি।"

"তাদা, ঐসু..."

"ঐসু, হাযবদি..."

"ঐসু তাদা উনদবসি য়াম্না নুংঙাইতে।"

"হো অদুনি ঐসু। অদু ইনাও ইবুংঙো নঙ শাউবা য়াদ্রে।"

"করিগীনো তাদা।"

"এ! সিনি, ঐ অচিনবা অমগীদমক য়ুম মতম খরা থাদোকপা তারে।

য়ুমদসু চঙদবা ঙসিগা মঙানি শুরে। ঐনা হৌজিক গোবিন্দা খুরুম্বা লাক্লিবসিসু য়ুমদগী নত্তে, মীগী ময়ুমদগীনি। য়ুমনা ঐ মাংখ্রে হায়না থিনরিবনি। অদুগা শ্রী শ্রী গোবিন্দা খুরুম্বসু মতম খরা লেপখিগে খল্লে।"

"এ! তাদা করিগীনোনে তাদা য়ুম থাদোক্লিববো, খৎন-চৈনবা যাওব্রনে, তাদগী চহি মতাংসিদবো।"

"হেক খৎন-চৈন'' ঌ 'বদুদি নত্তে, শুম ব্রাখল অমা নুংঙাইতবগীনি।"

"তাদা..."

"সিদসু নত্তে, ইনাও ইবুংঙো।"

"তাদা।"

"ঐনা নঙোন্দা ঐ লাইবিক থিবগী শিনফম, ঈশ্বরগী নাম শোল্লি হায়দনা।"

"হায় তাদা।"

"গোবিন্দ খুরুম্বসু মতম খবা লেপখিগে, লাইবিক থীবগী থবকসু মতম খরা লেপখিগে, বার্ত্তন লোইনা হায়দোকখ্রে।"

"তাদা।"

"অদুগা ঐনা ইবুংঙোদি উনদবসি য়াম্না নুংঙাইতবদুদা, নঙসু নুংঙাইবম্মোয় খন্দুনা নঙোন্দদি হাযবমগে খন্দুনা লাকপনি।"

"তাদা..."

"নঙ শাউনুকো ইনাও ইবুংঙো ঐখোযনিগী ব্রারিদু নুংঙাইবনিদা নঙগী তাবা, ঐগীসু তাবা।"

"তাদা, তাদা শাউবীবদি য়াদে, ননাও ব্রা অমত্তা হায়জগে।"

"কবি ব্রানো হায়য়ুনে, হায়য়ুনে।"

"তাদা ঐদি হপ্তা অমগী মনুংসিদা নোংম-নীনি তাদা উনহৌদবসি ঐ নুংঙাইতে। ঐনা সিদা লাকচরিবসি গোবিন্দসু খুরুম্বা অদুগা তাদসু খুরুম্বা লাকচবনি।"

"এ! ইবুংঙো ইবুংঙো, হায়হেদে, হায়হেদে।"

"তাদদি ঈশ্বরগী নাম শোনবনি হায়বী, অহল, লাই-গুরুশিংগী সেবা তৌবীরিবনি, তাদগী ধর্ম্ম কর্ম্ম লাইরিক লাইসুগী ৱারী তারগা ননাওগী পুক্লিং লৌশিং ওইজরিবনি।"

"অচুম্বনি ইনাও! ধর্ম্ম কর্ম্ম মশক খণ্ডগদবনি। ঈশ্বরবু থাজগদবনি, অচুম্বা মশক খণ্ডগদবনি। যেংঙু হৌজিক্কী সমাজসি।"

"তাদা।"

"মপা মমা মশক খণ্ডনরক্তবা, শাগে নাতে মাগী মাগী জাৎ মশক খণ্ডনরক্তবা, চৎনবী থুগায়নরকপা, ধর্ম্ম কায়নরকপা, ধর্ম্ম মশক খণ্ডনরক্তবা, থক-খা ওন্নরকপা পুম্নমকসিনা হৌজিক্কী সমাজসিদা হাৎন-শুনবা, খৎন-চৈনবা অসুক্কী মতিক তোয়না থোক্লিবসিনি।"

"তাদা।"

"ওইরিবা সমাজসিগী তুংগী ফীভম ঐ খল্লুবদা অকিবা ফাওই। তাইবংপানসিদা ঐখোয় মীওইবা ঐখোয়সি চাবোল-শুবোল মথং মথং লৈহৌগদবনি। ঐখোয়বু পোকপীবম্বা অহল-লমনশিং লোইনা লাই ওইখ্রে, ঐখোয অমুক অহল ওইবে। ঐখোয়গী মথংদা নখোয় অদুদগী নখোয়না পোকপা নচাশিং, অসুম্না মথং মথং লৈহৌগদবনি।"

"তাদা।"

"অদুগনে ইবুংঙো ঐখোয়দি ঐখোয় ওইরে। ঐনা কিরিবসি অতৈ নত্তে, তুংগী মীরোল পোক্লিবা অঙাংশিংসি য়াম্না ৱাহৌগনি, ঐ মখোয়গী খনবদা হকচাংদা অকিবা ফাওই।"

"তাদা।"

"য়েংঙুদো, হৌজিকসি কল্লি হায়বা যুগ অদুনি। সত্য, দ্বাপুর, ত্রেতা যুগ অহুম হৌখ্রে, বেদগী লাইরিকশিংদা যুগশিং অদুদা লৈরম্বা মীশিংদু য়াম্না ধর্ম্ম মশক খণ্ডনা ঈশ্বরবু য়াম্না থাজনা লৈখি হায়নৈ। মীশিংদু য়াম্না পুকচেল খোইজেল তিন্ননা পুক্নি নুংশাংনা হিংলম্মী হায়না থাজনরি। অদুগা কল্লি লাকপসিদদি মীশিংসি অমনা অমবু থাজনররোই, অচুম্বা হায়বা পোৎ অদু লৈবা উররোই, মখোয় মশেল হাৎতোক্লগনি।"

"তাদা।

"কলি হায়বা যুগ অসিদা অচুম্বা হায়বদু মাঙখ্রগদৌবা, মীনা মীবু থাজনদবা মীনা মীবু নুংশিনদ্রবা মতমসিদা ঈশ্বরগী নাম শোনবা, ঈশ্বরবু থাজবা শ্রী হরিদা ভক্তি লৈবা মীওইশিংদো, জীবশিংদো পুন্সি নুংশাংগনি, ঈং-তপ্পা ৱাখল নুংঙাইনা হিংগনি, মচা-মশু চারোল শুবোল তাগনি, অসিনি ভগবান্না তাকপীবম্বসি।"

"তাদা।"

"ৱাফমসি লৈবনা কল্লিগী জীবশিংবু লানবীনবা হাযদুনা ভগবান্না নবদ্বিপতা লেঙবীরক্কুনা শ্রী গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু ওইনা শাযোল তৌবীবকপনি হাযবীরি।"

"তাদা।'

"কলিগী জীবশিং ঈশ্বরগী লম্বীসিদা পুশিনবীনবা লম্বী অমা তাকপী। মদুদি কল্লি যুগসিদা হরি সংর্কিতন লিংখৎতুনা ভগবানগী নাম শোঞ্জববদি শ্রী হরি ফংগনি, গভবান মশক খঙগনি।"

"তাদা।"

"অদুননি ইনাও, ঐনা শ্রী হরিবু ফংনবা ভগবানবু ফংনবা, মীওইবা ঐখোযসি ইংনা তপ্পা পুন্সি নুংশাংনা হিংনবা ইবুংঙো মাগী নামদু তত্তনা শোঞ্জবি, হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, রাধে রাধে হাযনা মীয়ামদা লাওজবিবনি ইনাও।"

"তাদা।"

"পুন্নমকসি ঐগী লাইবক্তা নোংদম্বনা লোযনা তম্বীখ্রবনি। কনানা পুন্সি শাংই, কনানা পুন্সি তেল্লি, কনানা ইনাক খুল্লি, কনানা লাইবিক হৈ, কনানা হৈতে, কনানা মচা কাইনৈ, কনানা মমা মপা কাইনৈ। কনানা মচা কাইনৈ, কনানা নুপা কায়নৈ, পুন্নমক নোংদম্বা মাগী নোংদম্লি।"

"তাদা, তাদা নঙসিদি হাযরগা" ঐ মঙোন্দা হনগৎনা য়েংই। ঐ মাগী ৱাহৈশিংসি তাবদা ইঙক ঙক্লম্মী। মানা অসুম্মা অসুক লুখ্রবা ৱাফমশিংসি হায়রক্কনি হায়বসি থাজকদে। য়াম্মা হৈবা জ্ঞান্নি অমনা ঙাঙবগা চপ মান্নৈ,

মান্নবা নত্তে, মহাক অশেংবা জ্ঞানীনি। অমুক মখা তারকই, নোংদম্বা ঐগী পুলিসে নোংদম্বা মানা নোংদমশ্লবনি। শীংজং পায়বা গুন্দা নোংদম্বা ওইরম্বদগী লাইরিক থীবা নোংদম্বা।

তাদা।

ঐ নুপাসি কনানো, কদায়দগীনো, মিংনা করি কোই হায়বসু খঙদে, সুম কোনুংগী মান্দোপসিদা ফম্মীন্নদুনা ৱাবী শাবদনি।

ঙসিদি মাসি কনানো খঙলগে, ঐনা খল্লি।

খন্না খন্না—

"তাদা ননাওবু ৱাবৌবীগনু, করিনো অমত্তা হায়জগে?"

"করিনো হায়য়ুনে, ঐদি নঙগা ঙসি উনরিবসিদগী মতম খরদি ঐখোয়নি উন্নররোই, গোবিন্দ খুকুম্বসু ফংলরোই।"

"এ! তাদা নুংঙাইতেদা, তাদনা করিগী য়ুমদা হঞ্জিন্দবা, কবিগী গোবিন্দা খুকুম্বা লাক্লোইদবা, অদুগা তাদা কদায়দা লেংগদবনো, ননাওদা খবা তাকপীয়ু।"

"চৎফমসু খঙদে।"

"চৎফমসু খঙদবা, তাদা, ননাওদি তাদগী লৈফমসু খঙদে, মিংবুদি খঙলে, কমদৌনা লাইরিক থিবগী শিনফম তৌগ্নিবনো?"

"ইবুংঙো।"

"অদুগা তাদনা য়ুম থাদোক্লিংলিবসিবো, তাদগী ইতৈমনদি কবি খল্লমগনি? পুম্নমকসি তাদনা ননাওবু নুংশিবীদুনা ৱারীশিংসি খরা তাহনবীয়ু।"

"ইনাও নঙবু ঐগী হৌখ্রবা ৱারীশিংসি তাবীগদ্রনে।"

"তাগে তাদা।"

"অদুদি তারোকো।"

"তাদা।"

"ঐগী ইমিং নোংদম্বা কৌই। মীয়াম্না নুংশিবীদুনা তা নোংদম্বা হায়না কৌবী। ঐ খুঙ্গং অমদগীনি। ইম্ফাল লৈকায়সিদা হোংলকপা চহি কুনদি হেল্লমগনি। ইমাগা পাজিগনা ঐ ইতোমতা পোকই। পাজিদি লৌ য়াম্না চাই,

লৌসু উদে, মীনা উবীবনি, চাবা থকপা মরাং কায়। লৈকায়গী পালা পুই, মশক মতৌ ফজবদা চাওতোম্বী হায়দুনা মমিং চৎলি। ঐবু লুনা চান্না কেথোক মৌথোক্লা য়োকপীরকই। ইমাদি ইম্ফাল নিংঙোলনি, লঞ্জেল্লকপদা খুন্দা য়ুম পালহৌবনি হায়। ঐগী মাম্মশিংদি ইম্ফালদা, লাইরিক-লাইসু লোয়না হৈ, পৈশাসু য়াম্না পাই।

"ঐ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মথোং কয়া চারক্তে, লাইরিক নীংথিনা তম্মু য়াদে। উচিন-নাচিন্না ক্লাস নাইন ফাওবদি তমহৌই। ঐ ইংলিস খরা, হিন্দি খরা, মৈতৈরোল ইবা পাবা ঙমহৌরিবসি পাজিনা কন্না হোৎনবীবদগীনি।

"ঐ অঙাং ওইরিঙৈদগী মী য়াম্না খৎনগল্লি। মতমদু থায়না হায়গদ্রা মুক্লা কাংজৈ য়াম্না কনবা মতমনি, মুক্লা শান্ননি, কাংজৈ শান্ননি হায়রবা ঐনা মাঙ থাদুনা চৎলি, ময়ামগী মকোক হেক্তা চিংঙি। ঐখোয়গী খুনগা মীগা খুনগী লাইবুংদা মুক্লা শান্নবা ঐগী মরু ওইবা থবক্তি, লাইবুং কয়াদা, লৈকায়দা মুক্লা যাত্রা য়াম্না লেপ্পকই। ঐনসু অয়াম্বা থাই। চাওতোম্বীগী মচা যাত্রা নোংদম্বা হায়বা মীয়াম্না খঙনৈ। মী ফুনবদি স্কুলদগী হৌবনি। স্কুলদা মীগা ফুনমনখ্রদুনা স্কুল অমত্তা মীং চনগে য়াদ্রে, অদুদগী ঐ লাইরিক তম্বা তোক্লগা মুক্লা কাংজৈরোমদা চৎখ্রে। ঐ যাম্না শাউগনবা মীদি ওইদে। তৌবদি ঐঙোন্দা মীনা লাল্লকপা য়াদে। ঐনা খৎনখ্রিবশিংসি ঐনা অমত্তা হৌরগা অমত্তা নত্তে। মখোয়না হৌরকপা ঙাক্তেনি। ঐনা পাখং ওইরকপদা য়ামদ্রবদা মী ১০গী মথক্তা ফুনরমগনি।

"মতমদু ইবুংঙো গুন্দা হায়বদু লৈবস্মী। মী ফুনবা, খৎন-চৈনবা থবকশিংসে গুন্দাগী থবক্তি। মতমদুগী গুন্দাশিংদু খুগ্রি, শীংজং, শুরি পায়নরম্মী। থাংনা য়াম্নে, শীংজংনা য়াম্নে, হন্নদে, মাগী মাগী লম্বা মায়গা মায়গা মায়োক্লবা লানফম্নি। মায় লৈদুনা চেন্নদে, অদুগা লুমফুসু তৌনদে। ঐ অসিগুম্বা থবকসি ঐগী হৈনবী থবক ওইনা য়াওরম্মী। ঐখোয়গীসু গুন্দা পার্টি লিংখৎপগুম্বনি। ময়াই লৈকায়গী নোংদম্বগী গুন্দা পার্টি, মমিং চৎলম্মী। মীনা তাবদা কিনরম্মী। নুপী অঙাংশিংনা কি-তুকৎচরম্মী। ঐসু ফীভম য়াম্না ফৈ, ঐগুম্বা ফীভম য়াম্না ফবা, মীনা য়েংবদা হেক্তা কিবা ঐখোয় মঙাদি শুরম্মী।

"মতমদু ঐখোয় সাইকল তোংনরম্মী।

"সাইকল হেন্দলদা হোকি ষ্টিক অমমম, হকচাংদা খুগ্রি, শিংজং, শুবি অমমম হাপনৈ। ঐনা মাং থাদুনা চৎকনি। ঐখোয লাকপা উবধদি লম্বীদা চৎলম্না, কোম্থোংদা লৈবম্না মীশিং ফাওবা মযুম মযুমদা চংনখি। তৌবদি ঐখোয লৈকাযদা, খুলদা নুপী অঙাংশিংদা কৃষ্ণে হবাও তৌবদা কবিগুম্না অকাযবা অমত্তা তৌদে। ঐখোযবু খঙবীবা মীশিংনদি লুনা তৌবী, খঙদবনা ঐখোযবু যাম্না হঙ্গোইনা খল্লি। মতমদুগী চৎনবী পাখংশিংনা. লৈকাযগী লৈশাবীশিং লক্লবা, লৈকাযদা কুক্ষে হবাও থুগাযবা অসিনর্চিংবা তৌনবম্মী। মদুনি ঐনা যাম্না শাওনিংলিবসি। লৈকাযগী লৈশাবী লক্লবম্না পাখংদু মযুম কোইথি থিবগা ঐনা হেক্তা কুবম্মী। লৈশাবীশিংনা থাবল চোংবদা থাবল ঙাকপীযু হাযবম্মী, নীলা-কালা তৌবদসু ঐখোযনা ঙাক্লম্মী। নোংমদি, যাম্না কনবা লান থোক্লখি। লৈকাযগী লৈশাবীশিংনা ঐঙোন্দা তাদা নোংদম্না থাবল খবা ঙাকপীযু হাযবম্মী। ঐসু হোয হাযনা যাবম্মী। তৌবদি লৈকায মশেল নুংশিনদবা ওইবম্লে, অৱাং লৈকাযগী লৈশাবীশিংগী থাবলদু মখা লৈকাযগী লৈশাবীশিংনা গুন্দা নেক্লগা থাবল থুগাযগনি সিনি। ঐ কোয়া খঙলকপনি।

"ঐগা ঐখোয অহুমখক্তা চৎলি। যাম্না থোযনা লুনা খল্লুদে। কনাবু কবিগী ঐ লৈবিদবো কৈদৌবা ঙমগগে সিনি ঐনা খল্লিবা। মতমদুনা চহি ২২ / ২৩ হাযবকপা মতমদি কনামত্তা কিবা লৈতে, লাই ফাওবা কিদে।

"থাবল চোংবা হৌবে। লৈশাবীশিংদুগা অহল নুপী খবগসু লৈকাযগী নহাবোল খবগসু উয়াবে। যানি যানি হাযদুনা ঐখোযসু থাবল চোংলিবদুগী অকোযবদা যেংবা চৎলম্মী। মতমদুগী থাবলদুদি ইলেক্ট্রিক্কী মৈ নত্তে, পেট্রোমেক্সনা পবেং শাংনা থাল্লগা চোংবা থাবলনি।

"ঐখোয পোৎফম অমদা চুকপ লৈদুনা চুকপ থক্লম্মী। থাবলদু তঙ্খায চল্লম্না যাই। খঙহৌদে কদোমদগীনো মী পুন্নাং লাংনখি, থাবল থুগায়বে, মীযাম কায়দুনা চেন্নবে। ঐখোযগী নাক্তা লৈবম্না মী খবনা ঐখোযদা চৈশাং পাযদুনা লান্দাবা হৌবকখি। ঐখোযসু খুৎলায পাযদুনা লাম্থেংনখি। ঐখোয চেনফম খঙখিদে। ফীল্ড মযাইদা চেনশিনখি, মখোয ১০ মুক্লা ঐখোয়বু কোইশিনখি। চৈগা-চৈগা, থাংগা-থাংগা হাযনখি, থোম্নখি, যায়খি। এ! যাম্না

কনবা লান্নি। ঐগী ইমান্নবা অনিদু শোক্লদুনা তুখ্রে। ঐ কৈদৌবগন্ন শিবৎস্ অদুমঙাই খন্দুনা লান্দু যাম্না কয়া শোক্লরে। ঐগী হোকি ইষ্টিক অদুনা ঐনা মনিং-মমাং, খা-ৱাং ফন ফন চোংদুনা চেন্দুনা মখোয়গী মীশিংদু ফুরম্মী। মখোয় মঙাদি তুরে। অনি অহুমদা ঙাইবে। মখোয় থাং অশাংবা পায়বা উই, ঐনা য়াম্না চেকশিন্না লান থেংনবনি, থাংশাং পায়বা অমনা ঐ তম্না হোৎশিল্লকপদা ঐনা নাকলদগী শিংজং শৎলদুনা লংবদা পান্দন্না তুরম্মী। অদুদগী ঐ খিত্তং জ্ঞান তারম্মী। ঐনা চৈদু হাই হাইদুনা চেনবদা অনিদুদি কিদুনা চেনখ্রে। ঐনা তান-তান্দুনা ফুখি। ময়াম হোৎচিন্নরক্লে, ঐবু খাম্নীবে। অশোকপশিংদু মযান্না শঙ্গোইদা পুশিন্নরম্মী। ঐগী ইমান্নবশিংদুসু মকোক্তা শোক্লম্মী। মযাম চঙদুনা ডাক্টরদা পুখৎলম্মী। পুলিস লাক্লম্মী। মী ময়াম ফাবম্মী, ঐসু ফারম্মী। শিবমক্তি শিনহৌদ্রে।

"অসিনি ইনাও ঐনা মী ফুনখিবা, ঐসু শিবা য়াবনি, অদুবু ঐ শিহৌদে, শ্রী শ্রী গোবিন্দনা কনবীবনি। অদুগী মতুংদগী মী ফুনবগী থবকসি খব হনখ্রে। পাজিগা ইমাগা মথ্বায় যাম্না নুংঙাইতে। নচিন-ননাও অনি শুবসু নত্তে, নতোমতা পোকপনি, নঙ শিথ্রবদি ঐখোযগী সেবা কনানা তৌবীগনি। ইমা পাজিনা খল্লি। অদুসু অমরোমদা চুমদবা, নত্তে, মচা অমত্তা পোকপসিদি, মৈখেৎ মরু অমখক কুম্ননি হাযদুনা প্রমাণ তৌনৈ।"

ঐনা খল্লি— তাদনা হাযবিবসি চুম্বদি যাম্না চুম্মী। ফীভমসু যাম্না ফৈ মবিলসু য়ান্না লৈরমগদৌবা মাল্লি। ঐনা খুম্মী,

"তাদা।"

"অদুগী মতুংদগী ঐগী হৈনবী অমা হোংলে। মীগী নুপী চেনবা য়াওবা মীগী নুপী ফাবা অসিনি।"

"এ! তাদা নুপীবু কমদৌনা ফারিবনো?"

"মতমদো ইবুংঙো মওং অমনিদা। মতমদু য়াম্না ফবা জাৎনি। অহল-লমনগী ৱা য়াম্না চৎনরম্মী। পাখং-লৈশাবীশিংনা যুম পান্নিংই হাযদুনা পংপান পানবা য়াদে। মৌ থিবদসু মমা মপাগী অয়াবা চংই, লৈশাবীনা য়ুম পানবদসু মমা মপাগী অয়াবা চংই। হৌজিক্কা য়াম্না খেৎনরে। মমানা মপানা

য়াদবা, শাগৈ জাৎ ফত্তবা মৌ পুরক্লবদি, য়ুমদকা চঙহন্দে, লুহোংদে, য়ুমদা পৈবা য়ারোই হায়দুনা তাম্বোক্লরম্মী। মকু-মনেম্মা য়াদ্রবদি মৌগী খুৎকা চাবীজাৎ নত্তে। অদুগা মচানুপীনা ময়ুম পানবদসু মমা মপানা য়াদবা ইমুংদা, লৈত-লাইর ইমুংদা, শাগৈ-জাৎ ফৎতবা ইমুংদা ময়ুম পাল্লবদি, মচানুপীদু লুহোংদে, লৌবা ফাওবা লৌখৎপীদে, মচানুপীদু শিখ্রবনি হায়দুনা শিদ্রিবফাওবা মপামদা চঙহন্দে।"

"এ! তাদা অদুদি, য়াম্না লুইদা।"

"এ! য়াম্না লুখ্রবজাৎনি।

"অদুগা মমা মপা অনিমক নুংশিনদুনা য়ানদুনা ওাইশেল ওইখ্রবদি লোইরে নুংঙাইবদা মকু মনেম্নসু ইমৌ ইবেম্মদগী হেন্দে। অদুগা ময়ানিপাদুসু ইয়া ইবুংঙোদগী হেন্দে। নুপী মপামদা ময়া লাকপদা ময়া ইবুংঙো লাকই হায়দুনা পুবা লাই লাকপগা চপ মান্নে।"

"তাদা..."

"অদুগা অমসু লৈ, ইবুংঙো। মমা মপানা মচাগীদমক ফনবা শিনবনি, কনাগুম্বা মমা মপা অমত্তনা মচাগী মাংনবা শিনবা নত্তে। শিবা নাবা হায়বদুদি মী মীগী মরাইবক্তা তমদুনা লৈখ্রবনি।"

"তাদা।"

"অদুগুম্বা য়ুম্বাল অদু হৌজিক্তি লৈত্রে ইবুংঙো।"

"তাদা।"

"ঐগী ব্বারীসি নঙ মখা তারিকো।"

"তাদা।"

"ঐনা খৎন-চৈনবদি খব ফরে হাযববু য়াম্না মথোং হুক্লবা থবক অমবু হৌরে।"

"করি থবক্লো তাদা?"

"এ! সিনিদা, মতম অদু থায়না হায়বদি পংকুইদি কুইদ্রি, ঐখোয়না পাখং ফারকপা মতমদো। মমা মপানা পীয়ু হায়বা য়াদবা মমা মপা মশক খ্বাম্না তাখৎপা, মবুং মৌপ্পা য়াম্না খুৎ কন্দুনা কোয়নবা ওমদবা ইমুংগী মচানুপীশিং,

অদুদগী অমুক নুপাদুনদি নুপীদু যাম্না পামজবা, নুপীদুনদি কয়া যানিংদবা নুপীশিংসি মাবু কোইবিবা নুপাদুনা ফানবম্মী। নুপী ফাবা হায়না চৎনবম্মী।"

"তাদা।"

"মদুদা নুপী ফাবীনবা মীনা নেক্লবম্মী।"

"এ! তাদা।"

"ঐ নুপী মগুাদি ফাবম্মী। নুপী ফাগনবা নোংদম্বা হায়না মযাম্না খণ্ডনবম্মী। কবিগুম্বা লৈকায অমদা ঐনা নোংমা চৎলুববদি, নোংদম্বা লাক্লম্মী। নচা-নসু চেকশিল্লু হাযনবম্মীনিনে ইনাও ইবুংঙো।"

"তাদা...।" মাগী মতৌসিদা ঐ নোক্লিংলম্মী। মহাক্লা অসুম্না হাযবক্কনি হাযবা খল্লুদবনি। ঐনা খল্লি, পুলিসনা মী ফায হাযবদি তাই, অদুগা নুপানা মাগী নুপী ফাবিবা, কমদৌনা ফাবিবনোনে?

"জয শ্রী শ্রী গোবিন্দ, ঐ অবানবদি কয়া তৌদে, মীঙোন্দা ওইদবসু ঙাঙজদে, মীগী মবলসু কযা মিতাজদে। ঐগী হাযববু পুকচেল শেংবা, নুংশিনবা সিনি, অদুগা ঐ মীগী অৱাবা উবা যাদে, মীগী মতেংদি হেক্তা পাংনিংই।"

"তাদা।"

"নোংমা পাজি ইমানা যাদবা থবক অমা মীগী মতেংগীদমক ঐ পাজিগী কৈদগী ফৌ হুবানখি।"

"কমদৌনা তাদা?"

"হেবা লৈকাযগী নুপী অমা, তাদা অমগী নুপীনি। তাদদু টি বিনা নাই কবিমত্তা শুবা ঙমদে, মচাসু অনী-অহুম লৈ, ইতৈমদু ইমাগী থবক-ইনখাং, ইঙ্খোল-শম্বল শুবা যাওহল্লি। ইমাদগী পৈশাদি শুম লৌবা, শুম লৌবা, থবকশু অদুম শুবা, পৈশা যাম্না হেঞ্জিনখ্রবজাৎনি ফৌ সংবাই অমা লৌখ্রগা পৈশা পীদ্রে, ইমানা থীনা হাযবে, মাসু কপ্লে, তাদগা মচাশিংদুগা নুমিৎ নিনি শুবে চবা হেল্লিবা হায। ঐ তাবদা যাম্না নুংঙাইত্রে। ঐ ইমা পাজি চখোকখিবা ঙাইবে। ইবুংঙো ঐখোযগীদি ফৌদি মবাং কায, চহি অমগী ফৌপোৎ ১৫০ হেন্না হাপ্পী।

"ঐনা মসিদি কান্নাপোৎতে, ইমা পাজি চখোকখ্রগা কৈদগী ফৌ

হুরানগে খল্লি। অসুক য়াম্না ফৌসিবু লোক্না চাবসু ঙম্লোইদবদা। লৈকায়গী মী লৈতবগী ইমাসু পাজিসু দশাহোল তাবা চৎখি। ঐঙোন্দা চখোক্লগনু হায়। ঐ চখোক্তে। কৈগী সোদি পাজিগী লুখুমদা থম্মী। ঐনা সো লৌথোক্লে, সো হাংদোক্লে, অৱাংদগী নুপামচা অমা কৌদুনা বোড়া পাইহন্দুনা ফৌ পোম্মা খাইদোক্লুনা তুমিন্না, শিংগৈ মনুংদা চকনা কুপশিন্দুনা থম্লম্মী। নুপামচাদুনা নঙ পুপুগা ইবোক্কদা হায়দোক্কনু হায়দুনা লুপা মঙা পীদুনা থাখ্রে। সোস্ হান্নগী মফমদা থমখ্রে। ইমা পাজিসু হল্লক্লম্মী। নুমিৎ তাখ্রে। ঐ নুমিদাংদুদা মী পোং লোয়না তুম্নখ্রগা ফৌ পোম্মাদু ইথন্তা লেংজুমদা থাঙ্গৎতুনা ইতৈমদুগী য়ুমদা থিল্লম্মী। পংলাপ লাপতে কোম্থোং অহুম-মরিদি কান্নে। ইতৈমদু নোংঙাল্লগা ফৌদু শুদুনা চাখি, ঐনা য়েংই। তাদদু থা খবা নাবল্লগা শিখ্রে। নোংমা ঐঙোন্দা হাযবম্মী, "নোংদম্না শ্রী গোবিন্দবু নিংঙু। অচুম্বা চৎলু, নঙনা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ওইয়ু," অসিনি তাদদুগী ৱা।"

"তাদা, অদুগা নুপী ফাবদুদি'?"

"নুপাদু ঐগী ইমান্নবনি, ক্লাস অমত্তদা লাইবিক তম্মীন্নে, লাইবিকসু য়াম্না ফৈ। মানা ঐখোযদা নোংমা লাক্লগা হায়বৈ, ভাই ঐগী ইতেং অমত্তা পাংবীযু। শান্তিবালা অমুত্তা ফাবীয়ু। ঐনা মাগী মপুক্লিং মুন্না হংদোক্লে, শান্তিবালাগী ইমুংনা ঐখোযবু উশিত্তবদুদা ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। নোংমা পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা লাকপদা ফারে। ইমান্নবগী মযুমদা থম্নীরে। পুলিসনা কৌইতান তান্নে, মমৈথংদা নুপী মযুম, নুপা মযুম য়াশিন্নখিদুনা ৱাদু লোইশিন্নখি। অসুম্না ঐনা নুপী ফাবসি মবিবক শুবে। ঐ লেম্নদি ফাদে, লুপা ২০০/২০০ হান্না লৌই, পীবগা ফাই, পীদ্রগনা ফাদে। নুপী ফাগনবা নোংদম্না হাযদুনা মীং হাযফেৎ চৎলম্মী। তৌর্বাদি ঐনা ফাদ্রিঙৈদ। নুপাশিংদুদা নখোয় নখোযগী নুপীশিংসি খাইনবা য়াবোই, ফুবীবা তাথি-তাওইনা তৌবীবা য়াবোই হায়খি। অওইবমক ঐনা ফাদুনা পীখিবা নুপীশিংদু মাগী মাগী নুপাশিংগা অমত্তা খাযনখিদে। যাম্না নুংশিননা লৈমীন্নখি। নোংমদি কৈথেলদা নুপী অমা থেংনখি, ঐঙোন্দা ফাগী তৌরম্মী। ফাগীদুদি লেচুপ্পনি। অসুম্না তা নোংদম্না নঙসে য়াম্না

ফেহে, নওনা ফাৰীদুনা ঐ মোহেন্দা লৈজবসে ঐ ইরাইবক য়াম্না ফৈ। মোহেন্না থিকাদাা শেল য়াম্না পায়রে, ঐ ইনাক য়াম্না খুল্লে, সনা-লুপা, গাড়ী য়াম্না য়াম্মেদা। তা নোংদম্না কমদৌরিগে, থেংনদবা য়াম্না কুইরে, লুপা ১০০সি চা থকপীয়ু। ঐ লৌনিং লৌনিংদনা লৌহোঁই।"

"তাদা।"

"অদুগা অকোনবগী ঐনা ফাখিবা নুপীদুদি য়াম্না নুংঙাইখিদে।"

"করিগীনো তাদা?"

"এ! নুপাদু মশক কয়া ফজদে, নুপীদুদি য়াম্না ফজে মমিং চৎলি, নুপাদুনা নুপীদুদি য়াম্না নুংশিজবা, নুপীদু মশানা শুকয়া য়াদে। ঐ লুপা চনিয়াম্থে পীয়ু হায়বনি, লুপা চনি পীরে য়াংখৈদি ৱাৎলে, ফরে অদু মঙায়রে হায়দুনা ফারে। নুপীনা পংকপ্তা কপ্পী।

"য়াম্না কপখ্রে। নুমিৎ মরিনি, মঙানি, কপ্তুনা লৈখ্রে। মা ঐঙোন্দা শাপ তৌনিংলবনি। লৈকায়গী মৌ ময়াম চঙদুনা থেম্বদা খরদি ফরে। অহল-লমন সনতায় তৌনদুনা লুহোংখি। ঐ মসিগী মতুংদগী নুপী ফাবগী থবক তৌদ্রে।"

"তাদা..."

"চহি সুম হৌখিবনা ইমান্নবশিং য়ুম লোইনা পান্নরে। ঐসু পাজিগা ইমাগনা য়ুম পানবীরে।"

"তাদা, তাদগী ইতৈমদুদি করি লমদগীনো, তাদনা ফারগা লৌবরা? অদুগা নুংশিনবরা নৎত্রগা অহল-লমন্না হায়নব্রা?"

"য়াম্না ফজবা ৱাহংনি। ইবুংঙো, ঐ মীগী নুপী কোয়বা য়াওই, পাউ পুবী, মীগী নুপী ফায়, অদুগা ঐদি নুপী অমত্তা কোয়রক্তে, ঐগা নুংশিনবা নুপী লৈতে, নুংশিনগেসু খন্দে।"

"করিগীনো তাদা অদুদি?"

"খঙদে, মসিগী লৈশাবীসিমক্তা ঐ নুংশিরে, হায়বসি লৈখিদে।"

"অদুগা ইতেমসিদি।"

"ইবুংঙো, নতৈমদি থংনবা খুন্দগীনি, মপাদু পাঞ্জি তৌই, পাজিগসু তিন্নে, ঐখোয়গী কুঠি য়েংবদা মাগী মচানুপীগা পীনৌ হায়দুনা পাজিগা ৱা

লোয়থোক্লরগ্গা পীরকপনি, লুহোংখি, য়ুম পান্দ্রিঞৈদা খঙনদ্রবসু য়ুম পাল্লেবা মতুংসিদা নুংশিনখি।"

"ইতৈমদি কমদৌই তাদা?"

"এ! ইবুংঙো নতৈমা য়াম্লা ফৈ, মশকসু অদুম য়েংবদা য়াই, চাউ-শাংই, মপুকচেল চাউই, পীজ-পীথক যাম্লা ফৈ মীগী অৱাবা য়াম্লা খঙই, লৈকায়না য়াম্লা নুংশি। তস্ফা ইবেম্মা হায়দুনা মীযাম্লা মশক খঙই, ঐনা ঙসি নাম শোন্দুনা লৈবাক্লা মশক খঙবীরিবসি নখোয়গী নতৈমগী মপালননি ইবুংঙো।"

"তাদা হায়রিবসি, ইতৈমসু লাইরিক থীবা হায়বগী থবক তৌৱনো?"

"তৌদে।"

"অদুগা কবম্লা ইতৈমনা?"

"সিসু ৱারী অমনি, ঐ লীগে।"

"তাদা।"

"ইমা পাজি লৈখিদ্রে। ঐনা য়ুম পুরে। ইঙ্খোল শম্বল, লৌশিং, ফৌ-চেং লোইনা ঐনা পান্নবে। দেব-কৰ্ম্ম, লুহোং-খোংদোংবা লোইনা চৎলে। ঐনা নোংমা ফাদোক য়ু থকপদা নতৈমনা শাউই।"

"করিগীনোনে তাদা।"

"য়ু থকপসি হকচাংসু ফত্তে, মীগী লমচৎসু ফত্তে।'"

"অদুবুদি চুম্মীনে তাদা, য়ু থকপদা মী য়াম্লা লিভর সিরোসিসনা নাদুনা শিনখ্রে।"

"নতৈমনা হায়বদি সিনি।"

"তাদা।"

"নুপা য়ু থক্কনু, নঙগী নখোলদু মাঙখিনি সিনি।"

"অদুদি করি হায়রিবনো তাদা।"

"হেরা! সিনিদা, ঐগী খোলসি মীনা তাবদা য়াম্লা নুংঙাই, নুংশি হায়বী, কবিগুম্না ঐসিনা ঈশৈ শকপা ওইরবদি ফাওগনি। নৎত্রগা ৱারী লীবা, লাইরিক হায়বা ওইরবদি ফাওগনি সিনি। তৌবদি ঐ পাখং ফাৱকঙৈদা ঐখোয়

শাবলদা তা নোংদম্বা ব্বারী হৌরো, হায়দুনা ঐগী নাক্তা লোয়না কোয়শিন্দুনা ফম্মী। অদুগা লৈকায় অঙাংশিং, লৈশাবীশিং, মৌ নহাশিং ঐগী ব্বাবী তাগদৌবা থৌওইনা ঐবু হেক্তা কৌরি ব্বারী অমা হেক্তা লীহল্লি।"

"তাদদি ব্বারীদি কমদৌনা তম্মুরিবা।"

"খঙদে ইনাও ইবুংঙো, মীনা লীবদগী তাহৌবা ঐনা খরা ভাবনা শাজিনবা সিনি। নতৈমনা নোংমা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়খি, 'তা নোংদম্বা চষী যাংখৈ/হুম্ফু শুরবদিনে নঙ নাম শোন৲দবনি।' মানা হায়বিবসিগী ঐ অর্থ খঙদে।"

"অদুগা তাদনা কমদৌনা লাইরিক থীখ্রিবা?"

"হো, অদুসু ব্বাহং অমনি, ঐগী পুন্সি তাঙ্কক অমা হোংলে।"

"নোংমা খুলগী ক্লবনা শীন্দুনা আর্ট এন্দ কলচবগী প্রোগ্রাম অমা পাঙথোকই। সরকারগী ওফিসকী অচৌ-অশাং য়াম্না য়াওই, লৈকায়গী মান্দোপতনি, টি ভিবা নৎত্রগা সিনেমারা অমসু নম্মী। ক্লবকী নহারোলশিংনা ঐবু ব্বারী লীবগী পার্ট অমুক্তা থোকপীয়ু হায়না হায়রৈ, ঐ য়াদে। অদুবু লৈকাযগীনি খন্দুনা যারে। ব্বারীদু ঐনা মীঙোন্দগী তমহৌবনি, মহাভারতকী ব্বাবীনি। চৌবর শান্নবগী মতাংনি। ভীম্না দুশাসন হাৎকনি হায়দুনা ব্বাশকখিবগী ব্বাবীদুনি, ঐনা ভীম শাবদা য়াম্না মানখি, ব্বারীদু ময়াম্না যাম্না নুংঙাইখি হায়নৈ।"

"তাদা।"

"অদুদগী ঐ ইমিং অমা হোংলে, ব্বারী লীবা নোংদম্বা হাযনা ঙাংনবা হৌবক্লে।"

"তাদদি লাইবিক থীবনি, হায়বদাইনে।"

"মান্নি ইবুংঙো অনীসি থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে। ব্বারী লীবনা মথস্তা লীবনি, লাইরিক হায়বনা ঈশৈদগী ব্বারীদা হন্দোকপনি।

"মতমদো ঐ চহি ৫০ খরদি হেল্লে। নোংমা খঙহৌদে অহল অমা ঐবু থিরক্লম্মী। চাউতোম্বীগী য়ুম, চাউতোম্বী মচা নোংদম্বা হায়না থিরক্লম্মী।

"অহল অদু ঐগীদা লৈরে। পাজিগা তিন্নবা ওইরমাল্লে। লাইরিক থীবা, হায়বগী ওঝানি। টি ভিদা ঐবু উবদগী ঐবু থিবা লাকপনি হায়। নাম

শোল্লু, অহল-লমন সেবা তৌ, ঐসে নগুগী পাজিনি, নগুগী ওঝানি, গুরুনি, গুরু পুজা তৌ। পাজিনা হায়বা ইল্লু, ঐগী নাক্তা লাউ, লাইরিক হায়বগী থবক ইপানা তন্বীরগে হায়রম্মী।

"ঐ ফনা কুইনা য়াদে। নুপীনদি য়ারম্মী। নগু য়ু থক্কনু, চহি য়াংখে/ হুম্ফু শুরগা নাম শোন্দুনা মীয়ামগী সেবা তৌ, মীয়াম্না নগুবু মশক খগুবীগনি, ঐগী জন্ম কুথিদা য়াওই হায়দুনা পাজিনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী হায়দুনা নতৈমনা য়াম্না তোয়না হায়।"

"তাদা।"

"ঐ সিগী মমাঙদা করবার তৌদুনা য়েংশিরা হায়দুনা দুকান ফমদুনা য়েংঙে, মীনা পীয়ু হায়দুনা পংপীদা পীখিবদা শেল্লেপ মাংদুনা তোক্লে। লৌ মরাক অমা য়োম্বোক্লগা বস অমা লৈদুনা য়েংই। মী থেংলুবদগী অদুম য়োম্বোকখ্রে। তৌরু তৌরুবা থবক অমত্তা জুগোৎ চাদে, ঐবু কদোমদা থোক্লগদবা, অদুগা ঐগী কুথিদা তুংদা ফরকখিনি, লৈবাক মীয়াম্না মশক খংঙু লৈ হেক্তা হায, খল্লি ঐ ভোৎ লেপশিবা নৎত্রগা ঐগী পুন্সিদা নোংদম্বনা কবিবু তন্নিবা?"

"তাদা।"

"নুমিৎ অমদা পাজিগী মকপ ওঝাদুগী যুমদা চৎলে। ঐনা ওঝা ঐ লাইবিক থীবা তমজবগে হায়দুনা ওঝাদু বোরিদুনা লাইবিক থীবা তমখি। ইবুংঙো ওঝাদুনা ঐবু মচাদা মচাদৌনা লুনা চান্না তৌবীদুনা নীংথিনা তম্বীখি।"

"তাদা।"

"ঐ ওঝানা পু পুদুনা ওঝানা লাইরিক থীবা, ঐনা হায়বা তৌদুনা চৎলকপসিনা ঐগী লাইবিক হায়বা নোংদম্বা হায়দুনা খগুবীরকখি।"

"তাদা।"

"ওঝাদি হান্না মীনা শকখগু মাইখগুবনিনা ঐসু মাগী মতুং ইনবদুদা থুনা ফাওখি। মান্দোপ্তা, শঙ্গোয়, শুমাংদা অহল-লমন্না, লাই-গুরু, ইমা-ইবেলনা ঐগী ৱারীদু কপ কপ্পুনা, প্রেম লৈনা লৈনা, ভক্তিগা লোয়ননা থীবদুদি ময়াম তুরা তুনা কপ্পবনি ইবুংঙো।"

"অদা।"

"ইবুংঙো, ঐ নাম শোনবা হায়বদু ওইরে। নোংমদা হরে কৃষ্ণ, রাধে, শ্রী গোবিন্দ শোল্লবদি ঐ করিগুম্বা অমত্তা তৌদ্রে। নাম শোনবনা ঐগী ইথৌ ওইররে। য়ুমগী অকুপ অতাগী থবকসু শুদ্রে, করিনা হকচাং মোৎকনি, কুচু মুশিল্লক্কনি, খুজিন-খুয়া মোৎকনি। নুংতিগী অয়ুক অঙনবদগী ইরুজ-মায়থজরগা চন্দোল-চবা লংত্রিক লংনা থীঙ্জিন্দুনা লাইরিক থীবা চৎনবা তয়ারি তৌদুনা অদুম লৈরে।"

"তাদা।"

"ইবুংঙো, পৈশা য়াম্না ফংলে, নোংমদা লুপা লিশিং অমা অনী শুক্তা তাদনা ফংবসিদা য়ুমদা পৈশা কোম্বা হায়বদু ওইরে। ঐনা নতৈমদা পৈশাশিংদো লোয়না পীশিল্লি। লাইরিক হেক হল্লকপগা ফমেন্দা ফিরোল হোংলগা নতৈমা কৌথোক্লুনা পৈশা থীহল্লি, ক্যা-হৈরুক, কবোক্লচিংবা পীশিল্লি। নতৈমা কয়াদা হৱাওই।"

"তাদা।"

"নোংমদি। মানা অসুম্না..."

"তাদা।"

"তা নোংদম্বা ঐখোয়গী পাজি পাঞ্জিদু চুম্বদি চুম্মীদা। পাজিনা হেক হায়বদু হেক থোক্লে। চহি য়াংখৈ/হুম্ফুদা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌরবদি, মীংচৎ ফংগনি, অহল-লমন, লাই-গুরুজোনশিংনা চানগনি হায়বনি। শ্রী শ্রী গোবিন্দনা কৃপা তৌবীরগনি।"

"তাদা।"

"অদুগা তৌবদি য়ুমগী নুপী হায়বসি য়াম্না লুবা জাৎনি। অহল-লমন্না নুপী মখল য়াম্না য়াম্মী হায়নৈ। মসি চুমগ্রবজাৎনি।

"নঙগী নতৈমসি ইবানি খঙনদুনা লৌনবা নত্তে, তৌবদি মানা ঐবুদি খঙই।"

"তাদা।"

"অদুবুদি শীংজং পায়বা, নোংদম্বা মীনা খঙদবা লৈতে। পাজিগা

ইমাগনা ইমৌ ওইজগে হায়দুনা লৌরুবনি। য়েক করি-করা ফজনা য়েংনরগা লৌনবনি। নতৈমগী মপাদুসু অফাওবা পাঞ্জি, পাঞ্জি য়াইমা হায়না মমিং চৎলি। ঐখোয়নি য়াম্মা ফজনা য়ুম পাল্লি। হান্না খঙনদ্রবসু য়ুম পাল্লগা য়ানা নুংশিনৈ। অদুগা নতৈমা লৌরমদ্রবদি ঐ শুমদৌনা তৌরমদবসু য়াই।"

"তাদা।"

"নতৈমগী মগুণ থাদুনা লোইবা নত্তে, মবুক তঙ্গী, ঈংঙী, মপুকচেল চাওই, পীজ-পীথক ফৈ, ঐঙোন্দা নোংমতা অশাওবা উত্তে, ইমানা পাজিনা খঙদুনা লৌরবনি। সিননি ইনাও, থাযনা হায়গদ্রা ঐখোয় মতমদদি অহল-লমন্না থিবা মৌ শোয়নরমদে। হৌজিক্তি মদু নত্তে, হেক লাকপগা তোংঙান চারে, মৌ মশেল খৎনরে, ক্বার্টরদা পুখ্রে অসিনচিংবা তাহৈদবা য়া ঙাক্তা।"

"মানি তাদা।"

"নতৈমনা নঙ য়ু থক্কনু, নখোল মাংখিনি হায়বদু ঐ লাইরিক তৌরক্কদৌবসিননি, মা ঐসে লাইরিক থীবা ওইরক্কনি কমদৌনা খঙবনো ঐ ঙল্লিনে।"

"তাদা।"

"ঐনা ঙসি নাম শোল্লিবসি নতৈমগী মপালনি। য়াহৌবগা ইকজ-মাইথজগনি, বৃন্দাদেবী পুজা তৌগনি, সুর্যদেব পুজা তৌগনি, ফমেলদা ঐগী ফিরোল পুথোক্কনি, লাইরিক লাইশু পুথোক্কনি, চানা থক্লবা লাংগনি, ঐনা ফমেলদা ফমগনি, মানা নাকথগী নাকলদা মোবাদা ফমগনি। মখুৎতা চে-কলম পায়গনি, ডাইরি য়েংগনি, ঙসিনা কনাগী, করি লমদা, পুং কয়াদা, হয়েংনা কনাগী, করি লমদা, মানা লোয়না মথং মথং শিনখ্রবনি। বার্ত্তন মানা লৌই, মানা থাই, সিনি ইনাও ইবুংঙো, ঐসু পৈশা মঙোন্দা লোয়না পীশিল্লি, য়ুমসু মানা পুরিবনি।

"তাদা।"

ঐ খল্লি, তাদনা হায়রিবসি অচুম্বনি নুপী অফবগী মগুণ অঙকপনি। নুপী ফত্তবী, চিনগায়বী থেংনরুবা ইমুংদু অদুম পুংকায়।

ইনাও ইবুংঙো, ঐ ঙসি মঙানি শুরে। য়ুমদা চঙদবা, লাইরিক তৌবসু

চত্তে, ঙসি ঐনা ইনাওদংদি উনরমগে হায়দুনা, অদুগা গোবিন্দসু খুরুম্নমগে হায়দুনা লাকপনি।"

"করিগী তাদনা অদুক নুংঙাইশ্রবা য়ুমদু থাদোক্লগা কদায়দা চৎকদৌবিবা, লাইরিক থীবনা করিগী তোক্লিবা।"

"এ! ইবুংঙো মসিসু ৱাবী অমনি।"

"তাদা, তাদগী ৱারীশিং লোইনা ননাও তাজরে, অদুগা মসিমসু খরা তাহনবীয়ু। ৱারী লোইনা লীদ্রবদি মঙদা শামুনা তাল্লি হাযনৈকো।"

"হায়নৈ, হায়নৈ।" নোংদম্বা নোক্লদুনা খুন্মী।

"ইবুংঙো মসিমসু তারোকো।"

"তাদা।"

"হৌজিকসে লমতা থানি, য়াওশং মতুংনি। ইংবসু খরা খরা ফরক্লে, নহান ঙসি মঙানিগী মমাং লমতাগী ২১নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি। মসিদা ইম্ফাল লৈকায়দা সমেশ্বর ফীবোই অমা শোল্লি। ঈশৈ যাওদ্রে। লাইবিক্লা শোল্লি, ওঝানা লৌবা বর্ত্তননি। ঐসু ঙস্তা য়ৌবে, ওঝাসু লাকএ।"

"তাদা।"

"ইমুংদু অচৌ-অশাংগী য়ুম মাল্লি। য়ুমদু যাম্না ৱাংঙি। ডাইবেক্টরগী য়ুম্নি। লৈখিদবসু ডাইরেক্টরনি। কনাগী ওফিসার ময়াম, মন্ত্রী, এম এল এ লোযনা লাকই। ওঝাগা ইবানি তুমিন তুমিন য়েংনৈ। হায়নৈ ইবো ঙসিসিদি মওং অমনিহে নামসি খরা ফজনা শোঙ্গিকো। ঐনা খুন্মী ওঝাবু।"

"তাদা।"

"অয়ুক্কী পুং মাপল চপ চানা তিল্লে। মান্দোপ্তু মীনা পীক থল্লে, ভাবোক অকোযবদুসু ফজরে, সাধু বৈষ্ণব ঙাক্তা, ওঝাগা ঐখোয়নি মান্দোপ চঙই, ময়াম খুরুম্মী, অরাংফম্না লাইরিক হৌবগী হৌনবী তৌরে। লাইরিক হৌরে। ঐ পুক্লিংদা শ্রী শ্রী গোবিন্দবু খুরুমজদুনা নাম শোনবা হৌরে। ঐনা শ্রী গোবিন্দদা খুরুমজৈ, ননাইগী চীন-লৈ ফাজিনহনবীগনু, অকাও পরৈ লৈহনবীগনু। ঐনা শোনখিবা থীখিবা লাইরিক ময়াম অদুদগী ঙসিগীসিনা খ্বাইদগী হেল্লি। লাইরিক্কী মতাংসু নুংশিগ্রবা মতাংনি।"

"তাদা।"

শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু লম্বোইদুনা ময়ুম থাদোক্কুনা ময়ুম থাদোক্লমদাই মমা মচা কায়নরমদাই, মমানা মচাবু কয়াদা নুংশিজ্জবা, মচানা মমাবু কয়াদা নুংশিজবা মমা মচাগী বীদায়... ঐনা খুৎ-শা হায়দুনা, মীওগী পী চদুম চদুম তাদুনা ইমা ইমা হায়না কৌদুনা তৌবদুদি কনাগী অহল-লমন, ইমা-ইবেল, নহারোল, নুপী অঙাং লোয়না মান্দোগুদা ুবনি ইবুংঙো, পৈশাসি াবসি কিরুরে, মান্দোগু পৈশানা পুমঙৌ, ইস মতা অমনি ইবুংঙো।"

"তাদা।"

মদুনসু লোয়দে। গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মমাগী বিদায় ফংলবা মতুংদা মাগী ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াগা কায়নবগী মতাং, হে চান্নরবী প্রিয়ে ইমাগী মথায় নুংঙাইহল্লুকো, ইমাগী সেবা নীংথিনা তৌবীয়ু, ইমাগী পুক্লিং নুংশিহনগনু হাযদুনা তৌবদুদদি নুপীশিংসে লৈবা য়াখিদ্রমাল্লে, নুপী ঙাক্তা মথং মথং।"

"তাদা।"

"মমৈদদি। নুপী অমা..."

তা নোংদম্বা থবায় য়াওনা ৱারী লীরম্বদগী মখোল খিত্তং তপথৈ।

"কৈদৌরে তাদা?"

"ইনাও করিসু তৌদেদা।"

"নুপী অমা হায়রগা তুমিন্না।"

"ইবুংঙো ৱারীসি শ্বায়দা সুম তোক্লসিরা?"

"হেবা তাদা মতাং চাদেদা। ঐদি ৱারীদু যাম্মা তানীংলিদা নুপীদু কৈদৌখ্রগেনে?"

"ইবুংঙো, নুপীদুনা মচা নুপা অমগা নুপী অমগা মখুৎ শমদুনা পুশিল্লকই। নুপীদুনা হান্না খুরুম্মী, মচাশিংসু খুরুম্মী। পৈশা অদুগা।"

"অদুগা হায়বদি..."

"নুপীদু কপ্পী, য়াম্মা মথায় শোক্লা কপ্পী।"

"কমদৌনা?"

"অসুম্মা হায়, 'হো মোয় পাবুং, তাদা নোংদম্বা লাকএ, তাদা

নোংদম্বনা নঙগী সমেশ্বরগী লাইরিক থীবিররে, নঙদি লাইয়মলেন্দা লৈশ্রবনিনা, তা নোংদম্বা উনদ্রে। হো তাদা নোংদম্বা, ননাও চাউবদি লৈত্রে। ঐবু অদনা ফাবীদুনা তা চাউবদা লৈহনবীবদি ঐগী লাইবক য়াম্না ফরে। ঐবু তা চাউবনা লুনা তৌবীরম্মী, নুংঙাইনা থম্বীরম্মী। হা তাদা মোয় পাবুং' হায়রগা ঐঙোন্দা খুরুম্মগা কপ্পী, ঐ শ্বায় লাউই, মচাশিংসু খুরুম্মী। ঐ হঙ্গৎলগা য়েংলুবদা পূর্ণিমা ওইরম্মে। ঐগী থংনবা খুলদগী চাউবনা ফাবীয়ু হায়দুনা ইকোন কোন্না ফাবনি। অদুগা ক্রমদৌনা মাদি ইম্ফালদা, ও! ডাইরেক্টর ওইবদগী হোংগৎলকপা য়াই। ঐ নোঙ্খিবদগী হৌগৎত্রে। লাইরিকতি অদুম থী, ওঝানা কৈদৌরগে হৌগৎলো হায়। মাগী কপ্পদো লোইদে। য়ুম্মু কর্ম্মধারিনীনা মতম খরা লৌরে। মখা তানা কপ্পী।

'হো মোয় পাবুং, মীগী লমন তোনবা ফত্তে হায়না মীগী মরল অমত্তা তোঞ্জদ্রে, লোইনা শিংদোকপ্রে। তা নোংদম্বগী লুপা য়াংখৈদুসু ঙসি গোবিন্দগী মাঙসিদা শিংদোকচরে। হো মোয় পাবুং তা নোংদম্বা লাকএ। তা নোংদম্বা লুপা য়াংখৈসি শেন্দোয় শেল্লেপ পুন্না লুপা লিশিং অমা কৎচরি।"

ঐগী মাঙদা লুপা লিশিং চৎপী অমা থাদরগা খুরুম্মী। মচাশিংসু খুরুম্মী।

ঐনা কৌই, 'পূর্ণিমাসি।'

তাদা।

ভাবোক অপুনবা মথং মথং খুরুম্বা লোইরে। মানা ঐঙোন্দা হায়রম্বদু মীদি তাবা নত্তে, লাইরিক থীবা হায়বগী মখোলদুনা ওঝাসু তাদে, ঐ খক্তনি। ঐনা মানা মকোক খুম্নদুনা কপ কপ্পুনা চঙখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই। লাইরিক লোইরে। ভাবোক অকোয়বদু খুরুম্নে, ভাবোক হৌগৎনপ্রে, চাক থাগদৌবনিনা ঐখোয়সু হৌগৎলে। ঐ য়াম্না থুনা মফমদু থাদোক্লুনা চৎনিংলে। ঐনা পৈশাসি মশিং থিদ্রে। ঐগী মাংদা তাবদুনা ঐনা ফিদা হৈরুক খরগা য়োমশিল্লে, ওঝাগীদি মশিংদি থীদে, ফজনা থুপচিল্লগা ফিদা য়োমশিল্লগা ওঝাদা পীরে। ঐনা ওঝা ঐ খরা হান্না য়ৌজরম্মগে হায়না ভক্তি তৌই। করিগীনো নোংদম্বা হংই, ঐনা ওঝা হকচাং কয়া নুংঙাইতে, উৎসোপ চাবা য়াদে হায়দুনা ওঝা

থল্লল্লগা ঐ স্কুটর যৌদুনা য়ুমদা হল্লক্লম্মী।

ঐ য়ুম য়ৌরে। নতৈমনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐ গাড়ীদু শঙ্গোয়দা থল্লে, মাঙ্গোল কাখৎলে, ফমেন্দা কাখৎতুনা ফি হোংলে, ফি ময়ামদু নতৈমদা সে হায়না লংশিল্লি। মা ঐঙোন্দা করিনো খরা হংই। ঐগী নুংতিগী মান্নদবা মতৌসিদা মা ইচিং চিংনবা জাৎনি। ঐ ফমেন্দা মায় নোংপোক ওন্দুনা ফমদুনা বাখল তৌই। করিনো ঙসিসিবো, ও! চাওবা নঙ লৈত্রবকো, ঙসি সমেশ্বর, ও! নুংশিদা পুর্ণিমা নঙ লুপ্রা ওইরবকো। চুম্মী ঐনা নঙবু ফাদুনা চাওবদা পীব্রবা মতুং চহি ১ লৈরগা অৱাংপা লুপা ৫০ থৌবা নোংমা চৎলুই। নঙদি থেংনরক্কে। অদুগা পুর্ণিমানা কমদৌনা খঙলিবা, ঙাংনববুদি লুপা ২৫০দা ঙাংনবনি, লুপা ২০০ পীরগা লুপা ৫০ ৱাংহৌবনি, চাওবা পৈশা পায়দবনি। করিগীনো ঐনা লুপা ৫০ থৌরুরিবা। অদুগা ঙসি চহি ৩৪/৩৫গী মতুংদা চাওবা অচৌবা ডাইরেক্টর ওইরল্লবা, ইনাক খুনবা মী ওইরল্লবা, করি মীগী মরল অমত্তা তোঞ্জদ্রে, তা নোংদম্বগী অৱাংপা লুপা ৫০দু লুপা ১০০০ ওইনা শিংজরে।

"অস।" (ঐ খোল থোকই।)

(কৈদৌরে 'অস' হায়বদি, তা নোংদম্বা।)

নতৈমনা হঞ্জিন হংই, ঐ খুমদে, মমৈদদি খুমদবা য়াদ্রবদুদা খুম্মে।

ও! চাওবা লৈখিরমদ্রে, ঙসিসে মাগী সমেশ্বর ওইরল্লে।

চাওবা হায়বদি।

নখোয়গী মমাংগী খুলদগীদো। মাগী নুপীনা কপ্পদুদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে।

নতৈমা তুমীন্না লৈখি। খঙহৌদে মাসু কপথোক্লক্কে।

ও! তা চাওবা, তা চাওবা নঙ লৈত্রবোইরে। নপুন্সি তেল্লিদা। তা চাওবা অদুদগী অদুঙৈ মেরাগী পুর্ণিমাদা নঙগা লিকোল শান্নমীন্নখিবদো নুংঙাইবনিদা তা চাওবা হায়দুনা ও খোংদুনা কপ্লম্মী। ঐ হন্না য়েংলুই, মফিদুন মমাই খুমদুনা কপ্লম্মী। চাওবগী নুপীনা কপ্পগী ইকায়দুনা ৱাখল নুংঙাইতনা য়ুমদা লাকপনি। অদুগা তা চাওবা নঙগা লিকোল শান্নবা নুংঙাইবনিদা হায়না

কপ্পদুদা, এ! ঐগী থায়নগী মীহুল অরাংবীদু হৌরক্লম্মী। ঐ ফুক হৌগৎতুনা গন্তীনি ঐ চৎলে, ঐগী চাক হাম্বুনু, ঐ য়ুমদা মতম খর হন্নকখিরোই হায়রম্লগা ইনাও ইবুংঙো ঐ য়ুম থাদোক্লবনি, ঙসিগা মঙানি শুরে। ইবুংঙো।

তাদা।

ৱারীশিংসি তারেদনা, ঐখোয়নি মতম খরা কায়নরসিকো হায়রম্লগা হৌগৎতুনা চৎকে তৌই।

খঙহৌদে নুপী অমা তুংদগী ফল চোংশিল্লক্তুনা তা নোংদম্বা ফারম্মী। ঐসু তাদসু ইঙক ঙক্কা য়েংনরম্মী।

নুপীদুনা,

ঙাইখো তা নোংদম্বা, ঐ ঙসাইদগী ৱারীশিংসি লোয়না তারিবনি। তা চাওবা লৈত্রগা নঙনা কৈদৌবা য়ুম থাদোক্তুনা চৎকদৌরিবনো? ঐগা চাওবগসু করিসু মরী লৈনদে। চুম্নদা নুংশিদুনা কপ্পনি। অদুগা নংনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা।

ঙাইখো, নঙবু অঙাংলা, অহল্লা, নাম শোল্লিবা নঙনা অদুগুম্বা অমাংবা ৱাখল, অদুক পুকচেল পীকপগী ৱাখল অঙাং মচাদৌনা।

বর্ত্তন্না মথং মথং খুৎ হাংদ্রে, পৈশানা কোয়তান তান্নরবা কান্সিদা অঙাং মচাদৌনা ঙাওশিন্নরদনা, নহানগী পৈশাদু খঙব্রা লুপা লিশিং অহুম শুই। অদুগা ঐবু চিংনরি, চুম্না নুংঙাইতদুনা কপ্পনি।

লাউ গোবিন্দগী মমাংদা ৱাশক্লগনি, তা নোংদম্ববু মখুৎ পায়দুনা চিংপ্রে, য়ানিংদা য়ানিংদা মতুং ইন্নপ্রে। মখোয়নি লাই খুরুম্মীন্নখি, লোইরদুনা থোঙ্গালদা থোকখি। ঐসু লাপ্তক্লা মখোয়গী মতুং ইন্নে, ইতেমনা-ইবুংঙো নঙবু করি লমদগীনো নমিং করি কৌবগে হংলকই?

শরত, ঐ অরাপ্পা খুলদগীনি।

য়ুম-কৈ পাল্লব্রা?

পান্দ্রি ইতেমা।

এ! অদুদি নঙ তা নোংদম্বগা তান্নসি লাউ। মী খুদিংগী নোংদম্বনা তম্বা অমা লৈবনি, তা নোংদম্বগী নোংদম্বনা তম্বা নোংদম্বা ৱারী তারেদনা।

ইতৈমা।

ইনাওগীসু নোংদম্বগী নোংদম্বা অমা লৈরমগনি, করিসু য়ারুনু, ঐখোয় চৎলে ইবুংঙো।

মখোয়নি চৎত্রে। তা নোংদম্বা মতম কুইনা য়ুমদা হঞ্জিল্লক্রবা মণ লাবা মপুনা থেংনদুনা মঙকশমদা কোনথৌরি হুক্তুনা চিংদুনা পুখিবগুম মাগী নুপীনা চিংদুনা পুত্রে। ঐঙোন্দা হন্না হন্না য়েংলকই। ঐসু মাবু য়েং য়েংদুনা লৈহৌই। ঐনা খল্লি, তা নোংদম্বগী নোংদম্বনা তম্বা নোংদম্বসিদি।

# ফেব্রুৱারি

জনুৱারিগী পোইলা তারিক্তি। ফেব্রুৱারি থা হৌরগনি। তা তোম্বা ওফিসতা গুনতানা লাকই। মাগীদি নুংতিগী পুং ১০:৩০ নংনবা ওফিস লেপ্তুনা কায়। থবক হেক তৌরকপদগী গুসি ফাওবা পুং নংনবা কায় হায়বা য়াই। হোই নোংম-ফাদোক খর থেংবসু য়াওরম্বা য়াই। তা তোম্বা গুসি ফাওবদা ওফিসসিদা থবক তৌবসিদা লোইনরকইসি ওফিসার মণ্ডাদি শুগ্রে। ওফিসারশিং খর মত চান্নবসু য়াওই চান্নদবসু য়াওই। অদুগা তৌবদি হুন্দক্কী ওফিসারসিনা খ্বাইদগী মত চান্নবা হায়বদুনি। মত তিন্নরম্বা হায়বদুরা করিনো, তা তোম্বসু ওফিসারনা হায়বা য়াই, ওফিসারসু তা তোম্বনা হায়বা অদুম য়াই। য়াবা হায়ববু ওফিসারসিদি লম্বীদা পান দুকান্দগী ক্বা চাদে, তা তোম্বনা য়ুমদগী ক্বা নত্তুনা, লম্বীদগী চা থক্তে, তা তোম্বনা ওফিসতা লোনবা নংত্রগা য়ুমদগী লোল্লকপা নত্তুনা। তা তোম্বা মশা য়াম্না নানজে। কুচু-কুমেন ঙৌই, ঈ-থাংনা ঙৌই, তঙাং-তঙাই। মশম মনা য়াম্না ফৈ। শমহাংসু মতমগা চান্নদে। মমাংঙৈ হায়গদ্রা, থায়না হায়গদ্রা মতমদুগী লৈশাবীশিংনা ফি ইল্লিঙৈ,পাখংশিংনা খোঙ্গ্রাও অবাওবা শেংলিঙৈ মতম্নি। মতমদুগী পাখংশিংদু শম্বোংবী হায়বা শমহাং অমা হাংনরম্মী। য়েংবদা য়াম্না ফজে। মতমদুদগী হৌরদুনা তা তোম্বা শম্বোংবী হাংপসি গুসি ফাওবা ওফিস কাবদা হাংলি। মসিনি তা তোম্বগী থোইদোকপা গুণ অমা। তা তোম্বা চহি ৬০ হেল্লবা ফাওবদা চহি ৩০ রোমগী মীওই মাল্লি। তা তোম্বনা পামজবা ফুরিংকী মচু অঙৌবা অমসুং অশংবা অতিয়া মচুনি। খোঙ্গ্রাওগী মচুনা অমুবা নংত্রগা হিগোক মচুনি। কালেনগী মতমদদি ফুরিং হাল্ফ, শঔনগী শেন্দল, নিংথম থাদা ফি-খোংউপ অদুগা হিগোক মচুগী জরসি লিংলি। ফুরিং-খোঙ্গ্রাও ইসত্রি ফজনা তকই, মমি ফজনা তাই। ইসত্রি

তক্কবা ফি নোংমতা শেৎপা উদে। ওফিসকী মপান্দা, লম্বীদা নৎত্রগা মনুংদা ফম্লিগৌদা ওফিসার ওইরবোই নিংদুনা মীশিংনা তা তোম্ববু সলাম কৎলি। মহাক ওফিসকী কাদগী পংহেন হেন্দে। মাগী ওফিসারনা তৌ হায়বা নত্তবা অতৈ থবক তৌদে। মাগী ওফিসারগী কাদা ফমদুনা ব্রারী-ব্রাতাই শাবা মাগী হৈনবীনি। নোংমদি ষ্টাফ কাগী নুপী অমনা ফাগী তৌরম্মী। তা তোম্বা ঐখোয়গী কাদসু ফমসি লাও, ক্কা লৈবীগে চাসি লাও। তা তোম্বনা খুম্মী অহোয় ইবেম্মা। অহোয়দা মহায়, লাকপদি শুংলাক লাক্তে। কৈনো তা তোম্বা, তা তোম্বগী শম্বোংবীদু ঐখোয়সু খরা য়েংগে করিনো। ওফিসারনা মথম্তা শুম য়েংহল্লগে হায়রিরো। ওফিসারনেনা ময়ুমদি হেক পান্দদনা নুপীশিংদো নোকখিবগী মখোল তাই।

তশেংবনি তা তোম্বা, নুপীশিংদি লায়রদুনা নুপা ফাওবা তা তোম্বগী শকসি হেক্তা য়েংনিংই। মীনা য়াবা শক হায়বদুনি। ওফিস খক্তগী ব্রা নত্তে, লৈকায়দসুনি। ইখোলদু পংচাও চাওদে। তিন্না কুপ্পা য়ুম মচা, মমাং শঙ্গোই মচা অমগা তনাল তনাল লৈ। শুমাং নুংতিগী ব্রাই তৈ, তুলসিবোংগী বৃন্দাদেবী নীংথিনা পুজা তৌই। ইখোলগী মনা-মশিং মরাং কায়না হৌই, শুমাংগী, শঙ্গোয়গী অকোয়বদা লৈসু মরাং কায়না হৌই। কোম্বোংগী পুম্ত্রিমচাদুসু কয় নীংথি, তরু তরুই, পুম্ত্রিগী অকোয়বদা লৈ মরাং কায়না হৌই। য়াম্না ফজরিবদি, পুম্ত্রিগী মপালদা লৈহাও পাম্বীদুদি শজিবু, কালেন্দা মরাং কায়না শাৎলি নুংতিগী ওফিস কারকপদা ফুরিৎখাওদা লৈহাও অমা অনিদি হাপ্পী। মদু হৈনব মীশিংনা লৈহাও লৈনমসিদি হায়দুনা মীনা কোইথি থিনৈ। ওফিস কারকপী নুপীশিংনা লৈহাও অমা অনিদা নৎত্রগা লৈহাওগী নাচোম শেম্বীযু হায়দুনা ত তোম্ববু কোইথি থিনৈ।

ময়ামগা মান্নদবা থৌদোক্নি। লৈহাও শাৎপা মতমসিদদি তা তোম্ব লৈহাওগী নাচোমদি নোংমগী শোয়দনা শেম্লগা ওফিসারগী টেবলদা থমদব য়াদে। ওফিসার অতৈদি তৌখিদে। হন্দক্কী ওফিসারসিদি লৈগী লৈনমদা, লৈগ মচুদা শাওবগুম তৌই। ওফিসকী থবকসু য়াম্না ফজনা শুই, চাংসু য়াম্না নাই মীনসু য়াম্না নুংশি।

পুং ১০ চপ চানা তারে। ওফিসার থুংররে। তোম্বা ফম্লম্বদগী ওফিসারগী গাড়ী মনাক তান্না পরপ পরপ চঙশিল্লম্মী।

সার।

তা তোম্বা- তোম্বনা সারগী বেগ পায়, মাগী মতুং ইল্লি, মাংদা, পরপ পরপ চৎখৎলি। থোং হাংই। ওফিসার চংই। হান্না তোম্বনা কাদু শেংদোকপা লোয়খ্রবনি। কাদুগী থোংজিলগী ফক্লাংদা শ্রী কৃষ্ণগী লাই অমা থেৎলি। তোম্বনা দুগ থাদুনা থেৎলি, কাদুদি হান্না থাখ্রবনি। কাদু দুগ অদুগী মনম্না ব্রা ব্রা লাওনা নম্মী। সারনা নুংতিগী মতৌগুম শ্রী কৃষ্ণ খুরুম্মী। ফম্বদা লাইবক কৎতুনা ফম্মী।

তা তোম্বা!

সার- ঙসিগী দুগ অসি মনম ওস্থোক্লা নুংশিখ্রেদা। তা তোম্বা লৈহাওদি?

সে সার হায়দুনা ফুরিৎখাওদগী লৌথোকলগা সারদা পী, সার লৌই। ইস, অদুত্তং মনম নমলগা চেয়ারদা ফমথরম্মী।

তা তোম্বা।

সার- তা তোম্বা ঙসিদি করি এঙ্গাং চারকপগে? ঙা থোংব্রা?

সার, নত্তেদা, ইচম চম্মী, ·হঙ্গাম থোংবা অমগা আলু মেৎপা অমগনিদা।

হঙ্গামদি কৈথেলদগী তা তোম্বনা ব্রাকিং চৎপদা লৈবকপ্রা?

নত্তে! সার, কৈথেলদগী এঙ্গাং-নাপী লৈবা নতৈমনা য়াদে, ঐখোয়গীদি ইখোলদা মনা-মশিং পুম্বা নতৈমনা লোয়না থাই।

তা তোম্বা চুম্মী। তা তোম্বা হৌজিক্কী মতমসি য়াম্না ফৎত্রেদা। কৈথেলদা য়োল্লিবা মনা-মশিংসি য়াম্না ফৎত্রবনি। পোৎ খুদিংমক হার, তিন হীদাক লোয়না থাকই। চাবদা হকচাং য়াম্না শোক্লরবনি। মণিপুরসি মী নাবগী চাং য়াম্না হেল্লে। তা তোম্বা থায়নগী অহলশিংদি অশেংবা নুংশিৎ, অশেংবা চিঞ্জাক চাবনিনা মশা শোক্লরমদে। য়াম্না পুক্সি নুংশাংনা হিংনরম্মী। অদুগা হৌজিক্কী মীশিংদি য়েংঙুদো, ডাইবেটিসনা নারে হায়বনে, গাউট, কেন্সর, এ! য়ামখ্রে লায়নাশিংসে তা তোম্বা ঐখোয়না চারিবা মনা-মশিং, হব্রাই-চেংব্রাই,

চেং-চাকসিদগী লোয়না থোক্লকপনি।

মানি সার...।

ঐসুনি তা তোম্বা বজারদগী এলাং মনা-মশিং লৈদে যুমদা কল্লা থাবা হোংনরি।

সার...।

তা তোম্বগীদি ইতৈমনা লোয়না থাই হায়। ইতৈমনা থাবা মনা-মশিং চাবদগীনিনা তা তোম্বনা হৃকচাং ফনা শক ফজনা লৈরিবসে।

সার...।

তা তোম্বা ইকাওবু কাওই। পুং ১১ তারে। ষ্টাফতা কনা কনা লাকপগে য়েংঙুচো। হেড ক্লার্ক ঐনা কৌরি হায়য়ু। অদুগা ফাইলসি শুবা লোইরবনি মাগী টেবলদা থনম্মু। অদুগনে অনৌবা লৈত্রা হংঙু। অদুগা নুপীশিংদু কনা কনা লাকঅগে য়েংঙু।

সার- তোম্বা ফাইল পুদুনা থোকখি। হল্লকই।

সার- হেড ক্লার্ক লাকহৌদ্রি, ফাইলদুদি মাগী টেবলদা থল্লম্লে। অদুগা রাধামণিদি লাকহৌরে, কুমারসু লাকহৌরে। অতৈদি ইউ উরমদে।

তা তোম্বা, মণিপুরগী চৎনবীনি। ওফিস অব্বার পুং ১০:৩০নি হায়বসি লোয়না খংনবা ঙাক্তনি। অদুবু মসি থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদে। পুং ১০:৩০দা ওফিস কাগদবনি হায়বসি ওফিসার কয়া কয়ানা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রবা ব্রাফমনি। ওর্দর কয়া থোক্লবনি। অহানবগী খরা কারম্মী। অমুক হেক্তা কাদে। মসি সমাজসিদা য়াম্না চাওনা নারিবা লায়না মথল অমনি। করম্বা কান্দা লায়না অসি ফরক্কদগে হায়বা ঙমদে।

সার-

তা তোম্বা য়াম্না থুনা ষ্টাফ মীটিং তৌদবা য়াদ্রবনি। হেড ক্লার্কসি য়াম্না তোয়না ওফিস কাদে কৈদৌরবা জাৎনোনে।

সার মাসি অনা-অয়েক য়াওবা মাল্লি।

তা তোম্বা ঐ যুমদা লৈকায়গী লুহোংবা অমা লৈ, ঙসিদি ওফিসকী থবক য়াম্না শুররোই। দিল্লিংদা অতোম্না ফাইল থাজিল্লকঅনু হায়রুচো।

ফনি সার (তোম্বা চংখি, হল্লকই) সার হায়জরম্লে, নুপীখৈসু শুম্নৈরে, নুপাসু অয়াম্বা লাক্লরেদা, হেড ক্লার্কতা ঙাইরে।

ফরে তা তোম্বা, মা লাক্লবদি ফাইলসু চঙলকলোই। তা তোম্বা ফম্মু ঙসিদি করিনো ঐ পুক্লিংসি ইরাং লাংবগুম তৌই, ইবা ৱাবগুমসু তৌই, ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা ৱারিদুম শান্নসি।

ফনি সার।

তোম্বা থোংগী মরুমদা ফম্মী। টেবলগী মমাংদা থারিবা মাইখল অদুনা ওফিসারগা খল্লি। সাহেপ ফাইল শুদ্রে, ৱাখল অমা সুম খনবগুম তৌই।

মীওইবগী পুক্লি অহোংবা নাই।ঐনা নুংতিগী থবক অমা শুরবদি নোংমদি থবক অদু শুনিংলোয়। যুমগী নুপীনা মাগী মথৌনি হায়দুনা নুংতিগী চাক থোংবা, কোল-লিক, ৱাইরম শেংবা, লাই থাউমৈ থানবা নোংমদি মা শোয়দা অতনবা পোক্লগনি। ৱাসু ৱারমগনি।

করি ৱাখল খনবগীনো সাহেপ ঙসিদি য়াম্না কুইরবা নুংশিরবা ৱাফম খরা হৌদোক্লম্মী।

তা তোম্বা।

সার।

তা তোম্বা ইতৈমগী মীংদুবু করি হায়বনোনে।

বানি কৌই সার।

ৱানি (যাম্না ফজেনে) ইচানুপী অমখক্তং পোকই হায়বা।

হোয় সার।

ইচানুপীগী মীংদি।

শান্তিবলা কৌই সার।

শান্তিবলা, চুম্মী। ইং-তপ্লবা, মশা নানবা তা তোম্বনা পোকপা ইচাদি ইং-তপ্লা তাবনি। শান্তি লৈবী নুপীমচা ওইবাতাবনি। (খরা তগুক্লা) ইতৈমসু ইং-তপ্লমগনি। চহি মঙা-তরুক লোয়নরকপসিদা তা তোম্বদি নোংমতা শাওবা উদে। মসি মাগী নুপীনা ইং-তপ্লদগী ওইরম্বা, য়াই ফনা হায়বশানি, নুপীনা ইশৌ তোয়না মরাংঙদবু কনাগী নুপানা ইং-তপ্লা জ্ঞান লৈবা ওইদৌরিনোনে।

সার! (তোম্বা খিওং তাবগুম তৌই)।

তা তোম্বা, নোংমা তা তোম্বনা হায়খিবা লাইবক্লা তম্বনি হায়বদুগী অর্থ করিনোনে, তা তোম্বগী ইতৈমদুবু লাইবক্লা তম্লম্বা হায়গদ্রা নংত্রগা তা তোম্বনা য়াম্না হৈনা খিরম্বরনে।

সার, মদুদি- তোম্বা খুমদে, খুমনিংদবসু মাল্লি, ওফিসার অসুক কুইম্রবা য়ুম পানবগী ব্রারীদু কয়া হায়নিংদবগী মতৌনিদা।

তা তোম্বা সিনিদা, থায়নগী য়ুম পানবগা হৌজিক কালগী য়ুম পানগা য়াম্না খেৎনরে। থায়নদি মমা/মপানা ইচাগী মৌ থিরগে হায়দুনা লৈকায়দা, মরী-মতাশিংদা পাউ চংনদুনা কনা কনাগী মচা লৈশাবী মশক ফজবা লৈবগে, করি য়েক্লো, শাগৈ করিনো, মমা/মপা পু-পাং শুব্রা শুদব্রা, কোয়হং হংনবম্মী। মমা/মপানা ফি নান্না নান্না শেৎতুনা মৌ হায়বা চংলিবনি হায়দুনা চংনরম্মী। মথায়না তাবা মৌ ফংদদুনা য়াম্না বানবম্মী। হায়নবা অমা লৈ। মৌ থিবা হায়বসি তথা নত্তে, ফৈজোম অমা মন্দ্রিবফাওবা মৌ ফংদে হায়নরম্মী।

সার অচুম্বনি।

মতমদুদা থিবা মৌশিংদু অহল-লম্মন্না হায়বা ফজনা ইল্লি, য়ুম ফজনা পাল্লি হায়নৈ।

সার,

অদুগা হৌজিক্তি মমা মপানা মৌ হায়নদ্রে। মানা মনা অপাম্বা পংপুদা পুনরকএ। ইমুংদুগা চান্নবসু য়াওই, চান্নদবসু য়াওই। লুহোংলবা থা ফানদ্রে, তোঙান অদুম চান্নরে। নংত্রনে তা তোম্বা।

অদুবুদি ঐখোয়গী লৈকায়দা থৌদোক অনি থোকই।

হায়য়ুনে তাসি।

ঐখোয়গী য়ুমগী অবাংদনি কোম্থোং অহুম-মরি লাপনৈ। মপাদুসু ঐগী মাম্মা থোকই, মমাদুসু ঐগী ইনে থোকই। মচা নুপা অমগা নুপী অমগা পোকই। নিংঙোলদুসু ময়ুম পাল্লে। মচানুপাদু মরমদি অদুম মোকই। মাম্মনা ইঞ্জিনিয়ার ওইহন্নিংম্রদুনা লৌ পারি অমা য়োম্থোক্লগা ইঞ্জিনিয়ার তমহনবনি। থবকসু তৌরে। এসো ওইরে। কুইদে থবক তৌবগা নুপী অমা চেনশিল্লকুনা

লুহোংলে। অহানবদদি মাম্মগা ইনেগদু মমৌ লাকপদা ওম্ভোক্লা হৱাওরম্মী। অদুবু কুইদে থা অনী-অহুমগী মতুংদদি মৌদুনা য়ুমদা লৈবা নুংঙাইতে। কার্টরদা লৈরুনি হায়দুনা নুপামচাদু হৌদোং মপীনা মচা চেনবগুম পুদুনা চৎস্ত্রে। মাম্মগা ইনেগদু মখ্বায় নুংঙাইতনা অদুম য়েংদুনা লৈহৌই। মাম্মদু ৱাখল নুংঙাইতবদগী ৱাখলগী লায়না নাদুনা হৃদক্তা লৈখিদ্রে, ওম্ভোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। সার।

এ! বিষ্ণু বিষ্ণু, ওম্ভোকপনি। মাম্মদুনা মচাদু ইঞ্জিনিয়ার ওইহননিংদুনা লৌ পারি অমা য়োল্লগা ইঞ্জিনিয়ার তমহনবা, অদুগা তলপ চারগা মমৌনা পুদুনা চৎশ্রবা, মাম্মগী মচাদু মমৌগী ওইশ্রবা।

ওইখ্রে সার, ইনেদুদি মচাগা ময়াগা লাক্কুনা য়ুমদুদা পুল্লপ লৈমীন্নরি। অদুগা অতোপ্পা ৱারী অমসু লৈ সার।

তা তোম্বা, হায়য়ুনে তাসিনে, মীৱা ঙাইহাক ঙাংনসি। মীৱা ঙাংদুনা মতম লেনবসি নুংঙাই হায়নৈ। ঐ ঙসিদি মুদ অসি ইনুং নুংঙাইতে। তা তোম্বগী ৱারীসি তারগা ৱাখল খর নুংঙাইব্রা য়েংগে।

সার, মসিনা মখা থংবা লৈকায়দুদনি। ইমুংদুসু ইনাক অদুম ময়াই ওইরপ্লা খুল্লি। মপাদু হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরম্মী। মচানুপা অনিখক্তং পোকই। মচা অনিদু লাইরিক য়াম্লা ফৈ, মরমসু য়াম্লা মোকই। মপাদু লাইবিক হৈবনিনা মচা অনিদু ফজনা শেম্মী। অমনা ইঞ্জিনিয়ার ওইহল্লি, অমনা ডাক্তর ওইহল্লি। মপাদু মীনা ফজনা ব্যবহার তৌনৈ, মচা শেম্বা হৈ হায়না মীয়াম্লা ঙাংনৈ। মচা অনিমক পুন্না লৈনবনি হায়দুনা য়ুমদু মথক মখা শাই। অহুমশুবা মথোলসু হাপ্পী। মপাদুগা মমাদুগা য়াম্লা নুংঙাইনা মচাশিংদুগা লৈমীন্নৈ। অদুবু কুইহৌদে। চহি অমদা মৌ অনি মথং মথং চেনশিল্লক্তুনা লুহোংলে। লুহোংবকাদি ওম্ভোক্লা চাওনা হোংশ্রবজাৎনি। ডাক্তর, ইঞ্জিনিযার লুহোংবা হায়রেদনা।

অদুদগী কৈদৌবা তা তোম্বা।

ডাক্তরদুগী নুপীদুদি কলেজগী ওঝানি, অদুগা ইঞ্জিনিয়ারগী নুপীদুনা কেরানিনি। নুপী মপাম অনিমক লোয়না ইনাক খুল্লি। ডাক্তরদুনা হান্না হোংই। মপাদুসু ওফিসার ওই, য়াম্লা ফজনা উল্লকই। এ! মপাদু য়াম্লা ফৈ, নাপল ইতৌ

তৌজদে, সমাজনা য়াগদৌবা ইচম চম্না অদুম তৌই। কার অহনবা অমদি য়াওইকো সার।

ফৈ ফৈ তা তোম্বা।

থা ৫/৬ কান্নরগা ইঞ্জিনিয়ারদু হোংবনি। নুপীদুগী মপাদুদি মতমগী য়ক লাউবা, ঠিকাদারনি, মন্ত্রী অমগী য়াম্না নকপা মীনি হায়। লুহোংবদু ইচম চম্না হোংখিদ্রে। কনাগী মণিপুরগী ঠিকাদার ময়াম, মন্ত্রী, এম এল এ লোইনা তিনবোই খল্লি। মপা ঠিকাদারগী নাপল, কদর অঙকপনি। নুপা মপাদু পুমঙাও ঙাওই। ডাক্তরগী নুপীদুনা কার উল্লকই হায়বদুদা মাগী মচানুপীদুগী কার অহনবা অনি পীরকই। সনা মোহোর কুনগুম্বা য়াওই হায়নৈ।

অদুবু সার।

তা তোম্বা।

মমৌ অনিগী অউনপোৎ ফন য়াম্না পুরক্লবসু তাদাগা ইতৈমগদু নুংঙাইফম খঙখিদে। কুইহৌদে, লুহোংবা মতুং থা অমগী মতুংদগী ইমুংদুগী লাঞ্জাও অমা হৌরকএ।

তা তোম্বা

মৌ অনিদু উশিংনদ্রে। মত মান্নদ্রে, য়ান্নদ্রে, খৎনবা হৌনরে। মপাম মপামদা তাক্লরে। নোংমদি মৌ অনিদু মাঙ্গোলদা মশম ফোইনৈ হায়। লৈকায় কুম্প্লে ওইনখি। মৌ অহলদু খরা শোকই। ডাক্তরদা পুখৎনৈ। নুপী মবুংদা পুলিস ও.সি.নি। নুপী পুলিস লাক্কুনা মৌ য়াইমদু জেল য়ৌখি। মদুগী মালোমদুনা নুংঙাইনদবদগী নুপী মপাম অনিদু কবক করক য়েংশিন্নবদগী মখোয় মশেলসু খৎনখি। ঠিকাদারদু খরা শাথিবা মীওইনি মন্ত্রী ফাওবা য়ৌনখি। নুংশিনা মপা মমা ইবোহল, ইবোয়াইমা কৌদুনা চাক চাকলুক অমত্তদা চামীন্নবা, ফমুং অমত্তদা তুমীন্নরকপা মচিন-মনাও অনিদু মাগী মাগী নুপী হাকন চঙবদা অমনা য়োৎপাক, অমনা শিংজং পাযদুনা নোংমদি য়ান্নগে তৌবদা লৈকায়না খামদোক্লখি। ক্লব, লৈকায়গী মৈরাপায়বী ময়াম হৌদুনা ওঝাদুগী ময়ুমদা ব্রায়েলখি। মচা অনিমক মাগী মাগী নুপী পুদুনা ক্বাটরদা চৎহনখ্রে। অদুগা তাদা ওঝাদুনা ইতৈমদু মচা অনি চৎখিবদুদা মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইখিদে। মচা চাওরগা নুংঙাইনি খঞ্জবা

তাদাগা ইতৈমগা নিংবা কাইখি। মচাশিংনা লৈনবা ফজবা তাদগী য়ুম্নদু লৈকায়গী মী অমদা নুপীমচাশিংগী হোষ্টেল ওখোকহল্লগা য়াম্না লাপ্না খুঙ্গং অমদা চৎখ্রে। অদুগা মমাদুনা মচাশিংগী ৱাখলগী লায়না ওইনা লৈখিদ্রে হায়, ইকুই কুইখিদ্রি।

অস! তা তোম্বা, বিষ্ণু বিষ্ণু, (মকোক পায়দুনা খাংই।) তা তোম্বা য়াম্না কন্না কোই। তা তোম্বা চংই, ইপা পাখৎনা।

সার কৈদৌরবগে।

তা তোম্বা ঈশিং, ঈশিং খরা পীয়ু।

সার! (ঈশিং পী, থকই।)

তা তোম্বা ৱারীসি তোক্লসি, মীগী ৱারীসি তোক্লসি। (মুরুম মুরুম শোল্লি) তাদনা ইতৈমগী মৱা ইনবদগী য়ুম থাদোক্লগা চৎখিবা, তাদনা ঐবুসু ফুবীরম্বা, য়ুমসু থুদেকপীরম্বা, ও পাজিদো ৱাখল লায়নাদুনা নাখিবদো। তামো নহাক ইম্ফাল নিংঙোল লৌরমদ্রবদি পাজি, ইমা, ঐ কায়নরম্লোইকো।

সার করিনো। পাজি ইমা হায়,

নত্তেদা তা তোম্বা, তাদদুগা ইতৈমদুগদু নুংঙাইতেদা।

মান্নি। সার, হৌজিক্কী মতমগী মৌশিংসি অহল লমন য়ানবা চৎপা ঙমদবা, থকসি-খাসি নাইদবা, মচিন-মনাও নুংশিনদবা অসি চৎনবী অমা ওইনা চৎনবক্নে। তলপ্পু চারগা নুপী হেক থিবগা তোংঙান চাবা হায়বসিসু চৎনবী ওইনরক্নে।

মসিনি তা তোম্বা, ঐনা য়াম্না নুংঙাইত্রিবা। অদু তা তোম্বা, তা তোম্বদি ইমাসু লৈরি, পাজিসু কুইনা লৈমীন্নরম্মী হায। তাদগী ইতৈমনা তোংঙান চাসি হায়দ্রো।

এ! সার (খিত্তং নোক্লদুনা) হায়দে, নতৈমদি অদুগুম্বা ৱাখল লৈতেদা।

অদু তা তোম্বা, তা তোম্বনা ঐগা তিন্নরিবসি চহি মঙা তরুক ফারে। ঐগী য়ুমদদি তা তোম্বা লাকখ্রে। ঐদি নোংমতা লাক্কে লাক্কে খনবানি, অদু লাকপা ঙমদা লৈরি। অদু তা তোম্বা, তা তোম্বগী ইতৈমগুদু পাওজনা হায়রগা

লুহোংব্রা নংত্রগা তাদনা ইখোংনা চৎলগা থিরব্রা?

সার। (তোম্বা খুমদে।)

তা তোম্বা খুম্মুনে, মীগী ৱারীদি তা তোম্বনা লিগ্রে। ইশাগীসু খরা তাসিদনা।

সার (য়াম্না তন্না) হায়দোকপা ইকায়দা।

করিনো? অঙাংসু নত্তনা, হায়দোকপা ইকায় হায়বসিবো, হায়য়ুনে হায়য়ুনে।

সার শুমদৌবনি। লাইবক্লা তম্বা হায়বদুনি। ঐনা হৈ-শিংদুনা তৌজবা নত্তে। ঐসে য়ুম অহুন্নক পাল্লি।

ঐনা ৱারী লিজখিবা, ঐগী মাম্মগীদা তাবা দষা, লৈকায়গী ওঝাদুদা তাখিবা দষাগুম্বা ঐঙোন্দসু তাগে তৌরম্মী।

তা তোম্বা,

ইং ১৯৬৮/৬৯দা ঐ মেত্রিক থাবনি, মতমদু ইমান্নবা ময়াম কোইবা চৎপা, ঐ অদুম য়াওরম্মী। পাজিনা পরিক্ষা ফেল ওইনি, পংকোই কোইনু হায়বিখি। ঐ থোয়না তাখিদে। মতমদুগী মণিপুরগী হরাও কুম্মৈ অঙকপনি, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানি জন্ম, য়াওশং থাবল চোংবা, লিক্কোল, কাং চিংবা এ, ওহ্লোক্লা য়ামখ্রেদা ঙসি ফাওবদা হরাও কুম্মৈসি হন্দ্রি, হৌজিক্লদুম হেনগৎলকএ।

চুম্মী তা তোম্বা।

মণিপুবসি নহারোলশিং মাংনিংঙাইনি, কুম্মৈ-হরাও অসুক তোইবা লমসিদি। পাখং ফারকপসিদি সার য়াম্না নুংঙাইনিঙাই। তুংগী কয়া খন্দে, হৌজিক হৌজিক্কীনি খল্লিবা। মতমদুগী ঈবাংদুদা ঐসু য়াওশিল্লে, ইমান্নবশিংদুগা কোয়বগী প্রোগ্রাম, সিনেমা য়েংবগী প্রোগ্রাম নোংমা কাংদে, ঐগী খরচতি ইমানা কৈথেল কাবনিনা, মথন্তা পোকপা মচানি হায়দুনা পৈশা অদুম ৱাত্তনা পী। মতমদুগী ইমান্নবশিং, তিন্নরুবা লৈশাবীশিং হায়বদি মতমদুগী মীওইশিংদু ওইদবা ৱা ঙাংনদে, অচুম্বা ঙাক্তা ঙাংনৈ, শাওনদে, ষত্তবা ৱাখল খন্নদে, অচুম্বা অশেং-অশেংবা অদুম হায়নৈ।

তা তোম্বা,

কোয়বগী ইরাংদুনা হেনমনখিদুনা ঐ মেত্রিক পরিক্ষা ফেল ওইরে। পাজি মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতে, ঐসু ইকায়দুনা য়ুমদগী মপাল কুইনা থোকখিদে। তৌবদি ঐখোয়গী লৈকায়দুদা মেত্রিক পরিক্ষাদা মী মঙা থাবদা মী অমথক পাস তৌই। ঐখোয় মরি পাস তৌদ্রে।

তা তোম্বা,

কদোমদগী লাকপা ব্রাখলনো খংদে, থংনবা খুল অমদগী ঐনা কোইজবা নুপী অমা চেল্লুরে।

তা তোম্বা, অদুদগীদি,

পাজিনসু ইমানসু কৈদৌরুনো হায়দুনা ঐবু লুহোংবীরে। ঐ য়ুম পাল্লে। খঙনদুনা লৌরুবনি। ব্রাখল হায়ফেৎ মান্নে খনবনি, অদুবু তাইওন্নগ্রে।

মরমদি,

ইমুংদুসু অচাওরম খরা কাবা ইমুং ওইরল্লে। মপাদুদি কয়া হায়জদে, মমাদুনা লাইরক য়াদে, পৈশাসু পায়দবা, লাইরিকসু হৈতবা, তলপসু চাদবা, মচিন-মনাওসু য়ামদবা নঙোন্দা ইচা থাজবা য়াদ্রে, ইচা মাংবা তারে হায়দুনা মচানুপীদা ইনশিন্দুনা ঈরাং শাগৎতুনা ইমুংদা খৎনবা হৌরে। য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈতে, য়াম্না কোই। থবক চৎলবনি হায়দুনা পংচৎতা চত্তুনা লৈ। চাক থোংঙু য়াদে, তুলসিবোং ব্রাই তৈদে, লাই থাংমে থাদে, ইমানা লোয়না তৌই, ঐনা ফনা হায়। য়াদে ব্রা অমত্তং হায়রুবদা লাইরিক হৈতবো, তলপ চাদবো হায়দুনা ঐগা অদুম খৎনদুনা লৈরে।

হায় তা তোম্বা অদুদি? (য়াম্না তানিংনা।)

ঐসু নিংবা কায়রে। ইমা পাজিসু মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইদ্রে। মমাসু য়াম্না তোয়না লাকই। ঐগা মাগা নুংশিনদুনা চেনবনি। নুংশিনদুনা চেন্দুনা য়ুম পানবা তুংদা নুংঙাইগনি খন্দুনা য়াম্না হরাওনা পানবা য়ুম্নি। তৌবদি মাগা ঐগা নুংশিনবসি থা অনী-অহুমখক্তনি। পাউসি ভাই কুমারনা লোয়না পুবীবনি। ঐগা মাগা য়াম্না কুপথবা ব্রারী শাহৌদে। মপাসু মশক খঙদে, মমাসু মশক খঙদে। মনাওনুপীদুদি মশক খঙই, ঐখোয়গী পাউ পুবী, মবুং মৌপ্পাশিংসু খঙহৌদে, তৌবদি মবুংদু লাইরিক য়াম্না হৈবা কলেজগী ওঝানি হায়।

আ তোম্বা।

মতুংসিদনি, অহল-লমনশিংনা মৌ হায়বদা মমা হান্না য়েংঙু, মপা য়েংঙু, শাগে য়েংঙু হায়নবিবা।

তা তোম্বা।

মমাদু লৈকায়না হায়নবী ওইরম্লে, মানা খঙনদবা মী য়াওদে। মচানুপী মশক ফজে, ওফিসার অমদা পীগে তৌবনি সিনি। তৌবদি সার, মহাক য়েংবদ মশক অদুম ফজে, কুচু ঙৌই, ব্রাংই, চাওই-শাংই, য়েংবদা মগুণ লৈ, অদুগা মবমচংতি পুরা ওন্ন-তৈনবা।

তা তোম্বা।

নোংমদি, ঐদি শাওনিংমনখ্রদুনা য়াম্না থিনা খংনরে। ঐসু খুৎপাক্লা খরসু থারে। মাসু ঐঙোন্দা খুৎ হল্লকই। অদুদা অমুকসু হেন্না শাওনিংদুনা অমুক্না হেন্না ফুজিনখ্রে। অকোনবগী খুৎথা অদুদি খরা কনখ্রমাল্লে, মহাক ব্রাস্থখ্রে। তঙাদুদা মমাদুগা মনাওনুপীদুগা লাকই। ফীভমদুদা মখোয়সু নুংশা থীদুনা ময়ুমদা পাউ পীদুনা ময়াম লাক্তুনা গাড়ী অমা ব্রায়দুনা হোস্পিটালদা পুখিরম্মী। পাজিসু ইমাসু লাইরিক তাবা হল্লকএ। করিসু হাযদে, তুমিন তুমিন লৈবা নত্তনা উপায় লৈতে। ডাক্টরদগী পুরক্লগা ঐখোয়দা লাকখিদ্রে। ময়ুমদা পুখ্রে, নুমিৎ তবানিমুক লৈরগা অহল-লমন লোয়না পুন্দুনা ব্রা লোইনবে খাইনবে। ঐসু যাবে হায়দোকখ্রে। নুমিত্তুদা মাগী অউন-পোৎশিংসু লোযনা চিংখ্রে। লাইবক ফবা হায়বদুরা থিবা হায়বদুরা নুমিৎঅদুদগী ঐগী ইমুং হান্নগুম য়াম্না চিক্লা পানবা হৌরে।

মীনা লাকচখিবসি পাজিসু ইমাসু য়াম্না নুংঙাইতে। ঐসু উপায লৈখিদে, য়ুম থাদোক্তুনা চৎলসিরা খল্লে। কমদৌনা চৎকনি, ইমাগা পাজিগা করম্না হুন্দোক্লমগনি। ঐসু মপাল থোক্তে। ইমান্নবশিং থোয়না তিন্নদ্রে। ঐখোয়গী মরী-মতাশিং ঐখোয়দা য়াম্না তোয়না লাকই, অতৈগী নত্তে, ঐখোয়গী মীচং চংবীবা লাকপনি। ইমাগী মনাওনুপীশিং মচেগীনি হায়দুনা খরা লাপ্লা লৈকায় অমদগী নুপী অমা হায়রুরে। ঐদি য়ুম পাল্লরোই হায়দুনা য়াদবনি। ইমাগী পাজিগী য়েংদুনা য়াখ্রে। চহি অহুমগী মতুংদা ঐ অমুক লুহোংলে। নুপীদু

হায়া খণ্ডনবা নত্তে, লুহোংলবা মতুংদা খণ্ডনবনি।

তা তোম্বা।

মীওইবগী লাইবক অণ্ডকপনি। ব্রাও হায়না মরাইবক্তা তমগ্রবদি মীদুদি অদুম ব্রায়, নুংঙাইয়ু হায়না তমগ্রবা মীদুদি হেক্তা নুংঙাই হায়নৈ। ঐখোয় যুম্বাল খোয়না ফগৎলকপগী মতৌ উদে। পাজিগী ইমাগী নিংবা থুংবা ওইদ্রে। ঐগীসু অদুম মণ্ডায়। মাগা ঐগা যুম পাল্লগা নুংশিনগদ্রা হায়ববু মশক খণ্ডনদবা মী অমা বস সিট অমত্তদা ফল্লগা চৎমীন্নবা পাংখক্লি।

হায়বদি তা তোম্বা?

নোংমতা তা তোম্বা হায়বসু কৌদে, ইমা পাজি হায়বসি কৌদে, মাগী হায়ববু চাক্তি অদুম থোংই। লৈকায়গী, মরী-মতাগী মী লাকপসু অমত্তা কৌদে। চহি অহুম শুরবা ফাওবদা অঙাং য়াওবগী খুদমসু ফংদে। নোংঙানবগী নুমিৎ তাবা ফাওবা অদুম ফমুংদা, কাদা থোং লোনশিল্লগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা অদুম লৈ। মাগী মতৌসি ঐসু কিখৎলক্লম্মী। ইমা পাজিসু চিংনবা হেনগৎলম্মী। মরী-মতাশিং পাউ পীনরে। মপামদসু পাউ পীখ্রবনি। নোংমা নোংঙাল্লকপা অমদা মাগী কাদা লৈরমদ্রে। অহিং হৌগৎতুনা চেনখ্রে। কোইথি থিনরে। ময়ুমদা পাউ থাদুনা হংবদা ময়ুমদা লাক্লমদ্রে। ময়ুমসু ইচিং চিংনদুনা থিবদা পাউ লাকএ। নুপী মচাদু লাকএ। খরা লাপ্পা খুল অমদা মমাগী নাক্তা লৈরে হায়না,

মমা হায়বদি অ মমা অনি শুব্রা হায়রিসিবো।

শুই, মমা অপোকপদি য়ুমদা। খুলদুগী মমাদুদি মাইবীনি। মাগী মমা মাইবী,

মাইবী

লৈশাবী পুংখক ফারকপদা মাইবী চংখি হায় মমা মাইবীদুনা মন্ত্রনা য়েশিন্দুনা থম্বনি হায়। নুপীদুদি ময়ুম পাঞ্জরোই হায়বদা মখোয়না য়াগদ্রা খন্দুনা অপংবা ঐঙোন্দা পীশিল্লকপনি। ঐসু থিগৎলুদে, ইন্দোমচাশিংদুসু খরা থিগৎপা ব্রাৎগ্রবা মাল্লে, হেক্তা হায়বগা হেক্তা পীরকপদুদা হরাওমনগ্রদুনা লুহোংবা থুনা য়াথোক্লবনি। তৌবদি নুপীদু চিং-লেম্মী, মশক মতৌ ফজে, ব্রাং-চাওই। ঐগী নুপী ওইরম্মী হায়বগী ব্রা নত্তে, মানা মাইবী ফিজোল শেৎলগা লাই

হয়াওবদি লাইগী লাইবুংদা মীনা কৃক কৃক ইন্নে, মাইবী জমুনা য়েংবা হোৎনবদা।

ইস তা তোম্বা।

নোংমদি ঐগী লাইরিক অমদা চিঠি অমা য়াওরম্মী। মানা ইরম্বনি। ৱাহৈ য়ামদে। অসুম্না,

তা তোম্বা।

তা তোম্বা নং শাওনুকো। ঐ য়ুম পাল্লরোই। ইমানা ঐবু কৌরে। ঐ চৎলগে, ঈশ্বরগী সেবা তৌজবনা ঐগী পুন্সিগী পান্দম ওইজরগে। অদুগা নোংমদি লাইগী হৈরুক অমত্তং, লৈমন অমত্তা খনবীয়ু, ঐ পুজরক্কে, মদুনা তা তোম্বগী তুংগী চারোল-শুরোল, শুথাং-নাইথাং চোনবা ওইয়ু। তুংগী পুন্সি নুংঙাইনা পানবীয়ু ৱারৌনুকো তা তোম্বা।

নহাক্কী

জমুনা মাইবী

ঐ মাবু নুংসু নুংশি কপসু কপনিংই। মাবু পুন্সিদা অমুক থেংনগে খনখিদ্রে। ৱাফমসিদগী নুমিৎ অদুদগী ঐ খুলগী লাই হরাওবা অমত্তা য়েংলবোয হায়দুনা ৱাশকখিবদগী ঙসি ফাওবা লাই হরাওবা য়েংদ্রি।

তা তোম্বা,

ইকাইবা, নুংশিবা য়ান্নখি, মতমদুগীদি ঐগী পুন্সিদা য়ুম অমুক পানগে খনখিদ্রে। ঐ ইফি-ইবোল কয়া নানখিদ্রে। ঐ পাখং ওইবিঙৈদগী য়াম্না পামজন শমহাৎ শম্বোংবী হাৎখিদ্রে, থুগায়খ্রে, মদুগী মহুত্তা সিফাই শমকক কক্তুনা পুন্সি লেনখ্রে। ভুত-প্লেত ওক্লবা মীগুম উখোং-ৱাখোংদা তুমিন-তুমিন ফমদুনা পুন্সি লেনবা হৌরকএ।

তা তোম্বা, অদুগা হৌজিক্তি, তা তোম্বা কমদৌনা শম্বোংবী, অসুক ফজনা হাৎলিবা।

অসুম্না চহি ২০দা য়ুম পাল্লবা মতুংদা চহি তরা হৌখ্রবদা পুন্সি অমুক হোংলে, অনৌবা পুন্সি অমা হায়বদুনি।

তা তোম্বা হায়য়ু মখা তারকউ, ঐ নংগী ব্বারীদু য়াম্না তানিংলে।

সার।

তা তোম্বা।

অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা পাজিগী মচননুপী অমা ওংই, ঐগী ইনেনি। য়াম্না ফৈ। চহি অমগী মনুংদা পাজিগী চানবা এপ্সাং-নাপী, ঙা অদুম পুরকই। ইনেদু য়াম্না শিংই, চিং-লেম্মী, পাজিগা হেক থংননা পোকপনি। ঐখোয়গী অব্বাবা ব্বারীশিংসি লোয়না তাই। মা লাক্লগা পাজিগা ইমাগা ঐগী ইতৌদুদা কপমীন্নরম্মী। নোংমদি ঐগী কুঠিসু পুখিমাক্লে। থা অমগী নোংম ইমা পাজিসু চাকৌবা চংখি। মখোয়দি ব্বা খন্নবা জাৎনি, অদুগা মৌসু য়েংবজাৎনি। ইমা পাজিনা ইবুংঙো অহল ওইরকএ, কমদৌসিগে, হন্দক্তি ইমানা ইখোঙনা থোংনা পাজিনা ইখোং থোংনা চৎলুরবনি, নঙ য়াদবা তৌগনু, ননেনা শিনবনি, ইমুংদু য়াম্না ফৈ নুপীমচাদুসু য়াম্না ফৈ। ব্বা লোযনবে। ঙসি নিনি/হুম্নি সিগী নুমিৎ ফবা অমদা ননেগী য়ুমদা চৎলু।

ঐনা য়াখিদে। ঐনা য়ুম পাল্লবোই হায়বসি ইমানা য়াদে, অঙাওবর্সিদি নঙ হনুবসু নত্তনা, নঙনা য়ু পান্দ্রবদি নপাগা ঐগদি কমদৌনা শিগনি। ইনে লাক্লুনা থেল্লবে। ইমান্নবা খরনসু ঐবু হঞ্জিন হঞ্জিন থেল্লরে। ঐ উপায় লৈত্রে, ঐ যাবে। ইমান্নবা অমগা ঐ ইনেগী য়ুমদা চৎলে। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ব্বাইবম অদুদা ঐ নতৈমবু চেল্লুবে।

তা তোম্বা।

ইমানা নুংত্তিগী লাই থাউমৈ থান্দুনা,খুরমজবা পাজিনা নুংত্তিগী বৃন্দাদেবী খুবমজবা শ্রী শ্রী গোবিন্দনা কৃপা তৌবীরে। নুমিৎ অদুদগী য়ুমদা লক্ষ্মী ইমা লেংলক্লে।

হায়বদি তা তোম্বা, লক্ষ্মী ইমা কমদৌনা।

সার, নতৈমদো অতৈ কনা ওইরমদ্রে, লক্ষ্মী ইমানা শায়োনবীদুনা ঐখোয়দা লৈরগে লাকপীবা ওইরম্লে, গোবিন্দনা ঐখোয়গী অব্বাবসি কোকপীরগে হায়দুনা থৌজানবীরে।

ঐগী য়ুম অনৌবা য়ুম অমা ওল্লে। নোংঙান্দে, অহিং হৌগৎতুনা ইমুং

ব্রাই, শুমাং ব্রাই লোয়না তৈথোকই। ওন্তা ইরুজদুনা লাই খুরুম্বা লোইশ্রে। নুংতিগী য়াহৌ থেংনা হৌবা ঐবুসু খুৎ পায়দুনা চিংথোক্তুনা কোম্মোং ব্রায় শিংহল্লম্মী। ইমানা পাজিনা য়াহৌরকপদদি লৈরম্লিবা ফীভমদু উবদা ঙকশ্রে। পাজিগী ইমাগী চিন-য়া তেংনবা, ইরুজ-মাইথনবা তয়ারি লোয়না তৌশ্রে। ঙরাং মৌ অমা চেল্লকই হায়দুনা হংবা লাকপা লৈকায়গী ইচেশিং, ইনেশিং, ঐখোয়গী মতৌদুদা পুংঙক ঙকশ্রে। ফমেলদা ফক অহনবদু থাই, নাকথদুনা ফক অমা থাই, ফমেলদা পাজি ফি-রোল থম্মী। চৈশুসু থম্মী। ইমাগী মনিং ওইরপ্পা মোরাসু থাই। চা পুথোক্লক্তুনা লৈকায়গী ইচে-ইনেমশিংদুদা চা পীদুনা ময়াম পুন্না চা থকমীন্নরম্মী। লৈকায়গী মাম্মা অমসু লাক্তুনা চৌক্রি অমা থায় চাসু পীরম্মী। মৌ চেনবা হংবা লাকপশিংদু ব্রা অমত্তা ঙাংনদে, তুমিন লৈনৈ, শঙ্গোয়দা পেনাগী শৈশকপনা ফমদুনা পেনা শকপদা পেনা তুমিন তুমিন তাদুনা লৈবগুম্বনি।

ঐনা ঙকপদি সাব।

তা তোম্বা করি।

পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রি উরক্কদৌবসু মান্দে হঙ্গাম মপাল মচুগী ফনেক, হঙ্গাম মপাল মচুগী ইনফি, মাইদা চন্দোল-চগা পুমলং লং, অমুবা ফুরিৎ অমা, তাঙাং তঙাংলবী কুচুনি, লৈহাও-লৈরেনগী কুচুবু ঙমজবীনি, খুনিং খুয়া শিং নান মাংদা লিফৎ লিফৎ, তুবৎ তুবৎ মযামগী সেবা তৌবদু ঐনা শঙ্গোই মরুমদগী তুমিন তুমিন য়েংজরম্মী। তাল্লক্তুদা মখুত্তা কৈনো অমা পায়রগা ঐগী কাদা চঙখিবা মাল্লি, মা ঐ থিবা জাৎনি, থোংনাওদগী ঐবু খুৎ খত্তুনা কৌরম্মী। ঐসু করিগুম্বা খরা খন্দুনা চঙলম্মী। অদুগা করি হায় "ঐনা চা লোন্দুনা থম্মে, থকউ," ঐঙোন্দা চা পী, লোই থকই, চানবসু পীরম্মী।

সার নুমিৎ অদুগী চাদু ওম্থোক্লা হাওশ্রে, পুন্সিসিদা কাওবা ঙল্লরোই। ঐদি ইকায়দুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলুদে। মাদি ঐগী নাক্তা চঙশিন্দুনা ফল্লম্মী। নোকপসু পংনোক্তা নোকই, ঙাংবসু পঙাংদা ঙাংই, ঙরাংখক্তা চেল্লুবা মাসি চহি মরি মঙা লৈমীন্নবা মীগুম ঐঙোন্দা তা তোম্বা হায়নসু কৌই, তা তোম্বা ঐ চাক থোংঙে করি এম্লাং থোংঙু হায়রিনো, খংদে ইমাদা হংঙু, ঐনা খুম্মী।

হোয় হংগে।

অদু ঐনা চাক থোংলিঙৈদা তা তোম্বা লাপ্পা চখোকখিনুকো।

করিগীনো?

খঙদে, চখোকখিনু হায়রিসিনি।

অসুম্মা অসুম হৌখিবসিনা চহি অনী অহুম হৌখ্রে। ইমা পাজি য়াম্না নুংঙাইরে। ঐসু নুংঙাইরে। ইখোল শম্বল শিং নাম্না পাল্লে, ইমুং মনুং শিং-শিং নাল্লে। লৈকায়না ঐখোয়গী ইমুং হায়নরে। মখোয়গী মমৌসিদি, মখোয়গী মমৌসিদি, হন্দক্কী তোম্বগী নুপীদি হায়দুনা ব্রা ব্রা লাওনরম্মী।

তা তোম্বা।

ঐ হান্নগী ফীভম হোংলে। ঐগী ইশা নানবদু অমুক হৌরে। মানা ঐগী ফি-রোল ফজনা শুবীয়ে, শেম্বীরে। ঐনা পাখং ওইরিঙৈ শম্বোংবীদু ঙসি অমুক হাংলিবসি মানা নুংতিগী য়েংনিংই হায়দুনা ঐ হাংলিবনি সার।

তা তোম্বা, "ও! তা তোম্বা ইতৈমা খুঙ্গংদুদা ও। ঐসু শম্বোংবী ও! রাধা নংনা ঐগী শম্বোংবীদুবু কয়াদা খোইদানা য়েংজখি" মুরুম মুরুম শোল্লি।

সার, করিবুনো, শম্বোংবী হায়।

নত্তেদা তা তোম্বা (ইপা পাখংনা) ইতৈমগী মিংদু করি হায়বনো? সাহেব বানি রানি। তা তোম্বা, নহাক্কী পুক্সিদা নুংঙাইয়ু হায়দুনা তমখিবনি। অদু তা তোম্বা, তা তোম্বগী ইতৈমদুগী খুলদি কদায়দগীনো?

সাব, ইরাপ লাপ্তে। (মখা তাগে তৌবদা।)

তা তোম্বা ব্রারীসি য়াম্না নুংঙাইরে অমুক কোন্না শাবসি, ঐদি ইকাওবু কাওই ঐ লুহোংবা অমা চংকে, খরা ঙন্না হল্লগে, ফাইল থাজিল্লকপশিং ফজনা থম্মু।

সার।

ইহে! তা তোম্বা, হন্দক্কী থাসি ফেব্রুয়ারিনি। থাসিদা মী পেন্সন য়াম্না ফংনবনি। ঐখোয় মণিপুরদা লৈবা মীশিংদি তাং ১/২/৩দা লোইনা পোকপনি। অদুনা পেন্সন শুবা মীখৈগী সার্ভিস বুক থাগৎনবা হায়খ্রবনি।

সার।

নত্তে তা তোম্বগীসু শুই হায়বগুম তৌইদা।

ঐদি খঙদে সাব। (হেড ক্লার্ক্না খঙলম্মী।)

অদু তা তোম্বা নঙগী থায়নগী ক্লাস আইট পাস তৌবগী সার্টিফিকেট লৈবিব্রা?

লৈবমগনি।

লৈবমগনি নত্তে। অদু লৈত্রবদি, পেন্সন ফংবা যাবোইদবনি, মদু থিবকউ। ঐঙোন্দা যাম্না থুনা পীবকউ। নঙ খঙলেদনা তাং ১৪দগী ঐ দিল্লিদা ত্রেনিং অমা চৎকনি। মদু চৎত্রিঙৈদা নখোয় ময়ামগী সার্ভিস বুক শুবা লোইবমগদবনি। হযেং নৎত্রগা হংচিৎ পীবকউকো।

সাব।

অদু তা তোম্বা, ঙসি পোইলা তার্বিক্লি, কাওবব্রা?

কাওদে সাব।

সে সে, লুপা লিশিং মঙা, মী অতৈদি তলপ ফংনদ্রবসু তাদগী ফংদবা যাদে। অদুগা তা তোম্বগী তলপ পুল্লপ ফংবদা ঐগী পীবা কাওনিকো।

কাওবোই সাব। নতৈমনা মশিং থীদুনা থম্মী।

পৈশা পী তোম্বনা লৌই।

তা তোম্বা পৈশাসি ইতৈমদা পীনিকো।

পীনি সাব।

সাহেপ চৎখ্রে, তা তোম্বা যেংদুনা লৈহৌই, থোংসু লোনশিনগুম তৌই।

লৈকায়গী হোটেল অমা লৈ। লৈকাযগী মী ময়াম ব্রাকিং চৎনব্বগা হোটেলসিদা ফমদুনা চা গ্লাস অমমম থক্লবা জাৎনি। মানা মানা লৈনবা, অমনা পুল্লপ লৈবা, নোংম-নোংমগী থোকঅ-থোকঅবনি। হোটেলসিদা ফম্লিবা মীশিংসি অযাম্বা গভর্নমেন্টকী থবক তৌবম্বা, কনাগী ডাইরেক্টর ওইবম্বা, কেবানি ওইবম্বা, ওঝা ওইবম্বা লোইনা শুবে। হোটেলসিদা মণিপুরগী পাউ তাদবা লৈতে। রাজনিতিগী ওইবো, শেল-থুমগী ওইবো, মীহাৎ-মীপুনগী ওইবো লোইনা তাই। মরু ওইনা হৌজিক্তা থোক্লিবা নুপীগী, নহাবোলগী

পাউসু লোইনা তাই। ঙাংনবা য়াবা ঙাংনরগা, খন্নবা য়াবা খন্নরগা পুং ৮/৯ তাবদা ময়ুমদা হৃঞ্জিন্নখি। তা তোম্বসু নুংতিগী ব্বাকিং চৎলি। কুইরে ব্বাকিং চৎলিবসি। চহি তরাগী মথক্তা শুরম্লগনি। মাগী নুপীনা অহল ওইশিনখিনি, থবক শুগনু ব্বাকিং চৎলু হায়বদগীনি হায়নৈ। নুপী অনি কায়নগ্রবসু অকোনবগী নুপীসিদি তা তোম্বা ওম্থোক্লা মত চান্নখ্রে। মাগী নুপীনা হায়বা নত্তবা থবক অমত্তা তৌদ্রে। তৌবদি তা তোম্বগী ইমুং মাগী নুপী অহুমশুবা থিবদগী থায়নগী অহল-লমন খংনা, ইংনা-তপ্পা পানবা হাযবা ইমুংদু ওইরে। লৈকায়না তমজনিংঙাই ওইরে। লৈকায়না ব্বারিনরে।

তা তোম্বনা ব্বাকিং চৎপদি ওফিসার অমগা চপ মান্নে। ফিজোলগী য়েংলুরবদি তা তোম্বা পিওন মান্দে, ওফিসাব মাল্লি। মরক মরক্তা ব্বাকিং হল্লকপদা তা তোম্বা হোটেলদা ফমদুনা ময়ামগা ব্বারী শাবা যাওই। অদুবু চা নৎত্রগা তলদি শুকচা চাদে। মবমদি মাগী নুপী বানি মানা ব্বাকিং হল্লক্লগা চানবা লোযনা তয়ারি তৌরমগনি। অদুগা মাদি ব্রেক ফাষ্ট চাবসু অযুক্কী পুং ৭ নৎত্রগা ৭:৩০দা চপ চানা চাই।

নোংমদি হোটেলদুদা অহল অমনা,

ইবুংঙো তোম্বা নৎত্রা?

মানি মাম্মা, করি হাযগে।

নঙবু কমদৌরিগে? হন্দক্কী ফেব্রুব্বাবি থাসিদি মী ময়াম থবক্তগী পোত্থানগদৌবি। কনাগী কেবানি, ওঝা, ইঞ্জিনিয়াব।

মাম্মা।

ইবো, মীনা হাযনবদা নঙসু হন্দক্কী ফেব্রুব্বাবিসিদা পেন্সন শুবে হায চুন্না?

হেড ক্লার্কনদি অদুম হায়না হায়, ঐদি চপ চানা হায়বা ঙমদে মাম্মা।

এ! ইবো চুন্নগনি, হেড ক্লার্ক হায়বসিদি ওফিসকী মী ময়ামদুগী সার্টিফিকেট নোকোল লোয়না পায়বনি। অতোপ্পা অমনা।

তা তোম্বা চহিসিদি খঙহৌদেদা। তা তোম্বদি চহি অমবু চোম্থবে, তা তোম্বা ঐগা খোইনা হান্নদে। ক্লাসসু চপ মান্নখিবনি। ঐদি হাকুম্না চৎখ্রে।

ভাই,অদু তা তোম্বা পেন্সন ফংবদি ঙাওনবনিকো।

অতোপ্পা অমনা,

তা তোম্বা করিসু খল্লনু। ঐখোয়সিদা ফল্লিবা ময়ামসি পেন্সন ফংবা ঙাইহাক্তনি, নঙসু পেন্সন ফংলগা হোটেলসিদা ঐখোয় ময়ামগা পুল্লগা লোইরে।

অচুম্বনি, সরকাবগী থবক তৌবম্বা মীশিংনা থবক চৎত্রবা কান্দা ঙাওচৎনদুনা লৈবা কয়া অমা, পেন্সন ফংবগী নুংঙাইতনা, ব্রাখলগী লায়না ওইদুনা নাদুনা শিখিবা কোংগায অমা, পেন্সন ফংলবা মতুংদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রেদা, জেলদগী থাদোক্লকপগা চপ মান্নে খনবা কোংগায় অমা, পেন্সন ফংলবা মতুংদা ভোট লেপ্পা কয়া অমা অসিনচিংবনি। মী অমগা মী অমগা অমত্তা মান্নদে।

নোংমদি তা তোম্বা ওফিস কাদ্রিঙৈদা ব্রাখল য়াম্না নুংঙাইতনা য়ুমদ। লৈরম্মী। চৌক্রি অমদা ফম্না ফম্না ব্রাখল তৌদুনা চে-চাং খরা থিরম্মী। থায়নগী লাইবিক তল্লিঙৈগী চে-চাং, লাইবিক-নুংলিক ফাক্তুনা কৈনো অমা কোইথি থিবম্মী। থিবা ফংদ্রে।

বানিনা হংই,

তা তোম্বা কবিনো থির্বিবদুবো, য়াম্না ব্রানা।

কবিসু নত্তেদা।

কবিসু নৎত্রগা অদুক ব্রানা থিবিদুদি।

চেনিনে।

কবি চেনো।

হেবা! থাযনা ঐনা হায় স্কুল তল্লিঙৈগী সার্টিফিকেটনি।

সার্টিফিকেট! কবিগীনো অদুক কুইরবদুবো?

হায়, য়াম্না লুবা জাৎনিনে।

মদু লৈত্রবদি ঐ পেন্সন ফংবা য়ারোই হায়না সারনা হায়নে।

অদুদি লুইহে! অসুক কুইনা থবক তৌরক্লগা হৌজিকপু অমুক পেন্সন ফংদ্রবদি কমদৌনি। মীগী মমাংদা ইকাইখ্রনিদা। নত্তে। মাম্মা মন্ত্রী তাক্লরসিরো।

মাম্মা মন্ত্রী।

হোয় মাম্মা মন্ত্রীদা সার্টিফিকেট লৈত্রে পেন্সন ফংনবা তৌবীয়ু হায়রগা লোইরেদনা। থিবা ফংদ্রবদি অদুক ৱারিবদি করিগীনো।

মীওইবগী পুন্সিসি অসুম্না হায়নৈ, দশা ফৎত্রবদি উপায় লৈতে। শমুনা দশা ফৎত্রগা তুশিনবদা হঙোইদা নল্লগা শি হায়বা। দশা ফরবদি পংফদা ফৈ, মীনা ফিরাল মমায় য়ুম্লবদি তৌরু তৌরুবা থবক্তনা য়াদবা লৈতে, হেক্তা য়াই। তা তোম্বসুনি। মাগী নুপী রানিসি থিরুবদগী তা তোম্বা দাও মথং মথং য়ারকখি। রানিগী মাম্মা মন্ত্রী থেংনখি, রানিনা হায়বদগী তোম্বা মাম্মা মন্ত্রীনা পায়বা বিভাক অসিদা পিওন ওইনা থবক তৌখিবনি। মতমদুদা সার্টিফিকেটকা থোয়না পীখিদে, কোন্না পীয়ু হায়দুনা। মন্ত্রীনা তৌবনি, কনানসু য়েংতে। সার্ভিস বুক শাবদা সার্টিফিকেট পীহৌদে। কোন্নদি পীখি হায়। অচুম্বা চুমদব্রা হায়ফম খঙদে। পেন্সন ফংলমদাইসিদা সার্ভিস ভেরিফিকেসন তৌবদা সার্টিফিকেট দরকার ওইরে। অসিনি সাহেপ্লা হায়বিবসি। অদু ওইরদি থিবা তারেদনা। অদু নঙগী থায়নগী লাইবিক তন্নম্বগী লাইবিকশিং, চে-চাংশিং থম্বদা হান্না কদায় কদায়দা থম্বগে।

হো, থম্ববুদি ঐগী তিল উপুসিদা পুন্না থম্বনি। য়ুমসি তোয়না পানবসিদা য়ুমসি অমুক শেংদোকই, শেংজিল্লি, মাংখ্রবজাৎলা সিনি।

তা তোম্বা মাগী নুপীগা পুন্না ফনা য়াম্না থিবা হৌনবা থিরে। ফংবা কৌবা লৈত্রে। উপায় লৈত্রে। মাগী নুপীনা- ফরেসে, হোরেল চাক তোক্লগা কোন্না থিরসি, চাক ঈশিং হান্না চাথোক্লবা তৌসি। ইমাসু চাক ঈশিং চাবা মতম ওইরে। ইমাগী লাই-তিন খুরুম্নবা হান্না হোৎনখিগে।

অহল-লমনশিংনা অসুম্না হায়নৈ, লশ্বী লমশাং চৎপদা লশ্বী লম্মাংনরবদি, ঙাইহাক্তং পোত্থারগা জ্ঞান তানা ৱাখল খন্দুনা লৈরগা অচুম্বা মায়কৈ য়েংলগা চৎলু, চুমখ্রবা ৱাফম্নি। মদুনি, তা তোম্বগী নুপী রানিনা তৌরিবসি। মা লাকপদগী তা তোম্বগী ইমুং য়াম্না নুংঙাইরবনি। ময়ুম অনিরক পানবদা য়ুম্বাল মথোং খংদ্রবা তা তোম্বা রানি লাকপদগী অনৌবা য়ুম্বাল ওল্লবনি। লৈকায়গী অহল-লমনশিং তোম্বগী নুপীগী মতৌ তমজৌ,

ইবেতোনগী মমৌগী মতৌ তমজৌ হায়নবিবনি। বানি অসুক কুইনা যুম পাল্লকপসি ঙসি ফাওবদা নোংমতা ৱাই হায়দে। নোংমতা শাওনিংবসু উদে। মোমোন মোমোন নোক্তুনা নোংমগী তৌফম থোকপা অদুম তৌদুনা লেল্লি। তশেংনা তোম্বগী মপা ইবোতোন মমৌগী সেবাদা খুয়া-তুশিং পাল্লন্নগা শিখিদো। তোম্বগী ইমুং গৌডিয়া যাম্না কনবা ইমুংনি। নোংমতা সুর্জদেব খুরুমদনা, তুলসি মচুম খবা কোক্তা হাপ্তুনা চাক চাদবা ইমুংনি। গৌড়িয়া তৌবা, লাই নিংবা মমৌ লাকপদগী অমুক হেঞ্জিনখ্রে। কবি অমুক হায়গনি। বানি শ্রী কৃষ্ণ যাম্না নুংশিবা, ভগবাননি হায়দুনা যাম্না থাজবা নুপী অমনি। শ্রী কৃষ্ণবু নিংজৈ, মাগী মপালগী কাগী উপু মথক্তা শ্রী কৃষ্ণগী ফোটো অমা থমজৈ, লৈ-পবেং অমা শিজিঞ্জৈ, নুংতি ধুপ-থাউমৈ থাদুনা পুজা তৌজে। নুংতিগী শ্রী কৃষ্ণ হান্না খুরুমদ্রিমখৈ চাবা-থকপা কবিমক্তা তৌদে। অযুক ঙন্তা হৌগৎকনি। ইরু-মাইথজনি। চন্দোল-চগা থিনজিনগনি, লাই খুরুমগনি। পাজি-ইমাগী সেবা তৌগনি, তোম্বগী ওফিস কানবা হোৎনগনি, মচাস্ স্কুল চৎনব হোৎনগনি, মসি মাগী নোংমগী থবক্লি।

মফি যাম্না নাঞ্জে, ফনেক ইনফি চখোকপদা ওইববসু, যুমদবু ওইবব ইষ্ট্রি মমি অদু তাই। মসিনি তোম্বনা ওফিস কাবদা শেৎপসু। তোম্বা নোংমতা ফ ইষ্ট্রি তক্তবা শেৎতে। মসিনি তোম্বগী থোইদোকপা মগুণ। মসি কনা তৌবনো, মাগী নুপীনা লোযনা তৌবনি। তোম্বা ওফিস কাবদা মাগী নুপী মাঙ্গোলগী উখোংদা ঙাদুনা যেংদুনা লৈহৌবনি। তশেংনমক তোম্বগী নুপী মতমগী নুপী নত্তে। থাযনগী মৈতৈ নুপী হাযবদু তশেংবা, নোংমতা থা তৈদে। চিংহি, শম্বাল লাংবা, চিংহি লুম্বা মাগী শোযবা যাদ্রবা মথৌনি। হৌজিক্কী মতমদা মতমদুগী মৈতৈগী অবিবা চৎনবী ইল্লিবা নুপী অমা কোই থিযু হাযববদি তোম্বগী নুপী বানি নত্তনা ফংলবোই। খুঙ্গংদুদা পোকচবী, শেংলবা খুঙ্গংগী শেংলবা ঈশিং নুংশিৎ মবক্তা খুঙ্গং চনু অমা ওইনা চাওবকখিবনি। মৈতৈবোল খবা খবা ইবা নত্তনা লাইবিক য়াম্না তমহৌদে।

মীওইবা খুদিংমক লাইবক্লা তম্বা অমমম লৈ। মীগা মীগা মান্নদে। কনানা ইনাক খুনগনি, কনানা লাইবিক হৈগনি, কনানা লাইবগনি, কনানা

মশক ফজগনি, মানা মানা অমত্তা খঙবা নত্তে। নিংবা থুংবা, থুংদবা, নিংবা কায়বা কায়দবা মী মীগী তোংঙাল্লকই।

ও! নুংশিদা মতমদো, খুঙ্গংদুগী হৌখ্রবা পুন্সি। পাক্লবা খুঙ্গংগী লমহাংদু হবাওনা কয়াদা নুংশিনা কোইচেন চেন্দুনা শান্নমীন্নখি, খুলগী মতাইগী স্কুল অমদা খাও মচা অমমম যান্দুনা লাইবিক তম্বা চৎমীন্নখিবা, যাওশং থাবল চোংমীন্নখি। ইমা পাম্বোইবী হবাওঙৈ, নুংঙাইনা জগোই শামীন্নখি, চীংযাগী লৈকোলদুনা কযাদা নুংশিনা কোইমীন্নখিবা, লিকোল কযা যাওমীন্নখি, কৃষ্ণ জন্ম কযা, থৌবানি জন্ম কযা কোইমীন্নখি, শান্নমীন্নখি পুংকক চাওবক্লবদা নুংশি নুংওনগী ইপাক্তা তাওমীন্নখি। পুন্সি লৈপুন ওইসি লেপ্লখি। ও! মহাক্তুবু কাওবমগদ্র, অদুবু মদু পুম্নমক ৱাবী ওইনা থন্নন্নগা বানি ঙসি ইম্ফাল লৈকাযসিদা তা তোম্বগী অহুমশুবা নুপী ওইদুনা লেংদনা ঈংনা-তপ্লা যুম পাল্লবে। অঙকপনি মীওইবগী পুন্সি।

নুমিদাংৱাইবমনি। ইমুংদা থিবা যাবা থিবে। ফংদ্রে। তা তোম্বগী সার্টিফিকেট। বানি ৱাখল মুন্না তোই।মাগীসু কদাযদা লৈবমগদ্রা। যেনখা যেংখুল, শঙ্গোয মপাল কোইচৎ চৎলি ৱাখল খনবা মনিংলোমদা কোতলোমদা লাকই। শুম যেংই। কোত অদুগী ফম্বাক মথক অদুদা পোথি-পোৎকুম খবা লৈবা উই। চঙশিন্দুনা য়েংই। লাইবিক খবা লৈবসু উবে। যাম্মা চিংননা যেংলম্মী। ফিঙাইকক অমা লৈ, মখুমসু উপ্পী, শেগাযবে। হাংদোক্তুনা যেংই। লাইবিক খবা যাওবম্মী। চেবং অমনা যোল্লম্মী। পুল্লপ লৌথোক্তুনা যেংলম্মী। অদুগী- তা তোম্বগী ইমা থোক্লক্লম্মী। কৈদৌবিনো হংবদা কৈনো অমা থিবনি, ইমা সিবো কবিনো যেংহনবদা ইমানা হাযবম্মী। ইবেম্মা তোম্বগী লাইবিক-লাইসুগী চে-চাং ওইবমগনি। ইমুংসি শেংদোক-শেংজিন শুম তৌবসিদা কান্নবা কান্নদবা ওইবমগদ্রা খঙদে, তুংদা কান্নবকপা যাই খন্দুনা ইমানা থমখিবনি।

বানিনা চেশিংদু নীংথিনা কম্বোক্লগা ইমুংদা পুশিল্লকই। তোম্বনা হল্লক্লগা যেংবদা যাওবল্লে, সার্টিফিকেট, ক্লাস আইট পাস তৌবা, নাইন তপ্লগী, তোম্বা নোক্লম্মী। অদুগা য়াম্না মক ওইবা অমনা তোম্বগী এপোইন্টমেন্ট

ওর্দব অদুসু পুন্না যাওবম্মী। তোম্বা নীংশিংলকই। মানা পুন্না থমখিবনি। ওা বানি নংসি ওহ্মোকপা নুপী হাযবদুনি, মফম মবাং খঙদনা লৈকববা ঐগী পুন্সি, মাম্মা মন্ত্রীনা ঐবু থবক হাপ্পীবা, পেন্সন ফংলবোইদ্রবদা নঙনা সার্টিফিকেট অমুক থিবীদুনা ঐবু পেন্সন ফংহনবীবা। হে লক্ষ্মীগী লাইবেম্বী। খনখি ঐবু অনৌবা মপোক অমা পোকহনবীবে। তোম্বা মথম্মোয় খঞ্জদুনা মাগী নুপীনা নুংশিনা যেংজে।

সার্টিফিকেট অদু সাহেপ্তা পীখ্রে। নোংম-নোংমা হৌখিবনা, ফেব্রুৱারি থা লোইগদৌবা ঙসিগা মঙানিদা মঙাইবে। তোম্বা ওফিসতি কায হাযববু মথ্বায যাম্না নুংঙাইতনা, মাগী নুপীনসু থেমজিল্লি, পেন্সন ফংগদৌবসি নঙ নতোমতবো, মী অতৈসু চৎকদৌবিবসিদি। ওফিসতা হন্দকী চহিগী পেন্সন চৎকদৌবা লিষ্ট অমা শেম্বা হৌবে। সাহেপ্সু দিল্লিদা চৎখি, তাং ৩/৪দা হল্লকনি। হেড ক্লার্কতি ওফিস কাদবা থা অমা ফাজিল্লক্কদৌবে। ওফিসকী পৈশা মযাম অমা তোল্লি হায, পেন্সনসু শুববনি। ওফিসকী পৈশা শিংদ্রিমখৈ, ওফিস কাববোই হাযদুনা ছুতি নিবম্মগা মোবেদা লল্লোনবা চৎখ্রে। মাগী চে-চাং মযাম, সার্ভিস বুক্লচিংবা কেবানি অমদা শিন্নবম্মী।

ঙসিদি তাং ২৮নি। পোইলা তাবিক্লি। পোইলা তাবিকসি তা তোম্বগীদি যাম্না নুংঙাইজবা নুমিৎনিনা সাহেপ্না লুপা লিশিং মঙা এদভান্স পে পীবা অদুগা মানা হল্লক্লগা মাগী নুপী বানিদা পীজবা, মদুদা বানিনা হবাওজবা সিনি। ঙসিদি হাযবিবা নুমিৎ অদু ওইদে। নুংঙাইববা নুমিৎ অদু ঙসিদি তা তোম্বগী নিংবা কাযবা নুমিৎ হাযবদু ওইবে। যুমদগী যাম্না চৎনিংদনা চৎখি, মযাম্না ফেঅবরেল তৌনি চত্তবদি যাদে। মী ৫নি ফেঅবরেল তৌগদৌবসি। হেড ক্লার্কতি যাওদ্রে।

তোম্বনা ওফিস কাবদা মাগী নুপীনা নুংতিগী যেংজবদু ঙসিদি বানিসু যেংদ্রে। তোম্বা চমোৎ-চমোৎ মাগী নুপী উখিনি হায়দুনা লোন্না থোক্লকই।

নুংথিলগী পুং ২ মুক তাবম্বা যাই। ডিপুটি সেক্রেটরি লাক্লুনা মীটিংগী সভাপতি ওইবে। ফেঅবরেল মীটিং হৌবে। মযাম লোইনা কৌশিল্লে। মাংদা পবেংনাইনা ফমহল্লে। ওফিসকী মী অমনা সভাপতিগী অয়াবা লৌবগা মীটিং হৌবম্মী। পেন্সন ফংগদৌবশিংগী মীং মথং মথং লাওথোক্লম্মী। তা তোম্বনা

ইকোন কোল্লি। ওফিসতা থবক-ইনখাং নীংথিনা তৌবকখিবা মযামসি ওফিস অসি পুন্না ইমুং মনুং অমগী মচিন-মনাও, মপা-মচাগুম পুনা লৈমীন্নবকখিবা অসিনচিংবা ৱাফম কযা খন্নবল্মী। তুংদা খুদোলপোৎ তম্নবল্মী। অদুগা মাগী মতসু পীনবল্মী। অদুগা তা তোম্বগী থবক ফজনা তৌবগী তোংঙানবা খুদোলপোৎ অমসু পীবল্মী।

তা তোম্বা মপুক্লিংদা যাম্না চিংনবা অমা লৈ। সার্ভিস ভেবিফিকেসন তৌবদা মযামদি মাগী মাগী সার্বিস বুক্তা খুবী শোই অমুক হন্না নল্মী। মাগীদি নমখিদে কৌসু কৌবক্তে। মানা হংবদসু তা তোম্বদি যাবনি হায। মা উপায লৈতে। যেংগে হাযবা যাদে।

মথং মথং মত পীনবদা কেবানি নুপী অমদি অদুম কপ্তুনা লৈখ্রে। নুপাশিংদি খবা খবা পেনৈ। অকোনবদা তা তোম্ববু কৌশিল্লি। মথ্বায যাম্না নুংঙাইতবা মাল্লি। কপ্লি-কপ্লি তৌই। মমায হাইগৎতে। ঙাইহাক তুমীন্না লেপ্তুনা লৈ। মযামসু তুমিন তুমিন লৈনৈ। তা তোম্বা যাম্না নুংঙাইতে কপ্লল্মী। কপ্না-কপ্না "ঐদি ঐগী সার্ভিস বুক উহনবীদে, ঐগী খুবীগী শোইসু লৌবীদে" অসি হাযবগা কপখিবল্মী। তা তোম্বা ৱাম্থ্রে। লেপ্লম্বদগী তুথখ্রে। মযাম তা তোম্বা, তা তোম্বা কৌই কোনখৎলি, ফালাদা হীপহল্লি, ডাক্টবদা পুসি ডাক্টবদা পুসি, মযাম কোইবাং লাংদুনা গাড়ী অমদা তা তোম্বা ডাক্টবদা পুখ্রে।

লৈকাযগী হোটেলদু মীনা পীক থল্লে। খবব মুন্নে, ঙবাংগী ফেঅবরেলদা পীওন তোম্বা বি পি ষ্ট্রোক তৌদুনা হোস্পিটালদা পুখৎখ্রে। অদুগা কেসিযাবদি ওফিসকী পৈশা শিংদবদগী মোবেদা মাংখ্রে খববদা ইন্নবে। মযাম ৱা ঙাংনবে। নুংঙাইতেদা ইবুংঙো তোম্বদো, যাম্না নানজবনিদা, ওফিসকী মথৌনা ফজনা তৌজবি, পীওনবু মান্দে ওফিসাব মানবনিনে। মহাক অমুক হন্না বাকিং হল্লক্লগা হোটেলদা মযাম্না ফম্বা অমুক যাওববোইদো, অমনা হায। ওষ্ঠোকপনি মীওইবগী পুন্সি। সিনি মযাম্না খন্নবিবা।

হোস্পিটালনি, আই সি যুনিটনি। নম্বব ২২০ তোম্বগী কানি। ডাক্টবনা কনামত্তা চঙহন্দে। যুমগী মীওইশিংসু মপান্দা লোয়না লৈ। বানি যাম্না নিংঙমদনা থোংগী মপাদা লেপ্তুনা মপুবোইবা তোম্বনা তিংদম ফমুংদা তাদুনা

লৈবদু মুন্না য়েংলৈ। মথস্মোয়দা খল্লি— তা তোম্বা নঙনা ঙরাংগী ফেঅরৱেল অদু কমদৌনা য়াওরুলিবনো। নুংতিগী নুঙনা ওফিস কারমদায়দা, রানি ঐ ওফিস চংলে হেক হেক হায়বদো, ঙরাংদি হায়রমদে, ঐনা ইমুংদা লৈরিঙেদা, নঙনা লোন্না থোকখি। শজি লাবা-অমোম অনিগা শজিক হানৌ মতোল অনৌবা থিবদা শজি লাবনা শাদানবগী শাংদা থুম্ববদা উপায় লৈত্রবী শজি অমোম্না মমিত্তা মপি চদুম চদুম শিন্থদুনা উপায়দি লৈজদা কপ্পা কপ্পা য়েংদুনা লৈবগুম্মী, রানি উপায় লৈতে। অরাপ্পা খুঙ্গংদুদগী ইম্ফাল লৈকায়সিদা তা তোম্বগী নাক্তা লাক্লগা পুন্সি-নুংশাংনা নুংঙাইনা হিংজগে খঞ্জবা তাইওন্নবা ওইরে। মচানুপীনা মমাগী নাক্তা লৈদুনা মমাবু থেমজিল্লম্মী।

অন্দর সেক্রেটরি, সেখর ঙসি অয়ুক দিল্লিদগী থুংলরে। ওফিস কাবা নংনবা লাকপনি। এয়ারপোর্টতগী ময়ুম হেক য়ৌবগা মফি-মরোল হেক হোংদোক্কে তৌবদা মচন্নুপীনা তামো নহাক হল্লক্কব্রা হংই। মমানা ইবুংঙো নঙ কুইনা দিল্লিদা চংলি ঙসিদি ওফিস কারুরনু, হয়েং কারো, রারনিনে ঙসিদি য়ুমদা পোথারো হায়রম্মী। ইমা! মানা খুম্মী-মচন নুপী চা পুরকই। তামো চা হায়দুনা পী, মাসু লৌই। চা থক্ল-থক্লা মপালদা চৌক্রিদা ঙাইহাক পোথাই, ইবেম্মা ঙসিগী খবর পুরকউ, পুবকই পী, ইপা পাখংলি, ফম্লম্বদগী ফুক হৌগংলি,

ইবেম্মা! ঐ ওফিসতা চংলে হায়বল্লগা মফি-মরোল লোইশিল্লগা গাড়ী থৌদুনা চংখ্রে। ঙসিগী খবরদুদা ইরিবা ফেঅরৱেল মীতিংদা তা তোম্বা বি পি স্ট্রোক তৌদুনা রাম্থখ্রে অসিনি। চৌকিদার কৌদুনা ওফিস থোং সো হাংদোক্লম্মী। কেসিয়াবগী অলমিরাদু, সো থুগায়রে। মথং মথং থিরম্মী। সার্ভিসবুক হাপ্পা ফাইল থিরম্মী। সার্ভিস বুক ময়াম য়াওরম্মী। চৌকিদারদা থোং লোনশিন্নবা হায়রল্লগা হোস্পিটালদা চংখিরম্মী।

য়াম্না থুনা লাকই। তা তোম্বা, তা তোম্বা কৌ কৌদুনা। আই সি য়ুনিটকী কা য়ৌরে। খংঙে তোম্বগী কানি। মী ময়াম তুমিন তুমিন ফম্বসু য়াওই, লেপ্পসু য়াওই, লৈনরম্মী। অনিশুবা থোংনাওদুদা য়েংলম্মী। তোম্বা মমায় অদু গ্যাসকী গ্লোপ অমা উপ্পী, ওক্সিজেন হাপলিবনি। মশাদু করিগুম্বা অমত্তা লেংবা

খোৎপা তৌখিদ্রে। সেখব তা তোম্ববু উবগা মমিগুগী মপি চেম্থবন্মী। ও! তা তোম্বা নুংশিদা হায়বা নত্তনা অতৈ উপায় লৈতে। মশা নানজবা, নীংথিববা তোম্বগী শক্তম, ঈং-তপ্পবা তোম্বগী মাযথোং, ফজববা তা তোম্বগী শম্বোংবী, ও! হন্না উবা ফংলবোদো। মচানুপীনা ইমা সাহেপ লাকই হায। বানি থোয়না খল্লুদে। মযাম্নসু সাহেপ সাহেপ হাযনা কৌবন্মী। ওম্থোকপনিদা সাহেপ হায়না তুমিন তুমিন লৈনবন্মী।

কমদৌনি মযাম তা তোম্বগী লাইবক্তা অসুম থোকউ তমত্রমাল্লে। হে গোবিন্দ।

অদু তা তোম্বগী ইতৈমদি লাক্তব্রা?

লাকই, লাকই। হায, ইবেম্মা নমাদি, বানি বানি কেই।

বানি অশেংবা মমিং বাধাবানি কোই। খুঙ্গংদুদা মতাবোয কযাগা মনিং মখা তম্না শান্নজবন্মী। নুপী মচা ওইবন্মী, লৈশাবী ফাবকই। মশুং-মমান্নবী কযানা মযুম-মকৈ পানখিবা উবগা, কল্লকই, খল্লকই ঐসু মঙোন্দা যুম পানগে,মানসু যাই। অদুগা লাইববীনি। ইমা ইপাসু লাইবৈ। অদুগা মখোযদি ইনাক খুল্লি। মাদি ইম্ফালদা লাইবিক তম্বা চৎখ্রে। নুংশি নুংশি কাযনখি, কাওনখি। অদুবু কাওবদি ঙমখিদে, কবম্বা কান্দা মাবু অমুক্তং উজববদি খন্দুনা ঙাইজবনি। অদুগা মানা ঙসি সাহেপ, তা তোম্বগী সাহেপ, মকোক্তা ইনফিদুনা কুপশিল্লি। মচানুপীগা পুন্না খুকন্মী।

সাহেপ,

নোংসু লেপ্তুনা চুবন্মী। নুংশিৎ কন্না শিৎলি। খঙহৌদে অকনবা অখাক-অবাও, বজ্র তাখি। কদোমদনো, সেখব তা তোম্বগী ইতৈমদা ব্রা খবা হাযগে খন্দুনা কৌরুবনি, তা তোম্বা ইতৈমা। অদু বাধা, বাধাবানি বজ্রদু কোথক্তা তাখ্রে। সেখব মাংদুদা লৈমাযদা তুখি মযাম সাহেপ সাহেপ হাযদুনা কোনবোই লাকপোই হৌগৎলি। চৌক্রি অমগী মথক্তা ফমহল্লি, ঙাইহাক লৈবগা জ্ঞান লাকএ।

সাহেপ, খবা ফবীবব্রা? অমনা হংই।

উম খবা ফবে। খুঙ্গুংদুগী ব্রাবীশিং মথং মথং নিংশিংলন্মী। অদুবু

য়াবীনি। হৌগ্রবা, খল্লি পাজিনা কন্না থিংলমদ্রবদি ঐ বাধাগা লুহোংলম্বা য়াই। শাংখ্রবা মতমদো ঐনা মীবৈবাক্তগী লাইবিক তম্বা হল্লকপদদি, মহাক লুহোংখ্রে; ময়ুম পানখ্রে। অদুগা কমদৌনা তা তোম্বগী ইতৈমা ঐনা চাখিবা ক্লাশিং চিনখিবা লৈগী নাচোমশিং বাধা নঙনা শেম্বা। ও! তা তোম্বা, নঙনা হিংলিঙিদা নোংমতা ইতৈমগী মশক যেংগে য়াখিদে, য়ুম মোৎলি ইকাই হায়দুনা ঐবু নঙগী য়ুমদা নোংমতা পুবীখিদে।

অদুগা অমুক সাহেপতি দিল্লিদা চৎখি হায। নুমিৎ অদু মাগী ফ্যোর্বেলনি খঙলম্লবদি ঐসু মাগী মতুং ইল্লম্বা যাই, মাদি ঐঙোন্দা হায়বমদে।

বাধা,

বাধা বাধা কৌবসিদা ময়াম্না চিংনখিবা য়াই খন্দুনা অসুম্না হায়বকই।

ঐদি বাধা নত্তেযে। বানি তা তোম্বগী নুপী।

ওফিসকী কেব্যানি অনিখক তা তোম্বগী অনাবা হংবা লাক্লম্মী। সাহেপ উবদা কিবোই লাকপোই হনখিগে তৌই।

তাদা চৎখিনু, ঙবাংগী ফ্যোর্বেলদু তা তোম্ববু কবম্না যাওহল্লিবনো। পেন্সন শুববা মীবু ফেঅবরেল তৌবা যাই। অদুগা তা তোম্বদি পেন্সনসু শুদনা কবিগী ফেঅবরেল কনা কনানা শিল্লি। (ময়াম ইঙক ঙক্লে।)

সাব, ময়াম।

ঐ হৌজিক্তো দিল্লিদগী হল্লকপনি। হেড ক্লার্ককী গোদবেস থুগায়ববনি। সে তা তোম্বগী সার্ভিস বুক, ঐ দিল্লিদা চৎত্রিঙৈদা ভেবিফাই তৌবম্বনি। সার্ভিস বুকতা দেদ ওফ বার্থ লান্না এন্ট্রি তৌবে, ঐনা চুমথোক্লম্বনি। মাগী সার্টিফিকেট হোবে হোবে পুবকএ, ঐনা দিল্লি চৎপা নুমিৎ অদুদা ঐনা ভেবিফিকেসন তৌবা লোইবগা হেড ক্লার্কতা পীবম্বনি। মানা মোবেদা লোৎখিবা খঙগনি। অতৈ সার্ভিস বুক কনানা পী।

সাব হেড ক্লার্কনা পী।

তোম্বগী যাওদে অদুগা কবম্না পেন্সন চৎকদবা লিষ্টতুদদি তা তোম্বগী মিং যাওই। মদুসু হেড ক্লার্কনা পীবম্বনি। মদুদা চুম্লবোই খন্দুনা তা তোম্ববু ফেঅবরেল পীরুবনি।

চুমদে, নখোয় নমিৎতু থিৎনা য়েংজৌ। তা তোম্বগী সার্ভিস বুক সে। (বেগতগী লৌথোক্লগা কেরানিদা লংশিল্লি।)

করিগুম্বা তা তোম্বা হিংলবদি ফৈ, করিগুম্বা শিগ্রবদি নখোয়গী নথক্তা তা তোম্ববু নখোয়না হাৎপনি হায়দুনা পুলিস কেস তৌগনি। নখোয় লোয়না সস্পেন্দ তৌগনি। অদুগা হেড ক্লার্ক অদু পুরা তর্মিনেট তৌগনি। খঙঙু অন্দর সেক্রেটরি সেখরজিৎ You know I am Under Secretary Shekherjit, করিসু মরাল লৈজদ্রবা তা তোম্ববু নখোয়না পুক্নি পীখম্লহনবা।

অদুগা রাধা,

সাহেপ তা তোম্বগী পেন্সন শুদ্রিব্রা?

শুদ্রি, চহি অমা ব্রাৎলি, মথং চহিগী ফেব্রুৱারিদনি।

ও! তা তোম্বা। (রাধা মকোক পায়দুনা ফমখি)।

ঐনা দিল্লি চৎত্রিঙৈদা নঙগী সার্টিফিকেট লৈতে খরা থুনা পীযু হায়খিবনি। মাসু থওইহৌদ্রমাল্লে, ঐনা চৎপা নুমিৎতুদা হেক।

সাহেপ থিবা য়াবা থিরবনি, ফংলক্রুবদা ঐনা ঐগী ইমা পাম্বোইবী খুরুমজরগা থিজবদা কোৎকী ফিঙাইরুক অমদা য়াওরমদুনা সাহেপ ঐনা পীজখিবনি।

রাধা,

মানা ঐঙোন্দা মতম চানা হাযরল্লবদি, এ ঙন্তানা থিরল্লবদি, সাহেপ্তা ঙন্তানা পীরল্লবদি তা তোম্বা নঙ ফেঅরবেল য়াওরল্লোইকো। (কপ্পী।)

ঐসু দিল্লিদগী খরা থুনা হনগে খনবনি, অদুবু য়াখিদে। ঐনা দিল্লিদা চৎলমদ্রবা, তা তোম্বা নঙ ফেঅরবেল য়াওবল্লোইকো। কপ্পী, মখোয়নিগী মতৌদুদা ময়ামসু কপ্লম্মী। কেরানি উবেদনা নখোয়না থবক শুবা চেকশিনহৌদবদগী মীগী মতু মচা কায়নরেদো। ফরে হৌগ্রবদি হৌগ্রে, নখোয়গী ওফিসতা চৎলো তা তোম্বগী থা অহুমগী তলপ শারম্মু হয়েংমক বিল কায়গদৌবনি।

সার, (কেরানি অনিদু চৎখ্রে।)

সেখর ফুরিৎখাওদগী পৈশা লৌথোক্লম্মী অদুগা রাধা হৌজিক

কমদৌনি। তা তোম্বগী মবাইবক্তা অসুম্না থোকউ তমশ্রমাল্লে। শ্রী গোবিন্দগী লীলানি। সে লুপা লিশিং তাবাসে, পাইশিল্লু, ডাক্তবদা অচংবা শেল লোযনা পীথোক্লম্মু। অদুগা ঐদি ঙসি হুম্মি মবিনি লৈবগা দিল্লিদা চৎকনি। কর্ম নংনবা হল্লকপা যাত্রা যেংগে। ঐনা চৎত্রিঙৈদা ওফিসতগী তা তোম্বগী কাযথোকপা যাবা শেল কাযথোক্লমগে। তা তোম্বগী শ্রদ্ধাদু যাম্না নীংথিনা শোল্লুকো।

সাহেপ শোঞ্জগে অদুগা ঝাসিমত্তং - কবি ঝানো বাধা?

মপোক অসিদা বাধাগী নুংঙাইযু তমখিদ্রমাল্লে কুমওন ফিবোই লোইবগা ইম্ফাল লৈকাযসিদা তা তোম্বগী যুমসিদা ইমা ইচা লৈবা ঙমগদৌবা মান্দে। ঐগী পোক্লফম লমদম, অঙাং ওইবিঙৈদগী চেন-চোংদুনা শান্নজবকপা খুঙ্গংদুদা হঞ্জখ্রগে। ইমা পাম্বোইবী চীংযাগী লৈকোলদুনা ঐবু খুৎলাম তোযনা কৌবে। তা তোম্বসু লৈকোলগী লৈবাংশিংদো য়াম্না খোইদাজৈ, নোংম ইমা পাম্বোইবীগী হবাওবা অমদা অযুক্কী হৈরুক কাবকপদা মাইবী জমুনা থেংর্নাখি মানা লাইগী হৈমন-লৈমন পীবকখি, মানা ঐখোযগী লাইগী লাইমাংদ খুরুখুদুক কুন্দুনা খুরুমহল্লগা বব নিবীখি, ইচা ধাব লৈনবা, পুংকুই কুইখিদে, ঐ মীবোলখি, নোংমসু ইচাবু যেংলগা নঙনা পুংকক চাওবকপা ইমা পাম্বোইবীদা সাইবেন চন্দুনা উসোপ অমা কৎচৌ। অদু ওইববদি নচাসু নঙসু মপাসু পুন্সি নুংশাংগনি হাযবীবম্মী। কুমসি কৎসি কৎহৌদে, নোংমৈ কর্ৎসি কৎহৌদ্রে। তা তোম্বা চৎখ্রে ইচাগী উৎসোপ কৎপা ঙমখিদবে। ঐনা খুঙ্গংদুদা লৈবগা নোংমদি ইচাগী উৎসোপ কৎচগে খল্লি। মাইবী জমুনা কনা নৎলমদ্রে, ঐগীসু তা তোম্বগীসু ইমা ওইবল্লে।

বাধা,

সেখব নঙনা তা তোম্ববু নুংশি ঐ খঙই। অদুগা নঙনা তা তোম্বগী নতৈমবুদি খঙদে। ঐ তা তোম্বগী নুপীনি, নঙনা তা তোম্ববু নুংশিববদি ইচাগী উৎসোপ অসি কৎপা যাওবীযু।

ঐ হৌজিক কবিসু পামদ্রে। তাচৌশিংগী মনাক্তা লৈবগা ইচাসি চাওনবা যোক্লখিগে। খুঙ্গংদুগী প্রক্রিতিগী ফজবশিংদুনা ঐবু খুলাম তোযনা কৌবি। বাধাবানি হল্লকলো। নঙসু নোংমদি শোযদনা হল্লকউ। তা তোম্বদা

পীখিবা লৈহাওগী নাচোম, লৈগী নাচোমশিং রাধারানিনা শেম্বনি। চীংয়াগী লৈকোলদুগী লৈশিংদুদগী লৈগী নাচোম শেম্লগে। ঐনা তা তোম্বদা পীখিবদো নহাক্লা লোই হায়খি।

রাধা,

অদুগা লৌখোংদুনা কমদৌরমগনি। ঐনা নোংমা লৌখোংদুদা লোং খোনবদা ফাখিবা ঙাশিংদো ঐনা থোংলগা নঙনা ঐখোয়দা চাখিবদু নঙ কাওরব্রা?

কাওদ্রি রাধা,

অদুবু নঙ পজিনা ঐখোয়দা চাক চায় হায়দুনা ফুখি, অদুদগী নহাক ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা চৎখি, অদুগা ঙসি নঙ তা তোম্বগী সাহেপ ঐগী ইপুরোয়বগী সাহেপ।

রাধা,

শোনগনি, তা তোম্বগী শ্রাদ্ধ, ফিরোই ফজনা শেনগনি, থাগী দিন লেপ্তুনা কৎকনি। তা তোম্বনা পামজবম্বা চীংয়াগী লৈকোলদু ফজনা শেম্লুনি, লৈগী নাচোম মখল মখল শেমলুগনি। তা তোম্বগী ফোটোদা কৎকনি। অদুবু থৱায় য়াওদ্রবা তা তোম্বদি লৈগী নাচোম মনম নম্লরোই, কনানা মনম নম্বগনি। ও! তা তোম্বা।

রাধা,

তা তোম্বনা পীরকপা লৈহাওগী নাচোমশিং, লৈগী নাচোম খুদিংমক ঐনা লৌখি, হৌজিকসু লৌখিগনি, তা তোম্বগী ফোটোদা লৈগী নাচোম লেপ্তুনা কৎপা ঙম্বা ওইসনু। তা তোম্বনা চিল্লুরবা নাচোমগী লৈমনদু সেখরনা খুনগনি। রাধা সেখরনা ঙসি ৱাশক্লি। তা তোম্বগীদমক সেখর হিংলি, নহাক্কীদমক নচাগীদমক সেখরনা করিগুম্বা অমা তৌবা ঙমগনি।

ঐ নঙোন্দগীসু, কনাদগীসু করিসু পামদে। ইং-তপ্লবী, প্রক্রিতিগী নীংথিজবনা থল্লবা খুঙ্গংদা পুক্সি চুপ্পা ঈংনা তপ্পা পোত্থাজবা সিখক্তনি ঐনা পামজবা।

সেখর,

নঙসু নোংমদি শোয়দনা খুঙ্গংদুদা হল্লকখো। ঙসি তা তোম্বগী ফেঅরবেলসিনা ঐবু কয়াদা ব্রাহল্লিবা। মপোকথিনা পোকখ্রবা মপোক হায়বদুদি। অঙাং ওইরিঙৈদা কুমাবনা ঐবু ফাবীবা, নঙগা থুংনখিদবা, হৌজিক্রা তা তোম্বসু কায়নরবা। ও! ঐ লুপ্রা ওইরবকো। ও! তা তোম্বা কৌদুনা কপলম্মী।

সেখর উপায় লৈখিদে। তা তোম্বা অমুক্তং চীংনা য়েংলম্লগা তা তোম্বদা অরোয়বা ফেঅবরেল পীবম্লে। (মচিন্দদি মুরুম মুকম শোল্লি, চংন-চংনা ঐনা দিল্লিদা চংলমদ্রবদি তা তোম্বগী ফেঅরবেল তৌরম্লোই) ডাক্টবসু উপায লৈখিদে। নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা দিছচার্জ তৌরে। য়ুমদা পুথদুন' মাগী মথৌ মঙম পুন্বা লোইবে।

# মৈগী বিল

ঐনা ইম্ফাল লৈকাইদা লৈবকপসি চাওবাক্লা চহি কুনগুম্বা শুবম্বা যাই। নুংশিববা খুঙ্গংদু থাদোক্তুনা লাকখিবনি। ইমাগা পোকমীন্নবা মাম্মশিং অমদি ইম্ফালদা হোংগত্তুনা লৈ। মাম্মা মচাশিং শেম্বা যাম্না হৈ। অমনা ইঞ্জিনিযব, ডাক্তব, ওজা লোইনা ওই। মাম্মসু ওজা ওইবম্মী। খুঙ্গংগী মীশিংনা মচা-মশু শেম্বা হাযবগদি ইম্ফালদা হোংগৎনবম্মী। মবমদি খুঙ্গংদা অফবা স্কুল লৈবমদে, লম্বী ফত্তে, ইম্ফাল তান্না চত্তুনা লাইবিক তম্বগী খুদোংচাবা ফংলমদে। অদুগী মথক্তা লমজিংবীনবা অফবা মী লৈবমদে। অফবা মী ওইগে হাযবদি, ইম্ফালদা য়ুম হোংগৎলগা লৈবা নত্তনা অতোপ্পা উপায লৈতে।

মাম্মখোযসুনি, মাম্মা অনী অমা খুঙ্গংদা লৈহৌবে। মাম্মা অহলদি ইম্ফালদা লৈখ্রে। মাম্মসু স্কুলগী হেড মাস্তব ওই। মচাশিংসু লোযনা ফৈ। নোংমা মাম্মা লাক্তুনা ঐবু মখোয়দা লৈদুনা ইম্ফালদা লাইবিক তম্নবা হাযবম্মী। ইমাশু পাজিশু যাই। ইং ১৯৬৮ দা ঐ মেত্রিক পাবিক্ষা পায তৌদুনা কলেস তম্নবা ইম্ফালদা লৈ। ঐদসু নত্তে। জমুনাসু ইম্ফালদা লৈখ্রে। চহিদুদা ঐখোযগী হাই স্কুলদা মেত্রিক পবিক্ষা পাস তৌবনি ঐখোয অহুমখক্তনি। জমুনাগা ঐগা তোম্বগদনি। জমুনাখোযগীদি হান্না মবুংশিং হোংখ্রবনি। মখোযদি ইনাকসু খুল্লি। খুলসিদা লৌযাম চাবা হায়বদু ওই। ঐখোযগীসু পাজিগী লৌ পবি অমদি লৈ। মদু উবগা থোইদোক্লা পৈশা পাযবা হাযবদু ওইদ্রবসু চবা হেনবা হাযবদুদি ওইদে।

হাই স্কুল তল্লিঙৈদা নোংম জমুনানা হাযখি - তা মোহেন, মেত্রিক পাস তৌবগা ইম্ফালদা লৈশি, কলেজ তমশি। ঐনা হোযদি হায। অদুগা ঐনা

নখোযগীদি হান্না নবুংশিং লৈবনিনা লৈফম লৈ, ঐদি, কদাযদা লৈগনি, লৈফম লৈতে, ঐ কলেজ তম্বা ঙমগদৌবা মান্দে, অদুগা পরিক্ষাসু পাস তৌগদৌবা মান্দে।

হায়হৈদে, তা-মোহেন, ঐখোযগী স্কুলগী বোল নম্বর ৱান নংনা ওইবগা পরিক্ষা পাস তৌগদৌবা মান্দে কায়না। অদুমহায়না হায়গনু। ওজা হেড মাষ্টরনা শাওগনি। স্কুল ওজা মযাম্না তা-মোহেন্দি ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা তৌগনি খল্লিবনি। নং লাইবিক পাদবা তৌগনু, স্কুলগী মীংচৎ থিহনগুমসি, খুলগী মায ওইনবা, লৈকাইগীসু ইজৎ কন্নবা স্কুলগীসু মায ওইনবা নঙ অসাম বোর্ডসিগী ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌববা নংত্রগা পোজিসন লেপ্পবা অমা তৌগদৌনি।

ঐনা খুম্মী।

'জমুনা।'

ঐখোয তাচৌদু কলেজগী ওজানিদা, ঐনা নহান চৎলুবদা মোহেন্দু লাইবিক কন্না পাও হাযযু, ঐখোয কলেজদা মাগী মিং চনবীনি হাযহৌই।

জমুনা।

পৈশাসু মানা পুথোকপীনি হাযহৌই অদুগা ঐঙোন্দসু...।

নঙোন্দনা কবি হাযবকপা?

তা-মোহেনখোযদা খবা তোযনা চৎলু, মাবু খবা যেংশিল্লু, অদুগা নঙসু লাইবিক পাবা লেপকনু, মোহেনগা নখোয়নি পুন্না মিং চনবীনি সিনিদনা।

জমুনা মশক মতৌ যাম্না চংখোল্লি, ঈং-তপপী, তহা-তহাদে, মগুণ লৈ, যেংবদা নুপীমচা মাল্লি, লাইবিক-লাইশু থৱায যাওই, কুম্মৈ-হৱাও কযা পুক্লিং চংদে।

অদুননি, ঐনা নখোযদা তোযনা তোযনা লাকইদো। ঐদি নঙ লাইবিক পাদবা যাবোই হাযবিবসিনি। ইনেগা মাম্মগীগা চাক্তো ঐনা খবা খবা লাকঅগ থোংবীবনি।

জমুনাখোযগা ঐখোযগা যাম্না কন্না মবী মতা থোক্লবদি নত্তে। খুঙ্গংদা লৈবা মীশিংদি মবী মতা হাযবা লৈতে, খেন্নবা হাযবা লৈতে, লৈমিন্নবা

খুদিংমক লোয়না নুংশিনৈ, মচা-মশু, মচিন-মনাওদৌনা লোয়না নুংশিনৈ। মখোয়গী মাম্মগা ঐখোয়গী পাজিগসু য়াম্না তিন্নৈ। মাম্মা তোমচৌনা পাজিদগী হল্লি। লৈকাইগী দেব-কর্ম্ম, লুহোং-খোংদোবা থোকপদা মাম্মা তোমচৌ অতৈ মীগা চৎমীন্নদে। পাজি নত্তনা। মোহেন-মপা নংবু লোইগ্রিবরা হায়দুনা হৌবা লাকই। ইমানসু মোহেন-মাদগী হেন্দে। মখোয়গী মমাগসু ঐখোয়গী ঐখোয়গী ইমাগসু য়াম্না তৈন্নৈ। ইবেম্মদগী হেন্দে। অদুগা মখোয়গী ইমুংনা ঐবুসু য়াম্না লুনা তৌবী। করিগীনো খংদে। মখোয়গী নুপা মরি, নুপী অহুম পোকই। ঐগীদি ইতোমতা, ইনাওসু, ইয়াম্বসু অমত্তা লৈতে। ইচে মতোমতনি। ইচেসু ময়ুম পানখ্রবনি। মখা লৈকাইদা। ঐ ইতোমতা পোকপীবগীবা খংদে। অদুগা তৌবদি ঐ ক্লাশ অহানবা, অনিশুবা তমলকপদগী ওসি ফাওবদা রোল ৱান তাদুনা অদুম লাকই। ইম্ফালদা লৈখিবা, কলেজগী ওজা, তাদ বিবেন্না ঐবু যাম্না লুনা তৌবী। মানসু ঐবু মখোয়দা কৌদুনা লাইবিক হেক-হেক তম্বী। ঐনা খংদবা অমা লৈবদা মঙোন্দা হেক্তা হংই।

ঐগা জমুনাগদি অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তমীন্নরকই। ঐনা জমুনাদগী থা খরা হল্লি হায়। ঐখোয়দা অদুম ইচেগী মতুং ইন্দুনা শান্নরকই। ঐগসু অদুম শান্নমীন্নৈ। লৈকাইদা লুহোংবা অমা থোকই। মতমদু নুংশিদা লুহোংবদা মাইয়েপ হৌনা-হৌনা খোংনরম্মী। লৈকাইগী কৃষ্ণ জর্ম্মা, থৌরানি জম্ম, লৈলেংবা, হরি উথান লিকোল শান্নবা খুদিংমক মাইয়েক খোংনরম্মী। লিকোল শান্নরম্মী, কৃষ্ণ জম্ম, থৌরানী জম্ম, কোয়নরম্মী। লৈকাইগী লৈশাবী পাখংশিং কুম্মৈ-হবাওশিং লোয়না য়াওই। অদুগা জমুনাসু, ঐসু, ঐখোয় লাইরিক তম্বা ছাত্র-ছাত্রিশিংদি কুম্মৈ-হরাও কয়া কন্না যাওদে। পরিক্ষা ফেল ওইগনি, ইরাং তৌগনু হাযদুনা অহল লম্মনশিংনা যাম্না কন্না থিংই। নোংমদি লৈকাইগী লুহোংবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা লাংনরম্মী। মদু মতমদু ঐ মাঙ্গোলদা লাইরিক পারম্মী। অদুগা মানা

তা-মোহেন নঙ লাইবিক পারিব্রা?

হোয়-ঐ কৈনোমা সুম য়েংলি।

অস! মাইয়েক মখোলসিদা, নঙ লাইরিক পাবা য়াবিবোইরে। ঐদি কোক ঙাওদুনা তোকলবনি।

কবিগীনো?

মাইয়েক করিগীনো অসুক হৌনা খোংঙ্গিবসি। অবাংগী মেমচা লুহোংবগীনে মাইযেক য়াওদ্রবদি, হোংবা য়াদবজাৎলো।

মী মযাম্বগী চৎনবনি, মাইয়েক খোংদ্রবদি, মেমচা লুহোংবনি কনানা খংবীনি। ঙসি শোইবম মেমচাগী লুহোংবা নুমিৎনি, লৈকাইগী অহল-লম্মন ঙন্তা ঙন্তানা লাকপীয়ু লাওথ্রবনি, নঙ তাহৌদ্রো?

তাহৌদে।

অদুদি তাও, ঙাইহাক লৈবগা অমুক লাওবক্কনি।

তা-মোহেন ঐখোযগী লৈকাইদি যাম্মা চাওখৎত্রি। ইম্ফালগী ঐখোয়গী ইনম্মনা হাযবদা ইম্ফাল লৈকাইদি মাইযেক খোংনদে হায, চুমলমগদ্রা?

খংদেহে, মতমগী চৎনবীসি সুম হোংবা তাবনি।

অদু তা-মোহেন, নঙগী লুহোংবদদি মাইয়েক খোংগুমসিকো।

কবি? ঐগী লুহোংবা...!

হোয নঙ লুহোংঙোইদ্রা? হাযবিসিবো?

হায অঙাং নংনা, অদুগুম্বা বাদু, ঙাংবা হৌনব্রা?

কবি, তা-মোহেন, কবি, অঙাং...!

হোযনে নঙ য়াম্মা অঙাংনিনে।

এ! এ! ঐবু অঙাং।

মান্নিনে, অঙাং অঙাং হাযবিসিনিনে।

তা-মোহেন, ঐঙোন্দা অদুমহায়না ওইদবা ঙাংগনু।

ঙসি অবাংগী মেমচা লুহোংঙসি, ঐগা মাগা থা মবিখক্তং খেন্নে হায। মানা ঐঙোন্দগী থা মবি হনবনি। মেমচা লৈশবী ফাবে হায়দুনা লুহোংঙগা ঐবু অঙাং কায়না, লুহোংদৌবিবা নুপীসু নংনা অঙাংনি হায়দুনা লুহোংবা যাবোই হাযদুনা থিংবা ঙমগদরো।

জমুনানা হায়বা চুম্মী। খুঙ্গং লৈকাইগী নুপীমচাশিংদি ক্লাস নাইন-তেন য়ৌরকপদা হেক্তা ময়ুম পাল্লি লুহোংই, নুপীনা মপামদা কুইনা লৈবসি ফত্তে, করিগীনোনে। তৌবদি ঐখোয়গী ইচেসু চহি ১৯ চংলকপাদা লুহোংখিবনি। ঐগী ইমান্নবা খরসু ময়ুম পানখ্রে। ঐদি মদুগী ৱাখল লৈতে। মেত্রিক পাস তৌরগা মখা তম্লবা, জমুনাসুনি। মমান্নবীশিংনা ময়ুম পানবদা মাসু ময়ুম পান্নিংলমগদ্রা? পান্নিংলমদৌবা মানদে। মরমদি মখোয়গী ইমুংগী মীশিংদি লাইরিক লাইশুগী মী ঙাইহাক্তনি। জমুনা লাইরিক য়াম্না শাংনা তমখিনি হায়বসি মাগী অরেপ্পা ৱাখলনি।

মতমদো খুঙ্গংগী পুক্সিদা অৱাং-অপা থোইনা লৈরমদে। পোং-চৈ তাংই হায়বগীসু, ঈশিং-মাইশিংগী ওইরবসু অনা-লায়েংগী ওইরবসু থোইদোক্লা অৱাবা লৈরমদে। ঈশিং-নুংশিৎ য়াম্না মরাং কায়না ফংই। চান-থক্লবা, ঙা-চাক মরাং কায়না ফংই। চহী অমগী ওইনা ইমুংদা ঙা-অকংবা, ঙাত্রো, ঙামু, উকাবী, ঙক্রিচৌ অসিনচিংবা চফু চফু থম্মে। ঙা লৈদুনা চানদে। নোংমা ফাদোক অতেকপা কৈথেলদগী লৈবা নত্তনা ঐখোয়গী ইমুংদা য়াম্না তোয়না চাগনবা এঞ্জাংনি কাংশোইসিনি। মৈতৈগী অরিবা এঞ্জাংনি। মনা-মশিং খরা হেক্লগা ঙা অকংবা, ঙামুবু ওইরো, উকাবীবু ওইরো ঙাত্রাবু ওইরো হেন্তাক্লা-মোবোক্লা মেৎলগা থাখ্রবদি মদুগী মহাও মপা লৈতে হায়নরিবনি। স্কুল কারমদাইদা ঐনা উকাবী কাংশোই, নুমিদাংসু ঙাক্রিচৌ কাংশোই। অদুগীসু মথক্তা ঙাবৌসু সিনি মতমদুগী খুঙ্গংগী চাকখুমগী মথেল। অদুগা কোবী, হঙ্গাম, হৱাই, আলু লোয়না ইণ্ঠোলদা থোকপা ঙাক্তনি।

নোংমা জমুনানা থোংদুনা পীজখিবা কেঙোইগা উকাবীগা পুন্না থোংমীন্নবা কাংশোইদুগী মহাও ঐ পুক্সিদা কাওখ্ররোই। জমুনাখোইগীদি লৌসু য়াম্না উই। মাম্মদু থবক য়াম্না কল্লি। লৌরোই নুমিৎনি হায়দুনা খুল্লং অমা পাংলুলাও হায়দুনা লৌ-শুবা য়াওরম্মী। নুমিৎ অদু লৌ মবাক পুল্লপ য়ৈবনি। কনাগী লৈশাবী, মৌনহা, অশং-অশংবা মাম্মগী লৌ পাংবা লোইনা য়াওই। লৈকাইগী তাদশিং, ইয়াম্বা থোকপশিং য়াম্না য়াওই। মাম্মগী মী য়াম্না লৈ।

মাম্মসি মীনা য়াম্না নুংশি। অদুগী মাম্মগী মচা য়াইমা য়ুমদা লৈহৌরিবসিসু মীনা লোইনা য়াই। ময়ামগী চাক মাম্মনা বামোন অমা নেক্কুনা থোংহল্লি। লৌ কারকপদা কোত্তা ফৌ হৈজিনবা লোইরগা সঙ্গোইদা পুল্লপ পীজে। অদুগা ঐদি ময়ামগী চাক চাবদু য়াওদে। ঐগীদি তোঙান্না ইমুংদা শেম্মে হায়দুনা জমুনানা হায়বদগী ঐ ইমুংদা মাগী কাদা চঙলম্মী। ফক অমদা ফম্মু হায়দুনা ঐবু ফমহল্লি, চাক পুথোক্লকই। চাকউপতা হাংতোক্লে। অদুগা মা-ঐঙোন্দা...

তা-মোহেন সিননে বামোন্না থোংবনি, ঙানি, অদুগা সিননা কাংশোইনি, উকাবী কাংশোইনি, কেঙোই কাংশোই ঐনা থোংবনি, ফজনা গ্যান তানা চাও, বামোন্না থোংবদুগা ঐনা থোংবদুগা কনানা হেনবগে য়েংঙু।

ঐনা...!

'জমুনা' নঙদি কেঙোইসিদি কদাইদগীনো?

ঙসাই ঐনা নখোয়না লৌ শুরিঙৈদা, শাবলদা চৎলিদনা, শাবলগী কোমদুদা য়াম্না হৌহৌই, ঐনা ফনা যাম্না হেক্লকপনি। ইনেগা পাজিগা চানবসু খরা থম্মীয়ে। সে নখুৎ হামদোকউ। (মানা খুৎ হাম্নবা কোম্পাক অমা পীরম্মী।)

ঐ-চাক চাবা লোইরে। বামোন্না থোংবা ঙাদু ঐ চাখিদে। জমুনানা থোংবা কেঙোই কাংশোইদু য়াম্না নিংথিনা চাখি। নুমিৎ অদু ঐনা খনখি - ঙসি চারিবা কেঙোই কাংশোই, করম্বা মতমদা পুন্সিদা অমুক চারকখিনি।

খঙহৌদে। মতম মানা অসুম পুদুনা মীওইবগী পুন্সিগী খোঙচৎ। নুংশিরবা ইখুঙ্গং অদু থাদোক্কুনা লাকপসি চহী ২০লোম শুরম্বা য়ারে। কলেজদগী বি. এ. (সাইন্স) পাস তৌরবা মতুংদা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদগী মাষ্টর পাস তৌরবা তুংদা ঐহাক থবক থিবা হৌরম্মী। মাম্মগী ইখোল য়াম্না চাওই। ঐঙোন্দা মতেক অমা পীরে। য়ুম মচা অমা শাদুনা ইমাসু-পাজিসু ইম্ফালদা হোংগৎলম্মী। য়ুমগী ইখোলদু ইচেগা-ইবাইগদা শিন্নরম্মী। ঐ থবক থিনা থিনা অঙাং ট্যুসনসু তৌরম্মী। ঐ অতৈ থবক্তি তৌররোই, কলেজগী ওজা নত্তনা হায়দুনা অসুম লৈ। কলেজগী ওজাদি ইকৌ কৌদে।

অতৈদি ঐনা থোয়না য়েংলুদে।

ইমাগা পাজিগা শোনজিল্লক্লে। মাম্মগা ইনেগনা শিন্দুনা ঐবু লুহোংবীবম্মী। মমাওগী লৈবক অনী চৎলগা লৈ। ইনেখোয়গী মবী মতা অমগী মচানি। ইন্দু কৌই। মহাক বি. এ. পাস তৌবে। থবক্তি ফংদ্রি। ইমুং-মনুং এনাক খুনবা হায়বদু ওই। মবুংসু সেক্রেটবি ওই। ঐ মাগা লুহোংদ্রিঙৈদা নোংমদি উন্নখি। অদুবু ফজনা খঙনবা হাযবদুদি ওইখিদে। কৈদৌবগনু খল্লে, মাম্মনা শিল্লবদি ফবম্মনি খন্দুনা লুহোংবদু য়াখিবনি। ঐগী লুহোংবা মতমদুদা জমুনাদি য়ুমদা লৈখিদে। য়ুনিভর্সিটিদা মাষ্টব (আর্টস)গী অবোইবা চহী তন্নি। ঐনা চহী অমা হান্না তমখি, মবমদি মহাক মশা ওমদবগী বি. এ. আর্টসতা চহী অমা চোঙ্খনা পাস তৌখি। মানা ঐঙোন্দা নোংমা ঐনা ইম্ফালদা থোক্লমদাইদা অসুম্না হাযহৌই-

তা-মোহেন, ঐনা মাষ্টব তম্বা লোইদ্রিফাওবা নহাক লুহোংলমখিনু।

মানা হাযবিসি কবিগীনো, ঐ খঙদে, অদুগা থোযনা খল্লুবসু তৌদে। মানা ঐগা অঙাং ওইবিঙৈদগী শান্নমীনবকই, চাম্মীন্নবকই, কোযমীন্নবকই, মানা ঐঙোন্দা কবিগুম্বা ব্রা অমা খনবগুম্বা তৌব্রা হাযবসু ঐ থোযনা খল্লুদে। অদুগা ঐসু মঙোন্দা কবিগুম্বা অমত্তা খল্লুবসু লৈতে। অদুগা চীংনবা অমদি লৈ - মানা ঐনা কোইবা, কুম্ব্লে-হবাও চৎপা যাম্না কন্না শেন্নে। কবিগীনো? নোংমা ঐনা বি. এ. সাইন্সকী অবোইবা চহীগী প্রাক্টিকেল তৌবম্মী। ইমান্নবী ছাত্রি অমদি ঐগা যাম্না তিন্নে, সবজেক্টসু মান্নে, মানা ঐঙোন্দা কৈনো অমা খনবগুম তৌই। ঐ লাক্তবদা মা যাম্না নুংঙাইতে, ঐ লাক্লগা হেক্তা হবাওই, যুমদকসু লাকই, শিংজমৈদগীনি। মপাসু এঞ্জিনীযবনি। মমিংনা শান্তি কৌই। ঐনা প্রাক্টিকেল তৌদুনা ছাত্রিশিংদুগা লৈমিন্নবিঙৈদা জমুনানা কা মনুংদা চঙলক্লগা হায়বম্মী।

তা-মোহেন, তাচৌগী মচা নাহুৎপা হযেংনি, যুমগী থবক য়াম্না যাম্মী হায। হোবেল কলেজ লোইবগা যুমদা হনখ্রগনু, ঐখোযদা ওইনা লাকউ, নুমিদাংগী চাকসু হাপ্পন্নগনি।

'হায জমুনা' অদু...।

'করিনো অদো-অদা।' তাচৌনা শাওজনি।

'মা চৎখ্রে।' ময়াম তুমিন তুমিন য়েংদুনা লৈহৌই। ঐসু য়েংহৌই।

ময়াম।

মোহেন কনানো সিবো।

ঐখোয়গী কলেজগী আর্টসকী ছাত্রিনি।

কবি থোক্লবগে?

কবিসু থোক্লদেদা।

'হেবা থাজদেদা' - অসিনি মযাম্লা হাযবিবা। হায়না হাযনা প্রাক্টিকেল তৌবা লোইবম্মী। শান্তিদি ঐঙোন্দা হবাওনা যেংলম্বদা নুংঙাইতনা য়েংবগুম তৌই।

লাইবক থীবা হাযগদ্রা নৎত্রগা লাইবক ফবা হাযগদ্রা, ঐ য়ুম পাল্লবা মতুংদা অনৌবা পুন্সি অমা হোংলম্মী। ইন্দুগী ইমুং ঐ অহানবদা খঙলুদে। মবী-মতা ঙাইশেল ওইবদা চানদবা হাযবদু ওইবে। পাজিগা ইমাগী পুন্সি তাইওন্নবে। নুংতিগী সুর্জদেব পূজা তৌজদুনা পাজিসি ঈংনা তপ্পা লৈজবনি। মৌ অমা ওইবগী তৌফম থোকপদু তৌবমদে। মানা হৈনিংবা নুমিত্তনা তুলসিবোং লাই খুকমগনি, হৈনিংদবা নুমিত্তনা তোক্কনি। চাকসু মা-মতোমতনা থোংদে ইমাসু থোংই। যাম্লা লুবিবদি - চাক এঞ্জাং চমতক, চাক পেতক অদুম তৌই। থাউ চাবগী চাং যাম্লা হেনগৎলম্মী। থাযনদি ইমাগা পাজিগসি চাক কন্তক, থুম কন্তক, মোবোক কন্তক চাজবনি। এঞ্জাং থুম-মোবোক হাযরুবগা বি পি কন্ট্রোল তৌনবনি হায। খুঙ্গংগী চাক এঞ্জাং হাযবদু ওইদ্রে। ঐগীদি য়ান-য়ানবা অদুম হোৎনবে।

মযুমদগী লাকপদা থবক তৌবক্তে। ঐনা ঐখোয়গী কেন্দ্রগী এম. এল. এ. হাযজদুনা হায স্কুলগী ওজাদি ওইহৌবে। পৈশাবুদি ঐনা পুথোক্তে, মাগী সনা-লুপা খবা থুগাযদুনা মপামদগী পীবকপা খবগা শিন্নখি। হান্না খবগা থোইচৎ-খোইজনবনে, স্কুলগী ওজা ওইবদগী হেন্নদুম থোইজৎনবা হেল্লম্মী। ইন্দু মশক মতৌ অদুম যেংবদা ফজে, মতমগী চৎনবী য়াওই, শাড়ি ফুল য়াম্লা তোইনা শেৎলি, মীৎ যেকপা, লিপষ্টিক তৈবা, পাউদব নাননা থাবা মাগী

হৈনবীনি, মশমসু ককথৎলি। মমাসু য়াম্না তোয়না লাকই, হাপ্তা কাংদে। মচানুপীসু মপামদা য়াম্না তোয়না চৎলি, স্কুল হল্লকপদা মপামদা হান্না চৎলি, মপামদগী চাক চাথোক্তুনা লাক্লগা মশা গুমদে হায়দুনা ফমুংদা হিপখি। ঐনা চাক থোংদুনা ইমা পাক্তি পীজবা কোঙ্গায়নি। ঐ তশেংবা মাগী লমচৎ শাজৎসি হান্নদি খণ্ডদে। পাক্তিনা ইমানা পাল্লিবা চৎনবীদুগা ওন্ন-তৈনবদা লৈরে। ঐ মানা তলব চারগা নুংঙাইগদ্রা খনবনি। মদুসু ওন্নরে। তলব হেক ফংবগা মপামদা চৎলি নৎত্রগা নোং ঙানবগা মমা নৎত্রগা মনাওনুপী হেক্তা লাকই থোয়না নংবা ইমুংসু নত্তে। অদুগা তৌরিবা মতৌসি করিনো ঐ হায়ফম খংদ্রে। তলোপকী পৈশা কদায়দনো হংলুরবসু, নংনা খংপেত্তে, মরুপ য়াম্না য়াওরি, পৈশা কোন্নদে নঙোন্দগী খর পিশিল্লকউ সিনি।

তৌবদি ঐসু গোবরমেন্ত কোলেজগী ওজামক ফংদ্রবসু গ্রান্দ-ইন এদ কলেজগী ওজাদি ফংলে। পোষ্ট এপ্রুপ তৌখ্রবনি, গ্রান্দ-ইন-এদ ওইবনিনা ওজা ময়াম য়েন্নবগী ৱানি। সিতি কলেজ ওফ সাইন্সগা প্রাইভেত কলেজ ওইজরবসু ইম্ফালদা মীয়াম্না মশক খংবীবা কলেজনি। ঐবুসু ফিজিক্সগী ওজা মোহেন হায়দুনা ময়াম্না খংবী। কলেজগী তলোপ চাং নাইনা ফংদ্রবসু অঙাংশিং তিয়ুসন তৌবশি পৈশাদি অদুম চাং নাইনা থা খুদিংগী ফংই। মেদিকেল তমগদবা, ইঞ্জিনিয়ারিং তমগদবা অঙাংশিংনা মরু ওই। ঐনা তম্বীখিবা, ছাত্র-ছাত্রি কয়া ডাক্তর, ইঞ্জিয়ার য়াম্না তমনপ্রে।

তৌবদি য়ুম পাম্বদি শেল চংঙই, লোয়বা নাইবা নত্তে। লৈকাইগী পোৎপাং-হৈবাং, চানা থক্লবা য়াম্না চংই। ইমুংসু চানা-থক্লবদি লৈববুদি লৈ অদুবু মরুপকী শেল হুম্বা কোন্নদে। মসিদনি ঐগা মাগা খৎনরিসে। শেল কোমদ্রবদি কৈদৌবগী মরুপ য়াওরিবনো? তলোপ চাবা খুদিংমক ইন্দুদৌনা মরুপ লোইনা য়াওরমগদ্রা? তলোপ চারবদি শেল চিনবা হৌরবনি হাযবা হায়নবদু চুম্বাজাৎনি।

ঐনা য়ুম পানবগী পুন্সি কয়া নুংঙাইবা নত্তে। নে-নে কয়া তাদে। ইন্দুনা য়ানবা হোৎনরবসু ইমাগী মথ্বায় তাদবসিনি ঐনা ৱারিবসি। ইম্ফালসিদা য়ুম হোংলকপসি শান্তি ইকং-ফংদে, মী-পোং তিন্নবসু কয়া হৈনদে, কৈথেল

কাবসু হৈনবা নত্তে। মবক মবক্তা, তুমিন-তুমিন শোল্লি খুঙ্গংগী পুল্লিদু নুংঙাইবনিদা?

ঐগা ইন্দুগা য়াম্না তোয়না খৎনবগী মবমদনি। ঐ পৈশা পায়দবা, শেল থোক্তবা হায়বদু সিনি। প্রাইভেত কলেজগী কবিনুংগী ওজা ওইববনো খল্লি। ইন্দুনা ঐবু উশিত্রে। পৈশা থোক্তুবনিনা মাগী তোলোপতা হিংবগী পুল্লিগুম ওইবে। জমুনাদি মবাইবক যাম্না ফৈ, মণিপুরি এম.এ. নি। গভর্ণমেন্ট কলেজগী ওজা ওইহৌই, তোলোপ চাং নাইনা ফংই, তোলোপ চাওই। জমুনা কলেজ ওজা ওইববসু যাম্না চম্না পুনসি লেল্লি, অচাওবম কাদে, মঙোন্দা অশাওবা লৈতে, ফিজোলসু যাম্না হেননা নাননা শেৎতে, চুম্না মৈতে নুপী অমনা ইচম চম্না শেৎ-চাবদগী হেন্দে। মাগী মচা নুপী ঐনা প্রাইভেত তম্বীবি। মেদিকেল তম্নবগী অশানি। ঐনা পৈশা চিঙ্বা উবগা মাসু নুংঙাইতে, মা-ঐঙোন্দা ঐগী অচিনবা শিজিন্নবা পী। মীঙোন্দগী শেল লৌকনু হায়বন্মী। মা মযুম পানগ্রবসু ঐখোযদা যাম্না তোযনা লাকই। ইমাগী অৱাবসি মা লাক্লগা মাগা ৱাবী শাবগা খবদি পোৎথাই। অদুবু ইন্দুনা মতৌশিদা মাসু কযাদি তোযনা লাক্লিংদে।

ঐসু মকুপ অমা যাওশিল্লুবনি। মকুপসু তাই। অঙাংগী তিযুসনসু হন্দক্কী থাসি লেপ্লে। শেল লাক্লবোই। মকুপসু হন্দবা যাদে। ইন্দুদগী পুশিল্লে। হন্দক্কী থাসিদি ইন্দুগী তোলোপসু No due Certificate পীদ্রবদি তোলোপ ফংলোই। এলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টসু অঙকপনি। মৈসু চাং নাইনা লাকপা নত্তে। নোংমগী মনুংদা, পুং অমা অনী, অদুগা হাপতা অমগী মনুংদা নোংমা নিনি। হুমনি, থা অমগী মনুংদা নুমিৎ তবানি। তবামাথোইনি-সিখক্তনি মৈ লাকইবা, অদুগা মৈগী বিলসু চাং নাইনা থিনদে। তোলোপ চাবা ঐখোয়দি চাং নাইনা থিদবা য়াদে। গভর্ণমেন্ট তোলোপ মচা-চাবশিংনা মৈগী খাজনা তোনবা যাদবা, অদুগা অচৌ-অচৌবা সবকাবগী লোযশঙসিনা মৈগী খাজনা লুপা লাক্ষ-লাক্ষতা তোল্লি, অমত্তা থিদে। মণিপুবগী মৈগী ফিবমসি মীবৈবাক্তা অসুম্না তৌবমগদ্রা?

ঐনা ইন্দুদগী লৌবা মকুপকী পৈশাদুনা মৈগী খাজনা থিযু, অদুগা

ওফিসকী কেসিয়াবদা খবা পীকশো হায়। ঐনা হোয হায়দুনা তৌবা তাবন্মী। ইমান্নবা অমদগী পৈশা খবা লৌবগা মৈগী বিল থিবন্মী। বিসিত অদুনা ঐনা কেসিয়াবদা পীবম্মে। কেসিয়াবসু খংনৈ, হযেং তোলোপ যেম্লনি। ঙসি ঐনা ময়ুমদা পীবম্বনি। ওফিসতা চৎনবা মতম ফংদবদগী।

ঙসি ইন্দুগী তোলোপ ফংবা নুমিৎনি। মচানুপীনা মমানা হোবেল ঙা লৈবক্কনি খঞ্জবনি। ইন্দুদি ঐঙোন্দদি হায়বমদে। মাদি মখোয়গী স্কুলদগী তোলোপ য়েনফমদা অদুম চৎলবজৎনি।

নুমিৎ অদো যাচংবা ফাওবদা, ইন্দু হল্লক্কে। ঐদি ঙস্তানা যুমদা হল্লকলম্মী। ঐ নুংশা থিবন্মী। অদুবু মপামদা চৎলম্বা যাই। তোলোপ ফংবা খুদিংগী মপামদা যাম্না তোযনা চৎলি। মানা লৈখ্রবদা, ঐনা চাক থোংদোক্লে, ইচানুপীসু ইমাসু পীজবে। ঐদি চাদ্রি, ঐ সাইকল ইম্থোক্লগা মপামদা হংলুশিবা, খন্দুনা সাইকল ইম্থোক্কে তৌবন্মী। তাঞ্জাসিদা ইন্দু হল্লকএ। ব্রা অমত্তা ঙাংদে। মাগী বেগ অদু ফমুংদা লংশিনখি, ফি-বোল হোংদোক্কে ফমুংদা হিপখ্রে। মাগী মতৌদু ঐ ইচিং চিংনবন্মী। ইবেম্মসু মাগী কাদা চংদুনা তুমখ্রে। মমাগী ইবাং-হেক হেক থোকপসিদা, কিবদগীনি।

হায নুপা হুবানবা চিস্থিবা! ঐগী পৈশাদু পীবকউ। হৌজিমক পীবকউ। (ঐবু ফমুংদগী চিংখৎলি) নংনা নবলদি লৈতনা মীগী পৈশা হেক্তা লৌই। শিংসু শিংদে, কদাযনো ঐগী পৈশা শিংনি হাযবদো, হা! হা! (ঐগী খুদাং পায়দুনা চীংলম্মী) ঐনা তপ্না,

ইন্দু ঙাইখো, কৈদৌবগে গ্যান তানা হাযযু।
কবি গ্যান তাবা, নঙ গ্যান যাম্না তাবেনে।
নংনা মকপ হুনখিবা পৈশাদু হৌজিক পীযু।
হৌজিক পীযু।
ঐগী পৈশা ফংলগা পীগে হাযখ্রবদুনি।

নংগী পৈশা ফংবা, নপুক্সিগী ফংলবোইদবা পৈশাদুবু। ঐ অদু অদা খংদে ঐগী পৈশাদু হৌজিকমক পীযু। ঐ নংগী ইনাক খুনবা ঙাইবা ঙম্মোয।

নংনা হায়বিবসি কবিনো, ঐ ভাব তাবা ঙমদে।

তারোই, নঙ নবুক য়াম্না ফত্তবা মীনি, হুরানবা চিঙ্খিবা!

নচিন অদুক য়াম্না থিবা!

নংবু No due Certificate পীগ্রে হায়বদাই, অদুগা পীসু পীদনা, নংনা পীদ্রগা পীদ্রে, ঐ বিল থিনবা পৈশা লৈত্রগা লৈত্রে হায়বা য়াদ্রা? ঐ ঙসাই চৎলমদাইদা নঙোন্দা No due Certificate পীগ্রবা হায়দুনা, নচিন্দুনা পীগ্রে হায়বদায় অদুগা পীসু পীদনা সে হৌজিকমক পীয়ু। (ঐগী খুদাং পায়দুনা চিংই।)

(কেসিয়ারনা ময়ুমদা পীগ্রবনি।)

নচিন থিনু। নচিন অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন থিনে। নঙনা নচিন থিদুনা মীগী মমাংদা ঐবু হাত্তৌ শরুক ঐবু হৌজিক হাক্তোপীরো। মীগী মমাংদা ইকাইদুনা শিবনসু শিবা, নংনা হাত্তুনা শিবগীসু শিবা, কদাইদা লৈখ্রে হৈজ্রাংদু (হৈজ্রাং থি, পুবকই ঐঙোন্দপী) সে থাংসি পাইয়ু সে পাইয়ুসে, ঐঙোন্দা থিল্লু, সে থিল্লো।

ঐ ইঙক ঙকখ্রে। ঙসি মাগী মতৌসি কবিনো। কবি মতৌনো, পাখত্তবা ঙমদবে। শাওনিংদনবা হোৎনবনি, শাওনিংদবা ঙমলক্তবে। ইবেম্মসু থোক্লক্তুনা, ইমা-ইমা মখুত্তা পায়দুনা ইমাসু পাখৎলম্মী। হৌগৎলম্মী। সে ঐবু হাৎলো, সে ঐবু হাৎলো, নচিন, থিবা, চিঙ্খিবা হুবানবা লব্রায় মচা, নমা নচানা নবলদি লৈতনা ঐবু ওৎলিবা করিগীনো, হুরানবা হায়রগা টেবলদা থল্লিবা T.V.দু মখোংনা কাওবম্মী।

অকোম্বগী ব্রাহৈ, হুরানা, লব্রায় মচা, নমা নচানা ঐবু ওৎপা হাযবসিদা খাংবা ঙম্লমদে। মরাল লৈজদ্রবা ইমা য়াওশিল্লকপসিদা ঐ অশাওবনা লুতোল হৌরম্মী। T.V.দু মখোংনা কাওথবা লোয়ননা আলমিরাদগী পোৎ-চৈসু লংথোকপা হৌরম্মী। ইমানাসু করিনো ইবেম্ম, নংবু শাওখৎখিনুদা,

কবিনো ইমাসু য়াওশিল্লকনু, নচা হুরাম্বসিদা হংঙু, হুবাম্বা চিঙ্খিবা হায়দুনা ঐঙোন্দা মাগী বেগনা থারকই,ঐসু ইন্দু হায়দুনা অমুক-অনিরক খুৎপাক্লা থাখ্রে। খুৎতো খরা কনখিবা মাল্লি। ইন্দু ব্রাঙ্খখ্রে, মচানুপীনা ইমা ইমা

কৌদুনা ফমুংদা থাঙ্গৎলি ঐসু পায়, ফনা কুইনা গ্যান লাত্রে, মকোক্তা ঈপিং হাপ্পী। মশা নোম্মী গ্যান খরদি লাকএ, তুমিন্না লৈখ্রে, ফমুংদা তুমখ্রে, ইবেম্মসু মমাগী নাক্ত তুমখ্রে, ইমাসু মাগী কদা চংখ্রে, মোহেন-ইমাসি শিনিংলে হা! ও! ইমাগী ঝাঙাং, ঐবু কয়াদা ঝাহল্লবা, ঐ ইমাগী মাংদা য়াম্না ইকাইরম্মী। পাজিগা-ইমাগা অসুক কুইনা য়ুম-পানবসি নোংমত্তা খৎনখিদে। পাজিনসু মমা নংবু, ইমানসু মোহোয় পাজি হেনখিদে।

অহিংদু হৌখ্রে। নোংঙাল্লে, তুম্বা য়াদবদগী ঐ যাহৌ থেংখ্রে। নুমিৎ ফন-ঝাংনা কারল্লে। মী লাংবা মখোল তাই, ঐনা থোংনাওদগী য়েংথোক্লবদা জমুনা লাক্লম্মী। মচানুপীসু য়াওরম্মী। মাগী মচানুপীসি ইচানুপীগা লেংগানি, তিনসু তিন্নৈ, লাইরিকসু তম্মীন্নৈ। মাগী মচানুপীদু ঐনা তিয়ুসন তম্বী হন্দকসু হৌরসি হায়বনি কৈদৌঙে হৌদৌরিনো অদুগী হংবা লাকপা ওইবমগদ্রা?

ঐ হৌগৎলে, ঐনা জমুনা নঙ লাক্লিব্রা হংবদা মহাক খুমদে। ঐগী নাক্তগী চৌক্রিদুদা ফমদুনা তুমিন্না লৈ, ঐ মাবু কৌবমলগা পুখ্রিদা চিন-য়া শেংবা চংলে। ঐ পুখ্রিদগী হল্লকএ। ইবেম্মনা শুমাংঝাই তৈথোক্তুনা তুলশিবোং লাই খুকম্লবা শেম শাবা উবম্মী। মাঙ্গোল ঝাইগসু লোইনা তৈথোক্লবজাৎনি,

মাগী মতৌদুদা, ঐনা চীংননা,
ইবেম্মা, নমাদি?
খংদে ঐনা য়াহৌবকপদা লৈবমদে।
আয...।
হায নামাসু লৈবা উদে, নবোক্তি?

বোবোকসু মাগী পোৎ মখোযদু পুদুনা খুঙ্গংদা চংখ্রে। ঐবুসু লাকও মাগা লৈগদবনি হায়রম্মী।

করি নং নবোকপু থিংহৌদ্রিবা কবিগীনো?
থিংবা য়াদে, নপাদা ঝাসি হায়য়ু হায।
করি ঝা...?

বোবোক্কী আদা লৌ মরাক লৈবদু সঙম অমা য়োম্থোকলুগনি। অদুগা

ইমাগী শেল শিংদোক্লনি। শেল পুরগা লাক্কনি নঙ ঙাইরম্মু হায়রম্মী। বোবোক লাক্লিফাওবা নঙ চৎথোকখিনু ইমাগী শেলদু শিংদোকসে, নঙনা কৈদৌবগীনো ইমাগী শেল পুরিবা, ইমানা নংবু হুৱানবা চিঙ্খিবা, হুঞ্জিন হুঞ্জিন, অদুগা ফুসু ফুরিবা, বোবোক্তো য়ুমসি তুং হন্না হন্না য়েংলগা কপতুনা চৎখিবনি, হা বোবোক-ইবেম্মদু মবোক কৌদুনা মখোল থোক্লা কপলম্মী। মাগী মতৌদু য়েংবা ঙমদ্রমাল্লে, জমুনাদু ইবেম্মা হায়দুনা ইবেম্মদু কোনশিন্দুনা কপলম্মী।

ইবেম্মা কপকনু, (ইবেম্মা কপ্পা লেপতে।) বোবোক, বোবোক ঐসু ননাক্তা লাক্কে, বোবোক ঐ নৈত্রবদি বোবোক্কী চাক কনানা থোংবীগনি।

ই ই ই...! (কপলম্মী।)

ঐ ইচাগী মতৌদুদা য়েংবা ঙমদদুনা য়েৎনখদা থোক্লগা কপলম্মী।

সে কপলগনু নংগী ৱাবাগীদমক ইনে লৈবীসিদি, ইবোক্কু ইনে কৌকুগে ইনে য়ুমদা চৎকে, অদু ঐদি নখোয়গী খৎনৈ তাদে, ইবেম্মাগা নখোযনি, লাইবিক পাম্মীন্নহনগে শান্নমীনহনগে লাকপনি, নং কপকনু, ঐখোযগী ইবেম্মগা শান্নৌ, ইবেম্মা নুংশিথোইসি থেম্মু, মাগা শান্নমীন্নৌ (মচানুপীদা হাযবম্মী) মেমথোইনা থেমদুনা নুংশিথোই কপ্পদু ফবো মখোযনি ইমুংদা চংখি। জমুনা গাডীদগী ময়োম অমা লৌথোকলম্মী। অদুগা নুংশিথোইদা পী। নুংশিথোই মেমথোই নখোযনি হোটেলদগী লৈবকপা তলশি চবম্মু। ঐ খুঙ্গংদা চৎলুখিগে, অবোকতু য়ুম য়ৌনবা কপ্পগা চৎখিবনি। হোয-হোয জমুনা খুম্মী। অদুগা চাক্তিনে ঐ লাক্লগা থোংলশি। ঐ য়াম্না থুনা লাক্কে,

মোহেনদা-তা মোহেন ঐদি নংগী নুংঙাইববা পাও অমা তমগে লাকপনি, নংগী ইমুংগী মতৌসিদা ঐ পাওসি তমদৌবা তল্লেদা,

কবি পাওনো, তম্মু জমুনা (য়াম্না তন্না খুম্মী)

নংদি ঙবাংগী নুমিদাংগী পুং ৭:৩০ গী পাও তাহৌই- নখোয়গী কলেজগা, নুপী কলেজ অমগা গভর্ণমেন্টনা লৌশিল্লে হায়বিশি নং তাদ্রো। তাচৌনা পাওসি তম্মুচো হায়দুনা লাকপনি, তাচৌদি ওদরদু উরক্লা, নখোয়গী

কোলেজ ওজা ময়াম কোয়লাং লাংদুনা লপ্পীদা কোয়চেন চেন্নহৌবি। অদুগা নংনা ইন্দু খৎনবগী মৈশা।

খবখিত্তং নোকফেৎ তৌই অদুবু নুমিদাং থম্মোয় শোক্লা থোকখিবা থৌদোক্কুনা ঐ মপুং ফানা নুংঙাইহন্বা ঙমদে। করম্বা মতমদা সিতি কলেজ সবকারনা লৌশিনবীগদগে খন্দুনা ঙাইজবকপা কুইবে। ঙসিদি নিংবা থুঙলে। অদুদা ব্রাখলদি জমুনাদা খিত্তং নোকতুনা হায়ফেৎ য়েংলগা,

অওইববা জমুনা...।

কবিনো, তা-মোহেন, ঐ অঙাংমচাসু নত্তনা লৈকাইদা লৈমীন্নবকবদগী ঙসি ফাওবদা জমুনানা তা-মোহেন্দা কবম্বা ওইদবা ঙাংগ্ৰবনো।

জমুনা।

অদুগা মোহেন নঙ থোয়না ব্রাকবগনু। নঙনা গভর্ণমেন্ট কলেজগী ওজা অমুক্তং ওইগে খন্বদু ফংলবনি, ইবানি পীক্লি কৈঙেদগী লাইবিক তম্মিন্নবকই, ঐদি লাইবিক কয়াসু ফত্তে নংদি ফৈ, অদুগা গভর্ণমেন্ট কলেজ ওজা থুনা ওইখি, নংনা প্রাইভেততা চংখি, মী মীগী মতম মতমগী দাও হাযবদুনি। নংবু লাইবিক যাম্না ফবদগী সিতি কলেজগী কর্মিতিনা নংবু থাদোক্কবনি কলেজ সিনি হায়দুনা। হৌজিক নখোযগী কলেজগী ওজাশিং নংবু হৌবা লাক্লগনি, ঐ অযুক ঙন্তানা পাও লৌববনি, অদুগা অসিগুম্বা পুন্সিগী অসুক নুংঙাইববা নুমিৎ অসিদা যেনখাদা কপতুনা লৈবা, হুম' মদু মতম চাদে। তা-মোহেন ঐ খুঙ্গংদা চৎলুখিগে, ইনেদু যুম য়ৌবব্রা য়েংলুখিগে।

জমুনা

অঙাং অনিদু ইমুংদা তল চাহৌবনি, ঐ যাম্না থুনা লাক্কে, চাক্তি ঐ লাক্লগা থোংগে।

জমুনা গাড়ি ইম্থোক্কুনা চৎখ্রে।

ঐ জমুনানা চৎখিবা য়েংনা যেংনা খল্লি। মানা হাযবিবসি চুমগনি, হৌখিবা চহিদসু কনববসন থোক্কনি, তৌবদগী থোকখিদবনি। ওম্থোক্লা ফবেদা, ঐগী নীংবা থুংলে। ইমান্নবা, লাইবিকসু ইযৌ য়ৌদবা, এম. এ. সিদসু

ক্লাস বান য়ৌদবা মখোয়না তলব চাউনা চাউনা চারগা এম. এ. সি ফার্স্ট ক্লাস ফংবা ঐনা ওহ্লোক্লা বানা প্রাইভেট কলেজদা লেপ্লি... জমুনানা হায়বা চুমগনি, কম্মিটিনা ঐবু থাদোকউ য়াদে, তোক্লগে হায়বসু য়াদে। ঙাইখো, ঙাইখো হায়দুনা অসুম লৈবদগী চহী কয়া হৌগ্রে, ইচানুপীসি লৈশাবী ফাগদৌরে। ও! ওহ্লোকপনিদা সরকারগী থবক তৌরবা, ঐ গভর্নমেন্ট কলেজগী ওজা ওইরবা। লুপা লীশিং ৫০ মুক তলব চাবা তারবা হা: হা: হা: ইখং খঙহৌদনা নোকথোক্লম্মী। মানা নোকপদু খরা হৌগ্রমাল্লে, ইমুংদগী নুংশিথোইগা, মেমথোইগা চেহ্লোবক্তুনা বাবা করি তৌরে, করি তৌরে, ইপা পাখৎনা হংলম্মী।

নুংশিথোই, ননে জমুনানা হাযবম্মী। বাবাগী কলেজদু সরকারনা লৌশিল্লে, বাবা থা অমদা তলব লুপা লীশিং ৫০ ফংবা তারে। হা: বাবা : নুংশিথোই য়াম্না হবাওরম্মী। ফন-ফন চোংলম্মী। ঐখোয়গী বাবাগী তলবনা থা অমগী লুপা লীশিং ৫০, ভালো, ভালো অদুগা অমুক বাবা অদুদি ইমাগী শেল শিংদোক্লুবসি। মাগী পৈশা তোনবগীদমক, বোবোক্কী মমাংদা ঐগী ইমাংদা মাগী.... বাবাদা ফুবদো যাম্না নুংঙাইতে, বোবোকতু মাগী ফমুংদ চঙলগা কপখিবনি। অদুগা মাসু কপকে তৌবম্মী।

মতম কুইনা ঙাইজবকপা, কবম্বা ঐগী পুর্ণিমা অমুক্তং ওইগদগে খল্লুবা ঙসিদি ওইবেদো। নুংঙাইমন্দুনা হৌনা নোক্লুবা থংনবা মীৎকুপসিদ মচাগী মতৌদু উবদা কপনিংলম্মী। অসুক নুংঙাইববা পাউসি নুমিদাংগী অব্রাবা থৌদোক অদুগী অব্রাবদুনা অমংবা নোংনা অতিয়া পুম্বা কুপশিনখিবগুম মোহেনগী থম্মোয় কুপশিনখিবম্মী। মোমোন নোক্লম্বা মায়থোংদু অব্রাবগী মমি তারম্মী। অদুবু মচানুপীনা হবাওজবদুদি অব্রাবা মায়থোংদুনা হরাওনা নোক্লম্মী।

কলেজগী ওজা খরা লাক্লম্মী। পাউ পীবা লাকপনি হায়। ঐ হকচাংকয়া নুংঙাইত্রে। নখোয়না ফনবা শিল্লো হায়বা মখোয়সু হলহনগ্রে। মচানুপী অনীনা শান্নরিঙৈদা মোহেন চাক থোংকৎলম্মী। এল্লাংসু হব্রাই থোংশিল্লে। জমুনাসু হল্লকগ্রে। ইমাদি পুরক্লে, মতম খরা য়ুমদা লৈহৌখিগে হায়দুনা লৈহৌরে।

নুমিৎ থেংজিল্লক্লবদা জমুনাসু মচা পুবগা চৎখ্রে। চৎলমদাইদা হায়বম্মী,

তা-মোহেন ফিভমসি য়াম্না লুই, খুড়াতোনসু লাক্কনি। অদুগা নঙ খবা চেকশিন্দবা য়াবোই, ইন্দুগী মৌগ্বা অমা গুন্দা তৌদুনা লৈবনি। মমানা ইনশিন্দুনা নঙবু ফুগে তৌবকপা য়াই। অদুগা নঙ নতোমতা তুম্মসু ফত্তে, খুডাতোনগী মচা ইবুংঙো তোম্বদু মতম খবা লৈকল্লাও হায়বম্বনি।

জমুনা চৎখ্রে। মানা হায়বিবসি ঐ থোয়না কিদে, অদুবু ফিভমসিদা - থৌদোক অদুগী মতুং হাপ্তা ফাবে। মখোয় নোংঙাল্লগা লাকএ। খুড়াতোন্না কৌবা চৎকে তৌই ঐনা থিংদুনা চৎহন্দ্রে। মখোয়না লাক্তবগী মবমদি ঐখোযনা কৌবা লাক্কদবনি সিনি। চুম্মী, অদুবু ঐ-মাবু কৌগে খন্দ্রে। ইন্দুদু ঐনা খুৎপাক্লা থাবদা নাকোং শোকখিমাল্লে, ডাক্তবদা থা অমা হেন্না লাযেংখি হায। নোংমা লাকপদা ব্রা লোইথোক্লখ্রে। খুড়াতোনসু যাওখ্রে, লৈকাইগী অহল্লোন, নহাবোল, ক্লবকী সেক্রেটবিসু য়াওখ্রে, অউনপোৎসু লোইনা পুখ্রে। অদুগা নোংমদি ইন্দুগী মমা লাক্তুনা হাযবম্মী।

"মোহেন, নঙ ইন্দুগী পৈশাদু কৈদৌঙৈ শিংগনি।"

ঐ পাক খুমদে, কবিগী পৈশা কনাগী পৈশা হায়দুনা খুমশিবা খনবনি। যুম পানবা, যুম পানমীন্নবা, মাগী নুপীনা মপুবোইবদগী পৈশা লৌবা, মপুবোইবনা মাগী নুপীদগী পৈশা লৌবা অমুক থৌনব্রা? মথোই কাদুনা শিংবজাৎলনে। নুপীনা তলব চাবগা মাগী নিপানা লৌবা শেলবু, পুব্রা, লৌববা, অমুক থৌনব্রা, শিংনব্রা? মাগী নিপানা তলব চাবগা মাগী নুপীদা পীখিবা শেলশিংদু মাগী নিপানা অমুক থৌনব্রনে, নুপীনা নুপীগী মবন্নাই, নিপানা নিপাগী মবন্নাই তৌনবা, কবম্বা যুম্বালনো? তলব চাবা ইমুংগী নুপী-নিপা লোইনা তৌনবমগদ্রা সিবো! ঐ ব্রাখলসি খনফম খঙদনা লৈবিঙৈদা অমুক,

"মোহেন খুম্মুনে, তুমিন্না লৈশিনবসি কান্নবোই, ব্রা-পাও চাওনবক্কনিদা"

ইমা!

'নবল লৈতনা সঙ্গোম চানিংলুনু হাযনবনি।'

ঐ শাওনিংলম্মী। ঐনা ইন্দুসি য়াম্না কন্না নুংশিদুনা লৌরুবা নত্তে। ঐসি মরম মোকই হায়দুনা মমা ফাওবা য়াওনা কৌদুনা ঐঙোন্দা পীরকখিবনি। অদুগা হৌজিক্লা মমানা অয়াম্বা ইনশিন্দুনা ইন্দুগী থম্মোয় ওনখিবনি, ইন্দুগা ঐগা কাইনবা, মমা-মচা কাইনহনবা অসিবু করম্বা মমা ওইবগী ব্রাখলনোনে, করি ধর্ম্মনোনে - ঐনা খল্লি।

ঐদি নঙসে য়াম্না ফগদৌবোই খল্লুবনি। অদুগা পৈশাদি থোক্তে, ইচাগী সনা লুপা লোইনা মাঙহনবা, অদুগা ইচাবু নঙনা অদুক শাথীনা ফূবীবা। চুম্মী, ফুবদি ফুবনি, মীবু হেক্তা শোইনাইনবা ফুবা হৌনব্রা? ইচাশিংনা নঙবু ফুগনি খনবনি, অদুবু ইচা অহলনা থিংবদগী তোকপীবনি, নঙনা খুঙ্গংদগী হোংলক্লগা অস্বায়সিদা অফাওবা শাবদি ঙম্মোই। ঐ য়ানীনে, ইন্দুগী মমানি, হাযয়ু নঙ পৈশা কৈদৌঙৈ পীগনি। ব্রা মখা তান্নদ্রিঙৈদা -

ও! ইন্দু, নঙ খবা শোকখিবোইবে, ঐসু মফম খঙদে,শাওখিবদগী নঙবু খুৎপাক্লা থাখি, অদুগা ঐবু নঙনা নঙগী বেগনা থোম্বা, ঐ ব্রা মখা তাদ্রে। খুম্বা তাবনি, ঐ খুম্মী।

ইমা ঐ নোংমাইজিংগী নুমিদাংব্রাইবমদা লাক্কে।

শোয়দনা লাক্কদ্রা?

লাক্কনি, অদু ইমা ইন্দুনা পৈশা মশিংদি কযানিদি হায়বকই।

হায়রকই। অদু-আদা খঙদে,সনা থুগাযখিবগা পূন্না থাজিল্লগা লুপা লাক্ষ অহুমদি পীগদবনি।

লুপা লাক্ষ অহুম!

অঙাং নঙ শেল শোয়দনা পুবক্কদবনি, পুরক্রুবদি মখা তাবা ব্রা কয়া নুংঙাইরোই।

অসি হায়রল্লগা ঐঙোন্দা মমিৎ খানা য়েংলল্লগা চৎখ্রে। ইচানুপীদি স্কুলদা চৎখি। মা থেংনহৌদবা ফৈ, মা তারবদি মথ্বায় নুংঙাইতনা নুমিদাং চাক চাও য়ারোই।

থা অমরোম ঐনা মপান থোক্ত্রে, ইমাসু লাক্তে, ইনাও তোম্বা খরা খরা লাকই। কলেজগী থবক ইনখাং ঐগী দিপার্টমেন্টগী ওজা অমদা শিন্নখি। ঐ

থা অনীগী ছুতি লৌবনি। লোইশিল্লক্কদৌরে।

নহান নিংথৌকাবা নুমিৎ অদুদগী ঙসিদি থাংজ য়ৌরে। ঐনা ইন্দুগী মমাদা পৈশা শিংনি হয়েং নোংমাইজিংগী নুংথিল নুমিদাংবাইরমদা হায়খি। পৈশাদি ইনাও তোম্বদা শিন্নখিবনি, মাদি লাক্তে, কমদৌনি, ফরে মা ঙসি নুংথিল লাক্লবদি হয়েং অয়ুক্তা হেক্তা য়ুমদা চৎলগে, অসুম খন্ন-খন্না অহিংদুমা অদুম লেল্লে।

নোং ঙাল্লে, করি থোক্লগদবা, ঐ তুলসিবোং খুরুম্মী, সুর্য দেবসু খুরুম্মী। মঙ-হাদি থোইদোক্লা নুংঙাইতবা তৌদে। চীন-য়া, হকচাংনচিংবা শেংদোক্নুনা মাঙ্গোলদা ফক অমদা খবব পাদুনা লৈ। ইবেম্মসু মাগী থবক লোইজবদুনা লাইরিক পাখ্রে।

গাড়ী মখোল অমা তাই, কার মখোলনি। কোম্থোংদগী তা-মোহেন, তা-মোহেন, হবাও হরাও কৌদুনা চেনবোই লাকপোই লাকই, মচানুপীসু যাওবকই। মফীসু য়াম্না নান্না লাকই। করিগীনো ঙসিসিবো, জমুনা অসুক যাম্না হবাওরিবসিবো? কৌরকই।

তা-মোহেন।

'জমুনা।'

নঙ ঙসিগী ইরুজ-মাইথরব্রা?

করিগীনো ইরুজরে।

ও! অদুদি ফরে (ইচানুপীদা) নুংশিথোই, নুংশিথোই, ঈশিং খবা পুবকউ, নুরা-মচা অমা পাইরকউ।

ইনে - (ঈশিংগা নুরাগা পুরগা পী) ঐ ইঙক ঙকই, করিগীনো।

শুমচিত্তি, মানা থি (ইমুংদু শুমচিৎ ফজনা শিৎখ্রে, লাইনিংথৌদু ব্রাই ফজনা তৈথোক্লে, মফি-মবোল থম্মী। পুখ্রি মপান্দগী লা লাতোন অমা হেকউরে। লৈসু খরা য়াওই, অদুগা মাগী মোম্বতি, ধুপ, কমলা অমা, অতৈ-অতৈ কবিনো খরা য়াওই, লাইনিংথৌ মাঙদা পুম্নমক লোইনা থল্লে, অদুগা ঐবুসু কৌশিল্লি, লাও হায়দুনা, অদুগা 'তা-মোহেন সে য়েংঙুসে, পৈশানি, পৈশা -

'জমুনা!'

লুপা লাক্ষ তরুক্সি, নঙগী চহী অমগী তলবনি, এরিয়রসু খরা য়াওরবনি, ঙরাংগী নখোয়গী কলেজগী কেসিয়ারনা ঐঙোন্দা কৌরক্লুনা বেঙ্কতা পীরম্বনি। নঙ নশা ঙমদে হায়বদুদা নুমিদাংদি থেংলবদুদা হৌজিক পুবকইসিনি, তলব অহানবা ফংবসিদি লাইনিংথৌদা কৎকদবনি, লাও কৎলসিলাও।

'জমুনা'

থা অমগী লুপা লীশিং ৫০ ফংলবনিনা নঙ করিসু ঝানিংঙায় লৈতে, নঙনা ইন্দুগী পৈশা তোনবগীদমক অদুক নথ্বায় ঝাবদু ঐ য়াম্লা নুংঙাইতে। ঐ পাউ লোইনা খংই,ঙসি নুংথিল নঙ ইন্দুগী শেল শিংগনি। ইনাও তোম্বা শেল পুরক্লোই, ইমাগী লৌ য়োনবা য়াদে থিংখ্রবনি, নঙগী পৈশাসে ঐনা ঙসি নংনবা কেসিয়বদা কাইহনবনি।

'জমুনা'

ঐগী একাওন্টতা লুপা লাক্ষ তবা হেন্না লৈ। মদুদগী লৌথোক্লগা ইন্দুগী পৈশা শিংবাসু যাবনি। অদুসু তঙায় ফদ্রবদি তৌগে খাল্লি। অদুবু নঙগী পৈশা লৈজবে, নঙনা কলেজদা কুইনা ওজা ওইজদুনা তুংশিনজরকপা পৈশা পূন্না ফংজবে। অশেংবা নঙগী হুমাঙ-মন্নি। লাও লাই খুরুম্মু, লাইনিংথৌদা কৎলসি, নুংশিথোই, মেমথোই, নখোয়নিসু লাও। (পৈশা ময়ামদু লাইনিংথৌ মমাঙদা থম্মী।)

পৈশাসিদি নেনে?

'নুংশিথোই' নঙগী বাবানা নহানমখে, তুংশিন্দুনা থম্বনি, বাবাগী তলব লুপা লাক্ষ তরুক্সি, যামদ্রা?

যাম্মী নেনে। (নুংশিথোই কপলম্মী।)

কৈদৌরে নুংশিথোই, কপলবদি, লাই খুরুমসি হায়রগা...।

বাবা তলব অসুক য়াম্লা চাবসিবো ইমানা হুরানবা-চিঙ্থিবা, লায়রবা হেক হেক হায়। (কল্লী।)

জমুনাসু কপ্লম্মী। ঐসু কপ্লম্মী। লাই খুরুম্বা লোইরে। অঙাংশিংদু

অচা-অথক খরা পীজরে, অদুগা অমুক,

তা-মোহেন, নফি শেৎচিল্লু, নুমিদাংগা ঙাইরগুমসি হৌজিক হেক্তা চৎসি, ইন্দুগী পৈশা শিংদোক্লুরসি, ঙল্লিঙৈসিদা; পৈশাদু লাক্ষ অহুম্না নঙগী বেঙ্ক একাওন্টতা থম্লুরসি, অদুগা লাক্ষ অহুমদুনা ইন্দুগী শিংলুরসি।

মোহেন, মনাও তোম্বনা শেল পুরক্লুবদি য়ুমদা চৎকে খনবনি। অদুবু জমুনানা শিনবীবসিনা হেন্না ফরে। মাসু য়ারে। অদুবু ব্রা অমত্তংদি খল্লি। নো-ডিয়ু সর্টিফিকেটনা মরম ওইদুনা ইন্দুগা কায়নরে। ব্রা লোইনরে, ঐদি করিসু খন্দে, মরাল লৈজদ্রবী ইচাসিদি মমা কায়নবা হায়বদো ওইরেদো। অঙাংনিনা, মমাসু উন্ননিংই, লোন্ন-লোন্না কপ্পী, ইমা নঙ ঐবু নুংশিদ্রিবা করিগীনো। ইচাগী মতৌসিদা ঐ থম্মোয়সি পুবা য়ারমদে। ঙসিদি তান চারিঙৈসিদা মচানুপীসু পুবীরগে খল্লি। জমুনাদা,

‘জমুনা।’

কবিনো তা-মোহেন, থেংখিনি পরপ-পরপ তৌসি।

মমা-মচা উন্নদবসি থা অমরোম ফাজিল্লক্রদৌরে।

মমা-মচাসু উন্নজসনু নুংশিথোইগা মেমথোইগসু পুবীরসিনে।

ঐসু খল্লিবনিনে, ঐখোয়নি চৎথোক্রগা মখোয়নিদা লৈহৌবসু ফত্তে। অদুদি -

নুংশিথোই।

নেনে।

নঙ নফি শেৎচিল্লো, মেমথোইগা নখোয়নিসু পুন্না চৎলুসি। বাবাগী পৈশাসি তম্বায় অমা ইমা ইন্দুদা পীরুসিদনা।

নেনে, ইমাদা বাবানা লৌবদু শিংদৌরিরো ।

হোয়নে, শিংববু হায়বো, পীববু হায়রো, পীদ পীরুসি হায়বা।

য়াইনে, নেনে,অদুদি ঐ ফি শেৎচিল্লগে, মেমথোইদি শেৎলে (ফি শেৎনা শেৎনা)

নেনে।

হাও কৈনো?

পৈশাদু পুল্লপ যোমশিল্লো। ঐ ইমাদা পীগে বাবাগী তলব, নঙগী পৈশা শিংলবনি হায়না ঐ হেক্তা পীগে।

"হোই হোই," জমুনা নোক্লম্মী।

পংথেং থেংদ্রি। অয়ুক্কী পুং ৭:৩০দি তাবে। ইন্দুগী যুম যৌবে। ইন্দুগী ইমুং ময়াই ওইবপ ওইনা নুংঙাইবা ইমুংনি। মাগী পাবুংসু থবক তৌবম্মী। মবুং অহলদি সেক্রেটবিযেটকী অন্দব সেক্রেটবিনি। মৌপ্পাশিংসু থবক লোইনা তৌই। মনম্মশিংসু তলব লোইনা চাই। মপাবুংদি লৈখিদ্রে। লৈকাইনা ব্যেবহাব তৌই, অচৌ-অশাংগী ইমুংনি, ইন্দুগী মমানা চাওথোকচবিবসি সিনি। অদুগা কমদৌনা খুঙ্গংদগী হোংলবা প্রাইভেট কলেজগী ওজা মোহেন্দা কমদৌনা মচানুপী অতোনবী ইন্দুসি থাজকবিবনো? মসিনি মীযামগী ব্রাহং -

জমুনা গাডীদু কোম্থোং মচিন্দা খবা লাপ্পা খাম্মী। নুংশিথোইগা মেমথোইগনা মাং-থাদুনা মোহেন জমুনাগা তুং থংদুনা চঙলক্লগা শুমাংদা লেপ্লম্মী। মবাই অহলবু উবদা খুকম্মী।

অন্দব সেক্রেটবি ইবোহল যাম্না পুকচেল চাওবা মীনি। ফম্মু, ফম্মু হাযদুনা শুমাংদা চৌক্রি থাবীদুনা ফমহল্লি, অদুগা মাগী নুপীদা,

হায মমা, মোহেন লাকই, মচানুপীসু যাওবকই।

নুপীমচাদু খবা উন্নহল্লুদনা হাযবল্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। মৌ অহুমান। তুমিন তুমিন লৈনৈ, ব্রা কযা ঙাংনদে, মোহেন নঙ লাকপ্রা হাযবল্লগা ইমুংদ লোইনমক চঙনখ্রে। মৌ অহলদুনা চা লোল্লকই। চা থকউ হাযদুনা চা পী।

ইবেম, নুংশিথোই, নুংশিদা ইমৌদি চাওদৌবি, সে সে ইনেনা লোনবনি চা থকউ। (চা লৌই।) যাম্না ইকাইনা চা লৌই, নুংশিথোই যাম্না শিংই, মমাগী মতুং ইন্দুনা মমাগী মপামদা যাম্না তোযনা লাকই, মখোযগী অঙাংশিংগা লোযননা শান্নমিন্নবনি। মমাগী মপামনি, মবোক্কী মযুমনি হাযদুনা যুমগী থৌদোক কযা, নিঙোল চাক্কৌবদা, তর্পন-উৎসব কয়াদা হবাওনা মমাগী মাং থাদুনা চৎচখিবদো ঙসিদি মমিৎ-মনা কুকপ-কুকপ য়েংদুনা মশক শুখঙ খঙনদবা যুম অমদা লাকপদৌনা ফন্নিবা চৌক্রিদুদগী হেল্লমদে। তুমিন ফল্লম্মী। মমিৎনা কোইয়েংদি যেংলি - মানা যেংলিবসি কবিবুনো, মমাবুনি, নোংমগী

অহিংদুদা মমানা মপাবু হুরানবা চিঙ্থিবা, লায়বা লাওখিবদু ঙসিসু মমানা মপাদা লাওরক্কদ্রা কিখি। চা থক্লিঙৈদা ইবোহলগী নুপীনা মোহেন্দা হায় -

মোহেন, ঐখোয়সু হায়ফম খঙদে, ইচে খোয়না নঙবুদি ঐখোয়গী ইমুংগুম খনবনি।

ইচে! (অদুগা জমুনাদা,)

ইবেম্মসিনা কনানো?

ঐ, তা-মোহেনগী....

ও! ও! খঙঙে, (ব্রাসি শমজিনখি, জমুনাবু মখোয়না চিংনব্রা করিনো, ইমুংদগী ইবোহলনা লাওরকই।)

হায় মী থেংখিনি, ইন্দুদুবু কৈদৌরিবগে?

ইন্দু ইমুংদা লৈ, মমাদি লৈতে. মনম্মশিং থৌদোক অসিগী মতুংদগী মাবু ইমুংসিদা লুনা তৌবীদ্রে। মৌ অতোনবীনসু ঙাংসু ঙাংবীদ্রে, কৌসু কৌবীদ্রে, মনেমবোক কিবদগী ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনবনি।

মনম্মা অহলনা হায়বদগী ইন্দু মপানদি থোকপা ঙমদে। থোংজিল মপান্দা লৈশিন্দুনা লৈরম্মী। মমা উবদা নুংশিথোইদু কপ্লম্মী (ফনা কুইনা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী)। মনেনা

নুংশিথোই, মামাদা করি হায়গে হায়বনো হেক্তা চঙলগা হায়রুরোদনা

নুংশিথোইনা মনে জমুনাদগী পৈশা ময়োমদু লৌরগা মমাগী নাক্তা পরপ চঙশিনখি, অদুগা মমাগী মখুত্তু তাপ পায়রগা,

সে পৈশা, লুপালাক্ষ অহুম্নি, নঙগী পৈশানি বাবানা পুখিবদুনি, বাবাগী পৈশা ঙরাং ফংলে, লুপা লাক্ষ তরুক ফংই।

নুংশিথোই - মচাদি অদুম নুংশিবনিনা মচাবু কোন্দুনা কপ্পী। পৈশা লৌ হায়বা য়াদে।

বাবাগী কলেজ গভর্নমেন্টগী ওইরে, বাবাগী থা অমগী তলব লুপা লীশিং ৫০/৫০ ফংগনি। নঙগী পৈশাদু শিংবীরবনি। নঙনা বাবু চিঙ্থিবা, হুরানবা, লায়রবা হায়বদো হায়রনু-

'নুংশিথোই।'

ইমানা চংশ্রগা বোবোকসু অদুম য়ুমদা চংশ্রে। বোবোক্কী মাংদা নঙনা বাবাবু নঙগী বেগনা থোম্বা, বোবোক য়াম্না কল্লী খঙব্রা-নঙগী পৈশা তোনবগীদমক। অদুগা নঙনা য়ুমদা চংলমদাইদা ঐঙোন্দসু হায়রমদে, ঐবু নচা নত্তবদৌনা

নুংশিথোই -

ঐখোয়না লাকইসে, নঙগী পৈশা শিংবা লাকইনে, সে লৌশিল্লু।

মমা লৌদ্রবদা মমাগী নাক্ত মাঙ্গোলদা থম্মে। অদুগা অমুক -

ঐখোয়দি বাবাগী য়ুম খুঙ্গংদুদা চংলনি। বোবোকসু নাবে, ঐনা চাক থোংলগা বোবোক্কী চাক পীজকনি, ঐ চংলে, বোবোক্কী নাক্তা হায়বল্লগা কপ-কপ্তুনা মমাগী নাক্তগী থোক্লকম্মী। ময়ামসু লোইনা কপ্লম্মী। ঐ ফল্লম্বদগী ইন্দুগী মনাক্তা চঙশিল্লি, হাযবম্মী।

ইমাদা ঐ নুমিদাংবাইবম লাক্কে হাযখিবনি। অদুবু ইমা মশা কয়া ঙমদে। নুংথিলদা য়ুমদা চংকে খন্দুনা ঐ হৌজিক লাক্লবনি। ইন্দু নঙ শাওনুকো। নুমিদাংদু নঙনা কন্না শাওখিবদুদা ঐসু খবা শাওদুনা নঙোন্দা খুৎ থাকবে, নঙ শাওনু, অদুগা পৈশাসিদি, ঐ মীঙোন্দগী পুবা নতে, ঐগী চহী অমগী তলব অমসুং এবিযব পুন্না ফংবদগী নঙগী শকক খবা তল্লকপনি। নঙ লৌদবা তৌনু, ওজা মোহেনগী অশেংবা হুমাংমন্নি (মোহেন কপ্লম্মী।) অদুগা ইন্দু ঐগী য়ুমদুদি মপু লৈত্রে, য়ুম্নুবেম্বী-য়ুম্নুবেম্বসু লৈত্রে, মী লৈত্রবদা য়ুমদুদা মৈ থানবগী দবকাব ওইদ্রে, মৈগী লাইন লোইনা ককথৎলবনি, ডিসকনেক তৌববনি। নঙগী তলব লৌবদা নো-ডিযু সর্টিফিকেট অমুক চঙলবোই, ঐ চংলে। ইন্দু, ঐ খুঙ্গংদা অমুক হল্লে।

ঙসাইমখৈ ইমুংদা লৈবম্বা মযামদু লোইনা মপান্দা থোক্লক্তুনা য়েংনবম্মী। ইবোহলসু থোক্লকই।

ঐ অরোয়বা ওইনা ইবাইগা-ইচেগদি খুকম্মী। ইবাইনা হায়,

'মোহেন।'

ইবাই!

নঙ ইবাইবু বারৌগনু, অঙাং লমহেনবা হায়বদুনি। অহল-লমল্লা হায়নবা অমদি লৈ - নুপী, অঙাং, মন-ব্রাহ্মণ চৈনা মমায় চুম্মু হায়বা। থোক্লিবা থৌদোকসি নঙগী নরাল থোয়না লৈতে হায়বা ঐ লোইনা চত্তুনা হংঙুরে। নুমিত্তো, কেসিয়র কলাচান্দনা শেল য়েন্দে, মাদি শেল কায়বা শোয়বদগী বেঙ্কতা লৈ, কুল্লনা শেল য়েলহনবনি, অদুগা ইন্দুগী নো ডিয়ু সর্টিফিকেট ঐঙোন্দা লৈ হায়খিবনি। কেসিয়ারগী মরালসু নত্তে, নঙগী নরালসু থোয়না য়াওদে। লাল্লিবদি স্কুলগী ওজাশিংদুনি। মরুপকী পৈশাদু নোংঙাল্লগা পীনবসু য়াবনি। নুমিত্তুদা নংত্রবদি য়াদদৌনা ময়াম্লা তলব ফংলগা মরুপকী পৈশা পীশিনবদুদা ইন্দুগী শরুক পীদবদুদা ময়াম্লা ইন্দুদা ঙাংবীবজাংনি। মদুদা ইন্দুসি খরা ইকায়দুনা অহিংদুদা নঙোন্দা হৌখিবা লাননি। লাল্লিবসি ইন্দুনি। মানা বাখল খন্থনা তুং মাং য়েংনা বা ঙাংলল্লবদি ঙসিগী থৌদোকসি থোক্লম্মোই। অদুবু হৌম্রে। থোয়না খল্লুরনু। নঙ ইম্ফালগী ইম্খোলসিদি য়োনগনু। মতম খরা ভারা থম্মু। অদুগা ইনেদো, ঐসু য়াম্লা নুংঙাইত্রে, মাগী মতম খরা সেবা তৌরুচো (চংলো)। সিটি কলেজগী ওজা মোহেন নগুন ময়েং তাহনগনুকো।

ইবাই!

নুংশিথোইগনা, মেমথোইগনা মাং থারে, জমুনানা - ইনম্মা, ঐখোয় অমুক য়ৌজরে হায়রল্লগা 'তা-মোহেন' চংলসি মোহেনগী মখুৎ শমদুনা কোম্থোংলোমদা চংখি। জমুনানা গাড়ী থৌই, মোহেননা মাংদা তোংই, নুংশিথোই, মেমথোই, গাড়ী মনিংদা তোংই, নুংশিথোই গাড়ী কাখৎলমদাইদা মমাবু অমুক্তংদি য়েংলম্মী।

নুংশিথোই, ইমাগী ইবেম্মা। (ইন্দু মাঙোলগী উখোকতেন্দা কোন্দুনা কপলম্মী।)

ইবোহলনা খরা শাওরপ্লা ঙাংলকই। কপকনু, তানিংদে, কমদৌই খঙঙেদনা, নখুত্তা পায়বা মণিবু শীজিন্নবা হৈতদুনা নমাংদা মীনা মুন্দুনা পুথ্রেদো। নমিৎ থিংনা উরেদনা। জমুনাসু খুঙ্গংদগীনি। কলেজগী ওজানি, তলব চাওনা চাবনি। মখোয়নি পীশক পীক্লিঙেদগী লাইরিক তম্মীন্নরকপনি। মবুংসু

কলেজগী প্রিন্সিপালনি। মোহেন হৌজিক সিটি কলেজগী ওজা ওইরে। তলব য়াম্না চাওনা চারে। অদুগা নঙনা হাই স্কুলগী ওজা মচা, তলবনা মচা চাবা, অদুগা মোহেনবু লায়ববা, চিন্থিবা, হুরানবা হায়বী। হায় নঙসু খঙঙ্ু, মোহেন ওইবগী নঙ নখোঙ নখুৎ তেক্তবনি, অতৈ-অতোপ্পা অমা ওইরবদি নহাক নখোংলা নখুৎলা তেক্কদবনি। নঙগী থোয়চৎনবা লমচৎ, লাইরিকসু হৈতেনা লাইরিক হৈবকাসু শারিয়ে। নখোয় ওজা খক্তনা মৈগী বিল পীব্রা, মৈগী বিল, মন্ত্রী, এম. এল. এ. ওফিসার কয়া ইলেক্ট্রিক বিল থিদে, লোইনা তোল্লি। অদুগা বিল লুপা লীশিং অমখক তোনবগী, অদুসু মোহেনা থিজরিবা। মসি পূম্নমক ইমানা থোকহনবনি। হায় মমা, ইমা কদায়দা চংখি, হায় কদায়দা চংখিগেনে, ওসিদি ব্রা অতাবী ঙাংনথোকসি। মৌ অমনা খুন্নকই,

অয়ুক ঙন্তা মচানুপী য়াইমগীদা চংখিবনি।

ফৈ, ফৈ, হল্লকখিসনু। (ইবোহল শাওনা ইমুংদা চংখি।)

জমুনাগা ঐগা উন্নখিদবা কুইরেদা চহি অনি অহুমসি ফাগদৌমাল্লে। ঐনা দেল্লি ইয়ুনিভরসিটিদা বিসর্চ তৌদুনা লৈবসি কুইরে। য়ুমদসু হননিংদে। লোইদ্রিবখৈ হল্লরোই খুন্দুদা হন্দবদি। সিতি কোলেজগী ওজা মোহেন অফাওবা সাইন্টিষ্ট অমা ওইনা খনখি। ঐ ফোরেন স্কোলাবশিপ ফংলবদি ফোরেনদা চংকে খল্লি।

ইন্দুগী ব্রাখলসু কাওখ্রে। ইমাসু লৈখিদবে। ইচানুপীদি ইনাও তোম্বগা লৈমীন্নহৌই। হন্দকী প্রাজেন্টেসন পিশিন্বসি লোইরগা থেসিশ পেপর সবমিত তৌরনি।

নোংমা ঐ জমুনাগা খংনখি। মানা করিগীনো অমুক হন্না হঞ্জিন্নবোয় খনখ্রবা ইন্দুবু মানা হঞ্জিন্নবা শিল্লিবা ইন্দুগী ব্রা তানিংদে হায়দুনা ঐনা হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়বা মক্তদা মানা হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংই। নোংমা ঐনা শাওদুনা খরথিনা হায়বদা মা-ইকাইদুনা ঐগী নাক্তা লাকখিদরে। ঐ নুংঙায়বদি নুংঙায়তে, খুঙ্গংদগী হৌমীন্নদুনা, পীশক পীক্লিঙৈদগী লাইরিক তম্মীন্নরকপদি, লৈশাবী পাখং ফারবা ফাওবা, য়ুম পাল্লবা ফাওবদা মানা ঐবু য়েংশিন্নীদুনা, ঐবু শেন্নবীদুনা অসুম লৈ, মরি মতাসু নত্তে। তৌবগী মখোয়গী পাজিগা

ঐখোয়গী পাজিগা য়াম্না তিন্নরম্মী। নচা-ইচা পীনসি হায়নখি হায়। অদুবু থবক ওইনা পাংখোকপগী ব্রাফমদি য়াওখিদে। ঐনা সবকারগী ওজা ওইবদা মানা কয়াদা হরাওবিখিবা, ঐগী ইমুংগী অৱাবা কয়াদা য়েংবিখিবা মরুওইনা ইমাগী সেবা তৌবিখিবা, ঐ মাগী লমন শিংবা ঙম্ললোয়। ঐনা হৌখিবা চহিদা ইম্ফালদা হনখিবদা জমুনা উন্নরক্তে, মা কদায়দনো চৎখি হায়, হায়শিনবা মাল্লি।

ঐ হন্দক্তি ব্রাখল খরা নুংঙাইতে। ইচানুপীগা ব্রারিদি শান্নে, ননে জমুনা য়ুমদা লাকখিদ্রে হায়। ব্রাখলসি য়াম্না লাংতক্লে, থবক্তি যাম্না কনশিল্লক অবনি, ইয়ুনিভরসিটিদা নোংমগী লেপ্পা নাইদে। নোংমা প্রাকতিকেলগী লোয়রে, ঐ হাকচাংসু য়াম্না ব্রাবম্মী। খুৎ-শা হামদোক্লগা চৌক্রিদা ঐগী কাদা পোথাবম্মী। পোস্টমেন্না ঐগী মীং কৌবক্লম্মী। চিথি,চিথি ঐগী চিথি পীরম্মী। ঐ লৌহৌই, যেংই, কনাগী চিথিনো, এ! সিদি জমুনাগী চিথিনি, ঐনা পরপ-পরপ, ফাক্তোকতুনা পায়।

তা-মোহেন।

মৈগী বিলদুনা নংগী ইমুং পুক্কায় হেক কাযহল্লে। নঙ ইন্দুগা কায়নরে। ইনেসু কায়নরে। সবকাবগী থবক তৌবা তৌদবা মৈগী বিল লোয়না তোল্লি। সবকাবগী কর্ম্মচাবিশিংদা নো দ্যু সার্টিফিকেট, নংগীদি য়েক্লবা ওইবি। নংগী সার্টিফিকেট অদু কেশিযাবদা পীখি শংই, মশানা শেল য়েনখিদে। লাইবক থিবনি, অমনা যেল্লি। ইন্দুসু তহা তহাই, নোংঙাল্লগা লৌবসু যাই। নুমিদাংদা নখোযনি যাম্না থিনা খৎনৈ। ভাব তান্নদবদগীনি। তৌবদি ইন্দুগা নংগা অনিগী মবক্তা ভাব তান্নদবা অমা লৈবনি, ব্রাখল তাইওন্নবনি। লৈফমদা অমদি হৌরকফমদা খেৎনবগী ব্রাখল খেৎনবা অমদি লৈ। নঙ খংদে। ইন্দু সহরসিদা চাওবনি, নুংঙাই-যাইফবা ইমুংদগী হৌবকপনি। নঙ-ঐ খুঙ্গংদগীনি। ইন্দুগী থোয়চৎনবা, মমাগী অচাওরমগী ব্রাখলদুনা নংবু হম্বুবা মীৎয়েং য়েংবা মাল্লি। তৌবদি নংসু সরকারগী তলোপ ঙন্তানা ফংলমলবদি নংবু য়াম্না নুংশিরম্বসু য়াই। ফরে মসি তোক্লো। ঐ খুঙ্গংদা লৈ-ইনেগা ঐ লৈমীন্নরি। ইনে ঐনা পুক্সিগী সেবা তৌরনি। অদুগা সহরদা চৎলরোই। পাকচাওরবা লৌবুক

লমহাংনা পাক শন্না শন্দোক্লিবা খুঙ্গংগী লমদমসিদা ঐ লৈরনি। পাজিনা ঐগী লৌ পবি অমা পী। লম্বী-মপাললনি। ইমাগী মীংদা মোদেল ইংলিশ স্কুল লিংলবনি, হোসপীতাল অমসু শাগনি, ইবেন্ম ডাক্তর ওইহনগীনি। ঐগী তলোপ কনানা চাবীগনি, ইচাসু অমত্তনি। ঐগী লেমহৌরিবা পুক্সিসি খুঙ্গং অসিদা লেল্লগনি। মীয়ামগীদমক, খুঙ্গংগী লাইরবা প্রাজাশিংগীদমক, নংবুসু কৌবি খুঙ্গংসিদা, খুঙ্গংসিদা নঙ লাক্লোইদ্রা? নংসু কলেজগী ওজা, ঐসু-অদুগা খুঙ্গংদনা লাইরিক হৈবা ব্রাংলিবা। নংবু কাওরব্রা? ঐনা লৈশাবী ফারকপদা ইবানি লমহাংদা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নখিবা, ঙসিসু ঐ কাওদ্রি-পোম্বী চেক্লা অনিনা মনিং তম্না অপাকপা লমহাংসিদা শান্নজখিবা, তা-মোহেন ঐ জমুনানি, খুঙ্গংগী জমুনা, লৈকাইগী জমুনা, নহাক্কী স্কুলগী জমুনা, লাক্লিবা মেরাগী পুর্নিমা পানবা নুমিৎ অসিদা ঐখোয়গী পুখ্রি মপালসিদা, লৈকাইগী লৈশাবীশিং খোমলগা ছত্র অমা যুংগনি, ঐনা লৈ লেংগনি, লৈশাবীশিংনা চীংযাগী লৈকোলদগী লৈ থিগনি। নহাক লাক্লিংদবা, লাক্লেবা মতমদুগী মেবা পুণিমা নহাক কাউবব্রা? কাউথোক্লো মৈগী বিল নো দ্যু সর্টিফিকেট, নিংশিংঙু অদুঙৈ মেবাগী পুর্ণিমা।

নহাক্কী মকপ

খুঙ্গংগী জমুনা



**শ্রী খ্বাইরাকপম ইবোমচা সিংহ** ইংশোক ১৯৫০ ইঙেন থাদা ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী শগোলতোংবদা পোকই। লৌউ-শিংউবনা শিনফম ওইবা ইমুং অমগী মচানি।

ইংশোক ১৯৬৮ তা মেট্রিক পাস তৌবগা ডি. এম কলেজগী পি: ইউ: আর্টসতা তমদুনা গুৱাহাটি যুনিভর্সিটিদগী ইংশোক ১৯৭২ দা বি: এ পাস তৌখি। অদুদগী হায স্কুলগী ওজাগী থবক্তা চঙলকখি।

ওজা ওইনা ওইনা, গুৱাহাটি যুনিভর্সিটিদা এল এল· বি. অমসুং মণিপুব যুনিভর্সিটিদগী এম: এ· (পোলিটিকেল সাইন্স) তৌখি। তুংদা হাযাব সেকেন্দবিগী লেকচবব ওইখি। থবক্তগী পোত্থাববা মতুংদা সাহিত্যগী লমদা খোঙদানীংবা লৈবদগী ইবা হৌবকখি। অইবগী অহানবা লাইবিক অমা ফোঙখ্রবা মতুংদা অনীশুবা বাবীমচাগী লাইবিক *ঈগী লমন* পুথোকচবে। মতুংদসু নোভেল খবা পুথোক্লবা হোৎনর্জবি।

অইবা

মমল : লুপা ১৩০/- (মখূম অপাবা)
লুপা ১৫০/- (মখূম অথাবা)